ꯚꯥꯒ꯭ꯌꯆꯟꯗ꯭ꯔ :

ꯃꯅꯤꯄꯨꯔ ꯏꯃꯥꯒꯤ ꯃꯅꯤꯒꯨꯝꯅꯥ ꯇꯥꯡꯂꯕ ꯃꯄꯥꯔꯤ

# ভাগ্যচন্দ্র:

## মণিপুর ইমাগী মণিগুম্না তাঙলবা মপারী



পাঙম্বম ভারত সিংহ, আই এ এস

**Bhagyachandra : Manipur Imagee Manigumna Tanglaba Maparee**

*Written & Published by :* **Shri Pangambam Bharat Singh**, IAS
Kongba Kshetri Leikai, Imphal



অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর, ১৮, ২০০৯ (নোংমাইজিং)
দীপান্বিতা নুমিৎ

কপি মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)



সত্ব পুন্না অইবগীনি ঃ (লাইরিক অসিগী শরুক অমত্তা মচেৎ ওইনা নত্রগা মপুম ওইনা অইবগী অয়াবা য়াওদনা লৌথোকপা য়ারোই)

মমল ঃ লুপা ১৭০/- (লুপা চামাহুম্ফুতরা)

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টস, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# প্রার্থনা

কৎচরী তোল্লবা ননাইনা প্রার্থনা,
লেংবিরকখিবা মণিপুর কনবিনবা,
শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী চরন্দা,
নংগী কাংশি মখোলদা,
তিনমু-লাঈমু 'পূন্বা তাহোকপিদুনা,
কোকহনবিরিবা অকি অখঙ 'পুন্বা,
হে! জগৎকী নবুংঙো মবেন্ম অনিদা,
কাইন চীংবু অথোইবা তির্থ ওইহনবিখিবা,
ফংহনবিয়ু চরনামৃত থকচ-নবা,
কোকচগে তিছুং-লাঈথুং অপুন্বা,
শোল্লবা মীমান্নদ্রবা ঐখোয় পুন্বা ।।

অইবা

# প্রস্তাবনা

শ্রীভরতনা ইবা ভাগ্যচন্দ্র কৌবা লাইরিক অসি মণিপুরগী ওইনা য়াম্না কান্নবা লাইরিক অমা ওইগনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র হায়বসি অচম্বা মী নত্তে; প্রতিভা লৈবা মীনি। তরানিপান শুবা শতাব্দীগী অকোনবা তঙ্খায়দা মণিপুরদা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগুম্বা নুপা অমা লৈরমদ্রবদি মণিপুর করি ওইরগনি? সুকশোয় শোয়দনা অৱা লৈবাক্কী খুলোন্দা লৈবা, চাওখত্তবা জিলা মচা অমা ওইরমগনি।

গরীবনৱাজগী মতমদদি অৱাশিং অসি পোর্ত্তগীজশিংদগী নোংমৈ খরতমক ফংলম্মি। ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি অৱাশিং অসি ফ্রেঞ্চশিংদগী নোংমৈ মরাং কায়না ফংলে ভাগ্যচন্দ্রগী মতম অসিদি বৃটিশকা ফ্রেঞ্চগা কন্না য়েংথীনবা মতমনি। পৃথিবীগী মফম, মফম খুদিংদা মকোক থোংবা কৃক কৃক তান্নবা মতমনি। ভারত্তা বৃটিশনা হাইগৎলকপা উবদা ফ্রেঞ্চশিং অৱাদা নোংমৈ মরাং কায়না পীশিল্লি। অৱাশিংনা নোংমৈশিং অদু মণিপুর অমদি শ্যাম (হৌজিক্কী থাইলণ্ড) জয় তৌনবা হোৎনবদা শীজিন্নে। অৱা নিংথৌশিংগী আকাংক্ষা অনিখক লৈরম্মি -- অমনা মণিপুর জয় তৌরগা মখোয়গী মখাদা থম্বা, অতোপ্পা আকাংক্ষা অদুনা শ্যাম জয় তৌরগা মখোয়গী মখাদা থম্বা।

অৱাদি মীশিংসু মণিপুরগী মীশীংদগী য়াম্না হেল্লি লৈবাগ্ চাউবসু মণিপুরদগী য়াম্না হেল্লি। অদুগী মথক্তা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদদি খৃৎলাই ফবসু অৱাদা মণিপুরীশিংদগী য়াম্না হেনখ্রে। অদুনা, মখোয়গী মখুত্তগী মণিপুর কনবসি য়াম্না লুবা থবকনি। অসুক লুবা ফিভম অসিদা ভাগৎচন্দ্রনা মতৌ করম্না মণিপুর কনখিবগে হায়বদু পাঠকনা লাইরিক অসিদা থেংনবীগনি।

লাইরিক অসি মপূংদা হিষ্টোরিকল রোমাঞ্চনি হায়বা তাই। অসুম্নদি ওইরগা গবেষণাগী ওইবা অধ্যায়সু অনি অহুম য়াওই। পাঠকনা লাইরিক অসিবু ইতিহাসকী লাইরিকনি নিংনা পাবিরবদি কল্পনাগী ৱারী মথং মথং থোরক্কনি। পাঠকনা

মসিবু কল্পনাগী লাইরিকনি নিংনা পাবিরবদি ইতিহাসকী ককপা য়াদ্রবা ৱা ঙাক্তা চোংথোক্লক্কনি।

অমরোমদা, লাইরিক অসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী জীবন চরিতনি। মহাক্না পোকপদগীনা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ মেরাগী হুমনি পানবা ইরাই নুমিত্তা মুর্শীদবাদতা বৃন্দাবন যাত্রা ওইখিবা ফাওবগী ৱারীনি। ৱারী অসিদা ভাগ্যচন্দ্রগী অবদান অনিখক লেখক ভরতনা ফজনা উৎলি। অমনা অফবা নিংথৌ অমা ওইনা মণিপুরবু কনবা অমদি শাসন তৌবা। অতোপ্পা অমনা– ঋষি অমা ওইনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা, মীনা লিংখৎপা ঙম্মদ্রিবা মহারাস লীলা লিংখৎপা অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্মবু মরা চেৎনা থাবা। অকোনবগী অসিদি ঋষিতনা ঙমগদবনি। ভাগ্যচন্দ্রদা গুণ অনিসি পূল্লে। অদুনা মহাকপু রাজর্ষি কৌবনি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রদা রাজর্ষি হায়বা উপাধি অসি পীখিবদি অচৌবা লেখক মাধব রাম ৱাহেংবনি। মহাভারতকী বিরাট পর্ব হায়বা পর্বদি মণিপুরীদা ইথোকপগী মতাংদা পীখিবা উপাধিনি।

অচৌবা অফবা মীগী জীবন চরিত পাবদি কৈদৌঙৈদসু লেম্মা মাঙ্দে। ফত্তবা লমচৎ, ফত্তবা হৈনবী থাদোক্কুনা পৃথিবী অসিদা অফবা মী ওইনবা পাঙ্গল পী। তৌরুবা থবক্কী মহয়দি ঐখোয় লেপ্পমক ফংগদবনি অফববু ওইরে ফত্তববু ওইরে। অবশ্যসেব ভোক্তব্যম্ কৃতং কর্মশুভা শুভম্। খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা করি থোকখি? খুদোংথীবা মপৈ-মপৈনা কোকথক্তা নন্‌বা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা করম্না রাজর্ষি ওইখি? শ্রীভরতকী লাইরিক অসিনা অপাবা মী খুদিংমকপু অৱাংবা, অচুম্বা, অফবা থাক্তা চিংখৎপা ওইরসনু, শ্রীশ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী।

**রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ**

য়াইস্কুল, ইম্ফাল

তাং ২।৬।২০০৯ ইং

# “পাজরুবদা থোইদোক্লা থাগৎচরী”

ইকাই খুম্নবদা মতিক চারবা আই.এ.এস. ওফিসার হৌজিক হৌজিক আর্ট এণ্ড কলচর বিভাগতা কম্মিস্নারগী থৌসু পুবিরিবা, মিং ওইনা পঞ্জরবদা শ্রীপাঙম্বম ভারত সিংহনা শারক্লিবা কলমগী জগোই পুণ্ডলোনগা লোইনৈ, তান্ মেন্ চানা শাবা জগোইনি। জগোইগী মমিংদি “ভাগ্যচন্দ্রঃ মণিপুর ইমাগী মণিগুম্না তাঙলবা মপারী” হায়না মিং থোনবা জগোই লাইরিক্লি। লাইরিক অসি মণিপুরগী অৱা-নুঙাই অনিমক্ থেংনবা মমল য়াম্লবা তাঙ্কক অমগী ইতিহাসনি। ইতিহাসিক ওইবা পুক্লিংদা তুঃ চুংদবা ঙমদবা লাইরিক অসি পাজবদা নুঙাইমনবদগী হঞ্জিন-হঞ্জিন মনুংথিৎনা পাজরে। লাইরিক অসিনা য়াম্না লূরবা, ফজরবা মঙাল অমা থম্মোয়দা ফাউহল্লি। করিগুম্বা মণিপুরদা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা পোকপিরমদ্রবদি মণিপুরগী কোনুংদা শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দগী মুর্ত্তি দর্শণ ফংজরিবসি ফংলম্মোই হায়না থম্মোয়দা ফাউহল্লি। মথঙদা “কাইনা” কৌবা চীঙগী চীঙমায় অসি মমল য়াম্লবা শেংলবা তির্থ ওইহল্লিবসিসু ওইরম্মোই নিংহল্লি। অহুমশুবদা পৃথিবী শিঙ্খুংনা মমিং চৎলবা মণিপুরগী জগোয় রাসসু লৈরম্লোই নিংই। মহারাস অসিদা শেৎলিবা ফিজেৎ অমাহিকসুং শারিবা জগোয়, নিতি নিয়ম আর্ট এণ্ড কলচর পৃথিবীগী মফম অমত্তদসু লৈত্রবা ফজখ্রবা খুদোল অমনি হায়দবদা ঐখোয় পাপ পুগনি। অসিগুম্বা অঙকপা ফংন ৱাংলবা রাস অসি ভাগ্যচন্দ্র মথন্তগী কোক্তগী থম্বীরম্বা খুদোল ঙাক্তনি। কাইনা তির্থগী খুভমদা খুরুম্বা চৎলুবা মীওইবা খুদিংদা ফজদবা শাজৎ-লীচৎ থাদোক্লিংহনবা অমসুং অচুম্বদা ঙাংনিংলকপা ওইদবা ঙাংবা কিরকপা ৱাখল অমা পুক্লিংদা ফাউহল্লি। মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোই পুক্লিং, ৱাখল, থৱাই, হকচাংবু অশেংবা তির্থ অমদা লুপ্তুনা শেংনা ইরুজথোকপগুম শেংলবোই নিংই। অদুগা কাইনাগী থৈবোঙ্না শাখিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহ অসিনা মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী দুখ দশা তাগদবা লাকপদা খুরুমজরগা ইতত্তনা কোপিরী অমসুং শুভ মঙ্গল

পীবিরী। অমাহিকসুং মণিপুরগী লৈত-লায়র প্রজা পুম্নমকপুসু মঙ্গল আশির্ব্বাদ পীবিরী। অৱা-অনা কোকহনবিরী।

অসিগুম্বা মণিপুরগী শুভ মঙ্গল আশির্ব্বাদ পীবিবা ভগবানগী মুর্ত্তি অমা স্বাপন তৌবিরম্বা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মমল য়াম্লবা ইতিহাস অমা মমুৎ তানা ইবিরক্লিবা, মণিপুরদা নত্তনা ইণ্ডিয়াগী অচৌ অচৌবা ইভেন্ট কয়াদা প্রিসাইদ তৌবিরুরবা সার আই.এ.এস. আর্ট এণ্ড কলচরগী কম্মিস্নার শ্রীপি ভারত সিংহবু ঐগী মায়কৈদগী থোইদোক্লা থাগৎচরী। অমাহিকসুং ভগবানগী অশেংবা ভক্ত অমা ওইনসু উজে। অদুনা শ্রীভরত সিংহবু পুন্সি নুংশাংবা অবমৃতুদা খুদোংথিবা নংদবা, অমাহিকসু মথঙ মথঙ চাউখৎপা, অনিংবা থবক পুম্নমক অপনবা লৈতনা পাংথোকপা ঙম্বা ওইরসনু হায়না শ্রীরাধাগোবিন্দগী চরন্দা থম্মোই শেংনা নিজরী।

নিজরিবা—

Y. Biramangol Singh

**(থৌনাওজম বীরমঙ্গোল)**

শগোলবন্দ তেরা লৌখাম লৈরক।

স্ক্রপ্ট রাইটর, এ.আই.আর, ইম্ফাল,

ডি.ডি.কে., ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মথং-মনাও পরিংদা ৫৪ শুবা নিংথৌ ওইনা লৈবাক অসিদা পাল্লম্বা কার্ত্তা মহারাজ অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা তোমথিল ঙানবা থৱানমিচাক্লুম মতিক-মগুণ লৈবা নিংথৌনি। নিংথৌ অসিগী সনাহাক্তক্তা লৈবাক অসিনা অৱা-অনা অমদি শা-লান কয়া মায়োক্লখি হায়বসি ইতিহাসনা লেংদ্রবা শাক্ষিনি। নিংথৌ অসি মহাক্কী তোপ-তোপ্পা গুণ কয়ানা লৈতেংবা নিংথৌ অমনি। মহাক্কী মরৈবাক নিংবা, পুকচেল ফজবা, নিংখিবা ৱাখল হন্দবা, থৌনা লৈবা, থৌজাল হৈবা অমদি ঈশ্বরবু চেৎনা থাজজবা নিংথৌনি। মহাক্কী ধর্ম্মদা অমদি ঈশ্বর ভক্তিদা পূক্নিং লুপচবা অদুমক্তনা মহাকপু ''রাজর্ষী'' হায়বা মিংথোলসু ফংজখিবনি।

রাজর্ষী ভাগ্যচন্দ্র হায়রগা থোইনা হেন্না খঙনবা নিংথৌরেল অসি খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ দগী ১৭৯৮ ফাওবা শাংলবা চহি ৪০ গী মতম মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। নিংথৌরেল অসিগী সনাহাক্তক অসিবু মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতিগী ইতিহাসতা সনা ফুদোংবা মতমনি হায়না শিংথাবদা থোইদোক্লা লাল্লোই। মহারাজ অসিগী অবদান্ননি ঙসি মণিপুরদা নত্তনা ভারতকী কলা-সংস্কৃতিগী মশক্ অসি মালেম শিন্থুংবদা শকতাকপীরম্বা মহাক্লা হৌদোকপিরম্বা মণিপুরী জগোই ''রাস'' না মণিপুরবু মালেমগী মফম পূম্নমক্তা শকতাল্লি। ভারতকী সংস্কৃতিগী পুকৈদা মহাক্লা তৌবিরম্বা দান হায়নিংঙাই লৈতনা শিংথানিঙাইহনি। মহাক্লা 'রাস লীলা' হৌদোকপিরমদুনা রাসকী মখল কয়া- মহারাস, বসন্ত রাস, কুঞ্জ রাস, মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী সনা-পুক্কৈদা হাপ্তুনা থম্বীরম্বসিমক্ মণিপুরগী অচৌবা লল অমসু ওইদুনা লৈরি। লোয়ননা মসিগীদমক মণিপুর প্রজা মীয়াম্মা পৃথিবীগী মীয়াম মমাংদা চাওথোকচরি।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী কৃপা ফংখ্রবা নিংথৌরেল অসিগী মমিংসু মফম, মতম অমদি থৌদোক কয়াগা মরি লৈননা থোনখি হায়বসি ঐনা পাজরুবা, থেংনজরুবা অমদি নৈনজরুবা ৱারী-লাইরিক কয়াদগী খঙ্‌জখিবনি।

নিংথৌ অসিগী মমিং অহানবদা কার্ত্তা কৌরম্মী। অদুদগী তেখাও (হৌজিক্কী অসাম) দা অঙাওবা শামু ফাহন্দুনা মৈতে নিংথৌ অশেংবনি নত্তে হায়বা চাংয়েংদা মাই পাকখিবা অদুগীদমক মহাকপু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরনা "জয়সিংহ" হায়না মিংথোনবিরকখি। ঔৱা (হৌজিক্কী ম্যান্মার) লান্না মরম ওইদুনা মণিপুরদগী তাঙ্খোকলুরবা মতুংদা অমুক হন্না মণিপুরগী নিংথৌ খুভম হঞ্জিন্দুনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা "ভাগ্যচন্দ্র" হায়না অমুক খঙনখি। চীংমী-তম্মী চপ-মান্নবা মীৎয়েং থমদুনা পুকচেল শেংনা লৈবাক ঙাকই অমদি চীং-তম পুন্না খোমদুনা লম্মাংদোং চীংথক্তা কোনুং শাখিবা অদুদগী চীং-তমখোম্বা হায়রম্বদগী "চীংথংখোম্বা" হায়না কৌনখি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনা হাক্তক্তা লান য়াম্না তোইনা থেংনখি। মশামক লান্দা য়াম্না হৈ-শিংবা, থৌনা ফবা, থাঙ্‌-তা য়াম্না হৈবা নিংথৌসু ওইরম্মী। অদুগা ঈশ্বরগী কৃপাদগী তিনচেন-লাইচেন্দবা, মশা শেংবা, মপাঙ্গল ফবা নিপা অমসু ওইরম্মী।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী জিবন-চরিত্রগী মরমদা থোইনা হেন্না পাঞ্জরুদ্রগসু মহাক্না ধর্ম্মগী লমদা থম্বীরম্বা মমল নাইদ্রবা লল ঙসি ফাওবদা মীয়াম্না মহাকপু নীংশিংনরিবা অসিমদি নাথৈফম থোক্তে হায়না খঞে। মহারাজ অসিগী সনাহাক্তক্তা, মহারাজ মশামক্কী সনায়াথংদগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মুর্ত্তি অমদি অতৈ লাই ৬ পুন্না মুর্ত্তি ৭ কাইনাগী থৈবোং পাম্বীদগী নিরূপণ তৌজদুনা সনা কোনুংদা লাৎচখিবা অমদি মশামক্না সেবা চৎচখিবা অদুগা, অতৈ মুর্ত্তিশিং অদুবুনা তোঙান-তোঙানবা মন্দিরশিংদা ঙসি ঙসিমক মীয়াম্না দর্শণ তৌজবা ফংহনবিরম্লিবা অসিমদি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী প্রজাশিংদা পীবিরম্বা মমল নাইদ্রবা খুদোলনি। মহাক্কী অসিগুম্বা খুদোল অসিগীদমক নিংথৌরেল অসিগী মিং মণিপুরগী ইতিহাসতা সনাগী কালীনা ইদুনা যুগ যুগান্টর খুদিংদা অমর (মুৎনাইদনা) ওইদুনা লৈহৌরগনি।

মণিপুরগী সনা পুয়া *চৈথারোল কুম্বাবা* কৌবা লাইরিক অসিদা মহারাজ অসিগী সনাহাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোক কয়া য়াম্না কুপ্না মচা-খাইনা অমদি পাক-শন্না অতৈ নিংথৌশিংগীদগী হেন্না ইরম্বা থেংনজখি। লমাই ৫০ হেন্না ইবিরম্বা থেংনজখি। মসিমক্তা নিংথৌ অসিগী মরমদা হেন্না কুপ্না ৱারী-ৱাখোং খঙজবা ঙমজখি। অমরোমদা, নিংথৌ অসিগী মরমদা নবদ্বিপতা লৈরম্বা অইবা ব্রজমোহোন বাবাজীনা ইবিরম্বা *শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গসুন্দর* কৌবা লাইরিক অসিদগীসু ঐহাক্না নিংথৌ অসিগী মরমদা খরমখৈ খঙবা ঙমজখি। লোয়ননা মণিপুর ইতিহাস, বিজয় পঞ্চালি, ভাগ্যচন্দ্র চরিত্র, মণিপুর শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ শ্রীশ্রীগোবিন্দ আর্শ্রমনচিংবা লাইরিকশিংদুগী ৱাখল্লোন খরা লৌখৎচরগা লন্নাই ওইনা লাইরিক অসিগী শাহৌ শাগৎচদুনা *ভাগ্যচন্দ্রঃ মণিপুর ইমাগী মণিগুম তাঙ্লবা মপারী* হায়না মীংথোন্দুনা লাইরিক অমা ওইবগী শক্লোন্দা পুথোকচনবা হোৎনজরকখি।

ইতিহাসকার অমসু নত্তবা; সাহিত্যকার অমসু নত্তবা, নটকার অমগী গুণসু চেন্দবা তোল্লবা ঐহাক্না সাহিত্যগী সেবাকারী অমা ওইনা সাহিত্যবুদি পামজবদগী ওফিসকী থৌ কয়াদগী ঙাইহাক্ পোত্থাজবা ফংজবা মতমদা অয়ুক অমদি নুমিদাংদা অঙৌবা চেগী চেবাংশিংদা, মথক্তা খরদং পঞ্জখ্রিবা লাইরিকশিং অসিদগী ফংবা ৱাখল্লোনশিং অদু মতেক-মতেক নীংশিংজরকপা মীকুপশিংদা ইশিনজহৌবশিংদু পুনশিন্দুনা লাইরিক্ অমগী শক্তম শাগৎচখিবনি।

লাইরিক অসি ইবা হৌখিবসি ঙসিদগী চহি ৫/৬ কী মমাংদগীনি। অদুবু ইশিনখিবা মতেক-মতেকশিং পুল্লপ-পুনশিন্দুনা মতম কুইনা থম্লুরবনি। লাইরিক অসিগী মতুংদা ইবা লাইরিক ২/৩ দি ফোঙদোকচখ্রে। অদুবু ঙসিগী লাইরিক অসিমদি ফোঙদোকচনবগী তাঞ্জা ইফঙ্-ফঙজখিদে। ঐগী নক্তা তিন্নজবা মরূপ-মপাং কয়ানা অনৌবা উৎসাহ কয়া পীবিবদগী লাইরিক অসি অখঙ্-অহৈ তান্নজরগা ফোঙদোকচনবগী চপ য়ুংবা ৱারেপ অমা হৌখিবা এপ্রিলগী তাং ১৭, ২০০৯, শজিবুগী ২০ পানবা ইরাই নুমিত্তা লৌজখি।

লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবিখিবা মীওইশিংগী মনুংদা ঐনদি ওজা হায়না ইকাইখুম্নজরিবা য়াইস্কুল হিরুহনবা

লৈকাইদা লৈবা শ্রীরাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ, পদ্মশ্রী ওজাগী মমল য়াম্লবা লমজিং-লমতাক কয়াগীদমক তৌবিমল উৎচরি। লোয়ননা, শগোলবন্দ তেরা লৌখাম লৈরক্তা লৈবা ঐগী নুংশিজরবা ইয়াম্বা শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোলনা মহাক্কী খুৎই ফজবদুনা নান্না ইথোকপীবগীদমক্তা হন্না হন্না তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা থাগৎচরি। লাইরিক অসিগী খুৎইদগী কম্প্যুটরদা (ডি টি পি) নমথোকপিবগী অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা খুরাই লমলোংদগী শ্রীনোংথোম্বম ভাগিরথ সিংহ, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐহাক্কী নুংশিজরবা ইনাও শীংজমৈ চিংঙামখা লিৰা লম্বীদা লৈবা শ্রীনিংথৌজম কৃষ্ণকুমার সিংহ অমদি লাইরিক অসি নম্বগী ভার 'পুম্বা লৌবিখিবা শ্রীএলঃ ভুমেশ্বর সিংহ, প্রোপ্রাইটর, ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্লাওবুং মখোয়গী মতেং য়াওদনদি লাইরিক অসি পুথোকপা ওইথোক্তে। মখোয়গী মমল নাইদ্রবা তৌবিমল অদুগীদমক ঐহাক্না পূন্সিদা লমন অমা তোনশিঙ্গরবনি।

করম্বা মখলগী কাব্য ওইনা পুথোকচগদগে হায়বগী মতাংদা অখঙ-অহৈ কয়াগী মতসু লৌজখি। মথক্তসু পঞ্জপ্রিবদুনি, ঐহাক্কীদি নীংশিংলকপশিংদু খোৎচিনজহৌবদনি হায়না। চোইন-চোইনা লৈরম্বা কয়াদু লৈ পরেং অমগী শক্তম ওইনা লেংশিল্লকপা মতমদা চানদবা, চুনদবা য়াওখিগদ্রা হায়বগী চিংনজবা কয়া পোকচৈ। চুনদবা, চানদবনি হায়না পাবিরিবশিংনা ফাওবিরকপা পূন্নমক শেমদোকচনবা পাওতাক্ অমদি ৱাখল্লোন ফোঙদোকপীরকপদা তোল্লবনা হৱাওনা লৌশিঙ্গগনি।

**অইবা**

# ভাগ্যচন্দ্রঃ মণিপুর ইমাগী মণিগুম্না তাঙলবা মপারী

অহানবা পন্দুপ

## ভরতশাইগী ফজদবা

মণিপুরদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মরক্তা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র তোমথিন ঙানখিবা নোঙাল্লমদাই শজিক্লি। নিংথৌ অসি খুদোংথিবা য়াম্না থেংনখিবা অদুগা থেংনরগসু হন্দবা থৌনা লৈবা অখাঙ কনবা খুদোংথিববু খোঙফম চেৎনা মায়োক্লরকপা নিংথৌনি। মহাক অসামগী ইতিহাস (বুরন্দী) দা মমিং লৈবা নিংথৌনি। নবদ্বীপ্তা লৈরম্বা অইবা ব্রজমোহোন বাবাজীনা ইবিরম্বা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ সুন্দর কৌবা লাইরিক্তা লা. ১০৪ দগী ১০৭ ফাওবদা বাঙ্গলাদা ইরম্মী। "শ্রীল বব্রুবাহন হইতে মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র প্রথন্দ ছাপ্ন ছাপন্ন পুরষ হইয়েছে" কার্ত্তা মহারাজ শ্যামজাই খুরাই লাকপ অমদি চাখা-লোইখোম্বী (চাখাঙম্বী) অনিগী মচানি। মহাক্কী মতমদা ঔব্রা (ম্যানমার) গা য়াম্না তোইনা লাল থেংনরম্মী। মহাক্কী মমা ব্রায়েনবম চনু চাখা লোইখোম্বীসি মোইরাং নিঙোন্নি। লোইখোম্বীগী মৌপ্পানিপা খেলৈনোংনাং তেলহৈবা শা লান্দা য়াম্না থৌনা ফবা নিপানি। মতম অসিদা গৌরশ্যাম (ময়াম্বা) অমসুং কার্ত্তা মখোই অনিগী মখুড়া (মতোল) ইবুংঙো ভারত সাইনা নিংথৌ ওইরম্মী। মতোল নিংথৌ অসিনা গৌরশ্যাম অমদি কার্ত্তা মচিন মনাওবু নিংথৌ খুভম মুল্লকপা য়াই, হায়না চিংনবদগী মখোয়বু হাৎনবা থৌরাং তৌরকখি। অদুনা মমা চাখা-লোইখোম্বীনা মচা অনিসিবু পুরগা তোংন্হু খুনগী নিংথৌদা লোন্না শৈদাংলখি। অদু ফাউবা ভারত সাইগী মনাইশিংনা মমা মচা মখোই অহুম্বু হাৎনবা তান্নরকখি। মদুদা তোংন্হু নিংথৌনা মমা মচা মখোই অহুম্বু মশা কঞ্জনবা তা অমমম পীরগা মরিং হাওখুন্দা লোৎনবা থারকখি। অদু ফাউবদা ভারত নিংথৌগী মনাইশিং অদুনা হাৎকদবগী কোয়শিল্লকখি। মদু উবদা তোংন্হু নিংথৌনা অকনবা সিফাই থারক্তুনা ভারত সাইগী মীহাৎপা মনাইশিং অদু

লোইনা হাৎহনখি। অসিগুম্বা ভারত সাইগী ফজদবা পুকচেল অসি তাবদা মোইরাংদা চাখাঙম্বীগী মৌপ্পানিপা খেলৈ নোংনাং তেলহৈবা খেলেম্বনা মচে অমদি মমাক অনিবু মথ্বাই কন্নবগীদমক ঙাক্কুনা লৈখি। মসিদা ভরত সাইনা শাউরদুনা খেলেম্ববু হাৎনবা থিরকখি। খেলেম্বসু শাউরদুনা ভরত সাইবু য়েক্লবা ওইনা খল্লদুনা হাৎনবা হোৎনরকপদা ভরত সাই খাংবা ঙমদদুনা নিংথৌ খুভম থাদোক্কুনা ঔৱাদা চেনখি। ভরত সাইনা ঔৱাদা চেনখ্রবদা মতোল ইবুঙো আনন্তসাইনা গৌরশ্যাম অমদি মনাও কার্ত্তা মচিন মনাওবু চহি ৫/৫ নিংথৌ ওইনবা য়াথং পীরম্বী। অদুগা চহি ৫/৫ যুবরাজ ওইনবা য়াথংসু পীরম্মী। মখোয় অনিনা শিল্লোল শিনজিন নিংথৌ অমুক ওই যুবরাজ অমুক ওই মচিন মনাও নুংশিননা পানখি। অহল ওইরবা আনন্তসাইনা সেনাপতি ওইবিদুনা লৈবাক ঙাকপদা মতেং পাংবিগনি তাকপিরম্মী।

অসুম্না হায়নবগী মতুংইন্না খৃষ্টাব্দ ১৭৫৩ হিয়াঙ্গৈগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা ময়াম্বা গৌরশ্যাম্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। কার্ত্তানা যুবরাজ, অদুগা মতোল ইবুঙো আনন্ত সাইনা সেনাপতি ওইরে। গৌরশ্যাম (ময়াম্বা)না নিংথৌ ওইরগা মনাও কার্ত্তাগা অমদি মতোল সেনাপতি আনন্ত সাইগা ৱা তান্নরগা মখোয়গী মাম্মা খেলৈনোংনাং তেলহৈববু মোইরাংগী নিংথৌ হাপলে। অসুম্না পাল্লকপনা চহি ৫ লোইখিদুনা ৬ চংলকপদা কার্ত্তানা ১৭৫৯ দা শজিবুগী ৭নি পানবা শগোলশেনগী অফবা পুংফমদা ময়াম্বগী মহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইরে। হায়নবগী মতুংইন্না গৌরশ্যাম্না অমুক যুবরাজ ওইরে। অখাম চনু ভানুমতীবু মহারানী হাপলে। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পাল্লকপা মতমদা তাংখম খুলদা, মরমচৎ চুমদবা ব্রহ্মচারী অমবু ৱারকপা য়াদবদগী মনাইশিংনা ফুবদা খরা হেঞ্জিনখিবদগী শিদোকখ্রে। পাউ অসি তাবদা কার্ত্তা মহারাজ নুংঙাইতবনা খাংফম খঙখিদ্রে। ৱা অসি তাবদগী চহি ৫ শুদনা ময়াম্বদা নিংথৌ খুভম শিন্নজরে। অদুবু ময়াম্বা গৌরশ্যামগী পুন্সি খরা তেল্লকপনা চহি অমা খরা হেল্লকপদা নারক্কুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ থৱানগী কুনমাপন্নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা স্বর্গারোহন ওইখি। ময়াম্বা গৌরশ্যাম অমদি মতোল ইবুঙো সেনাপতি আনন্তসাইগা মখোয় অহুম্না খন্নরগা মোইরাংগী নিংথৌ হাপখিবা খেলৈনোংনাং তেলহৈবা মখোয়গী লৈবাক ঙাকপদা মতেং ওইবিনবা

খল্লুবনি। অমরোমদা মখোয়বু ঙাকপি শেনবীখিবগী তৌবিমলসু উৎখিবনি। অদুবু মীনা খনবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা হায়বদু থোক্লে। মখোয়না অন্নাবা তারবা মতমদা কনবিগদ্রা খল্লুবনি। অদুবু মখোয়গী মাম্মদুদা ওন্থোকপা ব্রাখল অমা চংশিনখ্রে। মতম্না পীরকপা মনা অফবা ওইহ্রবসু ফত্তবা ওইহ্রবসু লৌদবা ঙমদে। হায়বদুমক থোখ্রে।

------------

২ শুবা পন্দুপ

# মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বগী দরবার

মোইরাঙ নিংথৌ খেলেম্বগী দরবার অঙম অথৌ শুনা লেঙশিল্লি। হেপ্লাইবা নোংথোম্বনা মোইরাং নিংথৌদা হঙ্গচ্চরকই।

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌ ইবুঙো নদাইরেম্মা সনা খুয়া খাদা করিগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে সনা নোংদম্বীগনিদো!

মোইরাংনিংথৌ
খেলেম্বা : আঃ হায়যু হায়যু অচানবা! হেপ্লাইবা নোংথোনবা ননিং তমজৌ!

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌ ইবুঙো। নদাইরেম ঐখোয়গী ইরমদম মোইরাং লৈবাকসে... মীশিংনা নোংম-নোংমগী ঈশিং ইচাউগুম সুম হেনগৎলকপসিদা ইরমদমসি খরা চাউথোকহন্নিংখ্রেদা নদাইরেমদি...

খেলেম্বা : অং চুম্মী চুম্মী। অচানবা নোংমা নোংমগী মী মশীং সুম হেনগৎলকই। অদুবু মচা মশুশিংগী লুহোংবসু থিংবা তৌহৈদেদো অদুগা লমসু কদাইদগী লৌরুদুনা পাকথোক চাউথোকহনগদগে। সনাদি য়ৈর য়ৈরগা পাকথোকহনবা য়াইদো।

হেপ্লাইবা : সনা য়াথং অচুম্বনি। ইস্নাং নাপীগুম মখোঙ শোম্মগা, ঈশিং চাইবিরগা চাউখৎলক্কনি হায়বা নচ্চদে। অদুবু লৌবা য়াগদবা মরম লৈগদ্রা হঙ্গচ্চরিবা।

খেলেম্বা : (নোকপা) লম্বু কদাইদগী লৌবা য়াগদগে অচানবা। লৌ ইংখোল লৈবগুম লৈফম লৈরবদি লৈগে হায়রিবনি।

হেপ্লাইবা : পীয়ু হায়বা য়াগদবা অমদি লৈনে ইনিংথৌ ।

খেলেম্বা : হায়ফম্বু লৈরবদি হায়শিনে অঙম্বা । কনাদনোনে ? কদাইদনো শেল খরা তিংলবসু তিংথোকসি ।

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌ ! ইনিংথৌনা হঞ্জিন হঞ্জিন মখোয়গী মথ্বাই কনবিখ্রবা ইনিংথৌগী ইচে ইবেম্মনা পোকপা কার্ত্তানা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে । মঙোন্দা লম খরা পীয়ু হায়বা য়াই । মখোয়গীদি লমসু য়াম্না চাউরি ।

খেলেম্বা : হেপ্লাইবা নোংথোনবা ! নংগী ব্রাফম অদু ঐসু য়াম্না পাম্মী । অদুবু ঐগী ইম্মাক নিংথৌ অদুনা হরাউ হরাউ পীবিরক্লবদি ফৈ । করিগুম্বা পিরক্রবদি ইকাইবা ফংঙগা লাক্কনি । ব্রাফমদুবু হায়দবনা ফরোইদ্রো ?

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌ । ইনিংথৌমক্লা মখোয়গীদমক মথব্রাই পাম্মুখিদবা শিবা য়াবা ময়ামদু অমুক্তা নিংশিংবিয়ু । মখোয়গী মতোল ভরতসাইনা মখোয়বু হাৎকদবগী কোইথি থিখিবা নত্রনে ।

খেলেম্বা : উম্‌ঃ অদুবুদি চুমীবনি । ফম্নাইবা ! মখোয়গী মতোল ভরতসাইদু ঐবু হঙ্গোইবদগী চেনখিবনি ।

হেপ্লাইবা : নদাইরেম্না হঙ্গচ্চরিবসে সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু । করিগুম্বা পীরক্লবদি হয়েং নুমিৎ থানা ঙাল্লিবমখৈ ইনিংথৌগী মিংচৎ লৈহৌরগদবনি । অদুগা কার্ত্তাসু হৌন খঙদবা মীসু মান্দে, হায়দুনা অমুক্তং য়েংঙশি ।

খেলেম্বা : (শ্বর শাংনা হোন্দোকই) হায়রগা য়েংঙশি অঙম্বা !

৩ শুবা পন্দুপ

# মৈতৈ কোনুং

খেলেম্বা শগোল তোংদুনা হৃরাউ হৃরাউ লাকই। কার্ত্তা মহারাজগী দরবার পাত্র মন্ত্রী অঙম অথৌ শুনা মাগী মাগী ফমফমদা লেংশিল্লি। খেলেম্বা লাকপা উবদা কার্ত্তানা হৃরাউ হৃরাউ কৌশিল্লি।

কার্ত্তা : মাম্মা ইবুঙো। লেংশিনবিরকশি তাংবল অসিদা লেংশিনবিয়ু।

খেল্লেম্বা : মাক্লৌরেল ইবুঙো মণিপুরেশ্বর! ইম্মাক্লা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবসে মাম্মা পেল্লে। নুংঙাইরে।

কার্ত্তা : মনাইশিংদা হায়রকই। কনা কনা লৈ ঐগী মাম্মা মোইরাং নিংথৌ লেঙকই। সেবাগী পোৎলম অথুম অহাও পুথোরকউ। ঐ সেবা তৌজগে।

(খুদক্তা অথুম অহাও শেম্পাক অমা পুথোরকই)

খেলেম্বা : য়ারে য়ারে। ইম্মাক নিংথৌ ঐ নংগী ব্যবহারদা মাম্মা পেল্লে।

কার্ত্তা : মাম্মা হাদুনা য়েংবিয়ু ব্রাৎলগা অমুক কৌজগে?

খেলেম্বা : ইম্মাকসু হাবিয়ু (হায়নরগা নিংথৌ অনি হৃরাউ হৃরাউ চামিন্নে)

কার্ত্তা : মাম্মানা নম্মাক্কীদা খোংদোইবিরকপবু করম্বা সনা য়াথং তাকপিগদবা লৈবগে?

খেলেম্বা : (মথন্ত খল্লি হেপ্পাইবনা হায়রকপা চুমগদৌরি মান্নে হায়রশিরা ঙহাক ব্রাখল খন্দুনা তুমিন লৈবা)

কার্ত্তা : তাকপিশি মাম্মা। চিংন পরৈ থাদোকপিয়ু।

খেলেম্বা : অদুদি মাম্মা হায়রগে। মাম্মবু নচিন ননাওনা নুংশিবীদুনা নিংথৌ হাপ্পীরবনিনা ঐগী প্রজাশিংগী করিগুম্বা খরদং হোৎনজরমগে মাম্মানা খল্লি।

কার্ত্তা : চিংনদনা তাকপিয়ু মাম্মা। নম্মাক্লা পাংবা ঙম্বা মতেং ওইরবদি শোয়দনা পাংজগে।

খেলেম্বা : মাম্মগী মোইরাং লমদমসে মীগী মশীংনা হেনগৎলকপসিদা লম্নদি পাকথোরকপা নত্তবনিনা য়াম্না ৱারে লৈবা চল্লক্ত্রে।

কার্ত্তা : অদুদি মাম্মা করি তৌশিগে?

খেলেম্বা : অদুনা ইম্মাক্লা নিংথৌ ওইরিঙৈসিদা মাম্মদা লম্লেন শিংজমৈ চীংঙা মখাদগী মোইরাংগী লম ওইজহৌরগে হায়ববু করি হায়বগে?

কার্ত্তা : ইস! মামাঃ (শ্বর মপী হোনবা)

খেলেম্বা : করি হায়বগে? ইম্মাক নিংথৌ।

কার্ত্তা : ইস! মাম্মা! মদুদদি ঙাকপিয়ু। লমদি নম্মাক্কী ইরল নচ্চদে। অদু নত্তবা অতোপ্পা পোৎ সনা ওইরবসু লুপা ওইরবসু তাকপিবদা নম্মাক্লা পাংজগনি।

খেলেম্বা : মাম্মদি অতৈ পোৎ অমতা পামজদে। নংসে ইচে ইবেম্মগী মচানি খন্দুনা হায়জবনি। নংনবু পীবীগে হায়রবদি করিসু নত্তে!

কার্ত্তা : মাম্মা ৱারৌবিগনু মামসে ইমাগা পোকমিন্নবনি ঐসু খঙই। ঐখোয়গী থৱাই কয়ারক হন্না কনবিরক্লবনি। নম্মাক কাউজদ্রি।

খেলেম্বা : অদুদি মাক্লৌরেল নিংথৌ! চীঙাদগী হায়জররোই মাইবম লোৎপা চীংদগী পীবিরো। করি হায়গে?

কার্ত্তা : (শ্বর শাংনা শাংনা হোল্লগা মরু লুকথদুনা লৈ)

খেলেম্বা : ঙসি ঐনা পিবিয়ু হায়জরিবা লমসে মাম্মনা লৌ উদুনা নত্রগা ইংখোল কোয়দুনা শিজিন্নগে হায়বা নত্তে। প্রজাগীদমক্তনি। প্রজা খরা লৈফম লৈজদদুনা লোক্তাক্তা ফোপ হাদুনা লৈবা য়াওনরে। মাম্মা য়েংবা নুংঙাইত্রে।

কার্ত্তা : মাম্মা! ব্রারৌবিগনু লমদি ইপা ইপু হাক্তক্তগীসু কনাদসু পীনরক্তে। ঐগী কোনুংদা লৈজবা পোৎ ওইরবদি ঐনা ইনিং তম্না পীথোকপা ঙম্মী। লমদি ঐগী নত্তে প্রজাগীনি। ঐনা ইরমদমগী শক্তম থুগাইরম্লবদি তুংগী মীরোন্না করি হায়নহৌগনি। মণিপুরগী ইতিহাসতা ঐগীসু মাম্মগীসু ফজদ্রবা মিংচৎ লৈহৌরগনি। মদু পামজদে।

খেলেম্বা : মাক্লৌরেল তৌগনুদা। খরদি পীয়ুদা! পীবনা ফগনিদা।

কার্ত্তা : মাম্মা! লমগী ব্রাফম ওইরবদি ব্রারৌবীগনু খন্নররোইশি।

খেলেম্বা : (শাউরকএ) মাক্লৌরেল। ঐসে ভরতসাই তাহ্নোকখিবা খেলৈ নোংনাং তেলহৈবনি। খরা পীবনা ফগনি।

কার্ত্তা : (মাম্মা!) লমগী ব্রাসিদি করিমতা পীবা ঙমজরোই।

খেলেম্বা : তৌনুদা। মাক্লৌরেল। নংগী খুদোংচাদবা লাক্কনিদা।

কার্ত্তা : (শাউরকএ) মাম্মা লমগী ব্রা ওইরবদি য়েত্তুম মতোন্দা পকপা লৈপাক ফাওবা পীজররোই। ব্রারৌবিগনু।

খেলেম্বা : (মায় ঙাংশঙ ঙাংখ্রে শাউবনা থক্ থক্ নিকখ্রে ফুক হৌগৎলগা কোয়েৎ ফৎ কহ্নোক্তুনা হায়রকই) মীশক খঙদেদা।

কার্ত্তা : (মখা ক্রক্ ক্রক্ চিক্লা ঙাংজে) ঙসিগী তৌরিবা থৌদৌসিদি কনাগুম্বা অমনা তৌবা ওইরম্লবদি অঙাং ওলহনবগী চৈরাক পীরগদবনি। (হায়রগা মায় লৈথোক্তুনা লৈবা)

খেলেম্বা : (কার্ত্তাদা মুন্না য়েংঙম্মগা) ফৈ ফৈ অদু ওইরবদি ঐগীসু ইতিক খঙঙু। (হরয়রম্মগা চৎখ্রে)।

৪ শুবা পন্দুপ

# মোইরাংদা খেলেম্বগী দরবার

হেপ্লাইবা : মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তা ফজদেদা। ফরবসু ফত্ত্রবসু মমাগা হেক পোকমিন্নবা মাম্মগী খজিক্তসু য়েংদেদা নখোয় নমা নচাবু কন্নবা হোৎনবদা ইনিংথৌগী থরাই পাম্মুখিদবনি।

খেলেম্বা : (মখুৎ প্রোক প্রোক থেক্তুনা খাংই স্বর মপী ফুইনা হোল্লি)

মপু মশক খঙদবা কৈ-মচা কল্লুবা তারেদনা ইকাইখ্রেদা! শরিসো

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌগী পাও তাবদা হেপ্লাইবা ঐ ফাওবা খাংবা ঙমদ্রে। ও! কার্ত্তা নিংথৌ ফজমন্দে। মাগী মতোন ভরতসাইনা হাত্তোকপিরম্লবদি মতিক হেক চাগদবনি। ইনিংথৌগী লৌশিং থৌনা লৈবশি উবদা ভরতসাইনা হৌজিকসু চঙঙকপা ঙমদ্রিবনি।

খেলেম্বা : হেপ্লাইবা নোংথোনবা! হন্দক্কী মতৌসিদি ঐ ওন্থোক্লা ইকাইখ্রেদা। মাগী পাত্র মন্ত্রীশিংদুগী মমাংদা শিবনা শরুক চাম্ম হেন্না ফখ্রবনি।

হেপ্লাইবা : সনা বুদ্ধি তপথবীসি। অপঙবনা মৈ কিদবগুম্বনি।

খেলেম্বা : ইস: মানা হায়রকপদুবু য়েত্তুম মতোন্দা পকপা লৈপাক ফাওবা পীরোই হায়রকপনি। মদু তাবদা ঐ শাউনিংখিবনা খান্বী থক্তা লৈবা লেম্লেগুম খাংখ্রবনি।

হেপ্লাইবা : সনা বুদ্ধি তপথবীশি। নদাইরেম্না ইনিংথৌগী নিংবা থুংনবা শত্রংগী পো চচ্চরক্কনী। মতাং অসি য়ৌরবদি ফিঙ্গৎলগা য়াইফবা পুরকপা ঙম্মোই।

খেলেম্বা : (শ্বর ফুইন ফুইন হোল্লি) আ! অদুদি হেপ্পাইবা করি করম তৌরগা লম্মন খুমশিগে। মথ্বাই কনবিরকপা ঐনা অপঙবা তাগদৌরি।

হেপ্পাইবা : ইনিংথৌগী সনা খুৎনা করিগী থাঙ তেন পায়দুনা লান শোক্লগদগে। তিজ্বংগা তিজ্বংগা থিন্নহল্লগা ইপু-ইনাইনা নুঙাইনা ফমদুনা কুম্মে য়েংদুনা লৈথোক্কদবনি। সুম য়েংবিয়ু।

খেলেম্বা : অদুদি হেপ্পাইবা। মসিদি করম্বা মওংদা চত্থশিগে ইচেগী মচানি হায়দুনা ঐ করিমতা য়েংঙরোই।

হেপ্পাইবা : নঙ্কাক্লী খন্দুনা য়েংঙরোইশি মহাক কৈ মচানি। অদু ওইরবদি ঐব্রাগী খাম্রন্ মনিল নাইবা অচৌবা তেঙ্গোল লৈরি। নদাইরেম্না তোংদোই নিংথৌদা হায়জরুগে। মাগুম্বনা পংলাক লাকচবা য়াবরা?

খেলেম্বা : এ! মদুমকসু খজিক্তং হেনমল্লোইদ্রা হেপ্পাইবা!

হেপ্পাইবা : ইনিংথৌ! ইনিংথৌনা মখোয়গী শিবা য়াবা কয়া কয়াদগী কনবিরগা হিংহনবিবদগী মখোয়না য়েক্লবা তিজ্বং লৈতনা নিংথৌ ওইবা ফংজরিবনি। মাগী মতোল ভরতসাইনা ইনিংথৌবু অচেংবা য়েংদুনা লৈরমগনি। ইনিংথৌবু ভরতসাইনা করিগুম্বা হাৎলবদি মখোয়দি নুঙাইগদৌরিবনি। ইঙ্কাক্লী হায়দুনা য়েংনররোইশি।

খেলেম্বা : উম! মদুদি চুমগনি। ভারতসাইদু ঐবু কিদুনা চেনখ্রিবনি। তাঞ্জা ফংলবদি ঐবু হাৎনবা হোৎনরক্কনি।

হেপ্পাইবা : তো! অদুনি মরি মতানি হায়দুনা য়েংবিরুরনু।

খেলেম্বা : উম! হেপ্পাইবা নংনা হায়বা চুম্মী। ইচেগী মচানি খনখ্ররোই। নং ঐব্রা নিংথৌ তোংদোইদা মতেং খরা পাংবিনবা হায়নরুরো থীনবা য়াদ্রে।

৫ শুবা পন্দুপ

# ঔব্রা নিংথৌগী দরবার

তোংদোই নিংথৌ সিংহাসন্দা লেংশিল্লি পাত্র মন্ত্রী শুনা লৈরী

হেপ্লাইবা : (চংলকই) খুরুমজরী মহারাজ ঔব্রা নিংথৌ!

ঔব্রা নিংথৌ : হায়বিয়ু মোইরাংগী অঙম্বা! ঔব্রা ঐখোয়গী কোনুংদা লেংঙকপবু
তোংদোই করি হায়নিংবা লৈবগে?

হেপ্লাইবা : হে! নিংথৌ! অকনবা থৌজাল হৈবা! নখুয়াদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা হায়জরকই। মহারাজদগী মতেং খরা নিরুচো হায়দুনা লাকচবনি।

তোংদোই : হায়বিয়ু! হায়বিয়ু! মোইরাং লৈবাক্তা কনানা লাকচ খুদুম চনবা য়াওরবগে?

হেপ্লাইবা : হে! ঔব্রা নিংথৌ অকনবা! মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বনা হঞ্জিন হঞ্জিন মথ্বাই কনবিখিবা মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তানা মোইরাং লৈবাক্তা লানশিংনরক্লে। মোইরাংগী মীশীং য়ামজদবনিনা ঔব্রা নিংথৌদা মতেং খরা পাংবিনবা হায়জবা লাকচরি।

তোংদোই : উং! মোইরাংনিথৌ খেলৈ নোংনাং তেলহৈবদি ঐগী চান্নরবা মরুপ্পী মাসু য়াম্না থৌনা ফবনি। অদুগা মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তাসু, থৌনা ফৈ হায়না তায়।

হেপ্লাইবা : হোই ! কার্ত্তা, থৌনা ফৈ ঐখোয়সু তাজরে। অদুবু মাগুম্বনা ফনা থৌনা ফদুনসু ঔব্রা নিংথৌগী মমাংদা করিসু নত্তেদা। মথন্তনা থৌনা ফবনা করি ঙমগনি।

তোংদোই : হোই! ঐখোয় খরদি খন্নদবা য়াদে। অঙম অথৌশিংগা অমুক্তং মুন্না তান্নখিগে।

হেপ্লাইবা : তাবিয়ু ঔব্রা নিংথৌ! লৈবাক অমগী নিংথৌ অমনা ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না লান খরা পাংবিয়ু হায়জরকপদা য়াম্না য়াংনা লৌবিগনু। অসুক চাউখ্রবা ঔব্রা লৈবাকপু মীনা করি হায়নখিগনী।

তোংদোই : হোয় মদুদি চুম্মী। খন্নবা য়াবা ৱাফম্নী অদুবু লান হায়বসি তৌরবদি মায়কৈ অনিমক্কী লাম্নী মশীং খঙদনা শিগদৌরিবনি। কনানা ঙমগনি হায়বসু হায়বা ঙম্বা নত্তে। মরাল লৈজদবা প্রজা নুপী অঙাং কয়া ইজ্জৎ শোক্লরক্কনি মদু ঐনা থিংবা ঙমগদবা নত্তে। লান হায়বসি অরানবনি।

হেপ্লাইবা : তাবিয়ু মহারাজ লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইরবদি প্রজাবু মচাগুম নুংশিবীগদবনি। চুম্মী। অদুম্নদি ওইরগা নিংথৌ অমা কন্নবগীদমক ঐগী লাম্নী খরা শিগনি হায়দুনা অদুক হাক্লা পুকচেল পীকথবসু হৌনদে।

তোংদোই : (তুমিন মরু লুকথদুনা লৈবা)

হেপ্লাইবা : অচসা মোইরাং নিংথৌসু তৌবিমল খঙলোইদবসু নত্তে। মোইরাং লৈবাকসে ঔব্রাগী মখাদা লৈগদৌরিবনি।

তোংদোই : (তপ্লা) ফরে অদু মঙাইরে ফম্নাইবা! ঐ অমুক্তা খনখিগে।

হেপ্লাইবা : অদুগী মথক্তা নিংথৌ মাগী মচানুপী অদুসু অওং অউনগা লোইননা কৎকদৌরিবনি। মথ্মাই নুঙাইমন্দবদগী চংজরক্লীবনি।

তোংদোই : (স্বর শাংনা হোম্বরগা) ফরে! অঙম্বা হেপ্লাইবা। নংগী নৱা তাবদা তোংদোই নিংথৌ ঐ নুঙাইত্রে। ঙসিদগী নুমিৎ মাপন্নি শুবা নুমিত্তা ঔব্রা ঐখোয়গী খাত্রন্ মনিল নাইবা অচৌবা লাম্নী লিশিং লিশিংনা মৈতে নিংথৌগী মথক্তা লান্দারক্লগনি। নং চিংনরগন।

হেপ্পাইবা : নুংঙাইজরেদা! ঔব্রা নিংথৌ পুকচেল চাউবা নিংথৌ অমা ওইবগী মতিক চাবা ব্রাঙাংনি। অদুদি হায়নখিবা ব্রাদি হোংনরোইশি। অদুদি ননাই ঐ য়ৌনবা তৌজরগে।

তোংদোই : য়ৌরো য়ৌরো অঙম্বা! নয়ুম কেগে মোইরাং লমদম পাংখরো। মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বদা মথ্বাই হ্রাওনবা তম্বীরুরো। চিংনরগনু হায়রুরো। লেংঙো লেংঙো! (হেপ্পাইবা চৎখিবা)।

## ৬ শুবা পন্দুপ

# মৈতৈ কোনুংদা

কার্ত্তা মহারাজগী দরবার মতোল ইবুঙো আনন্তসাই সেনাপতিসু লেঙশিল্লি। ৱাংখৈ গোপীরাম পাচহনবা অমদি খুম্বোং চন্দ্রমণি, নন্দলাল, অয়েকপম লক্ষমন অমসুং মজাই বুঙো লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্রনচিংবা মাগী মাগী ফমফমদা ফম্লরি।

কার্ত্তা মহারাজ : পাবুংতোন হৌজিক মাম্মা খেলেম্বনা হায়বিরম্বদু তাহৌরেদনা। ঔৱাদা মখোয়না চংজরুরে। ঔৱানা ঐখোয়গী ইথক্তা লান লাক্কদৌরে।

আনন্তসাই সেনাপতি : হোয়। ইপাসু তারে। মরম চাবা চাদবা লান লাক্লবনিনা লৈবাক অমদি প্রজাবু কন্ননবা হোৎনবদি নিংথৌ মচাগী হৌনবনি চেনবা য়াদে, মায়োক্লবা তাবনি।

কার্ত্তা মহারাজ : অদুনদি পাবুংতোন ইপা ইচানা তৌগদবসি ঔৱাদি ঈশিং লান্মী নত্তে। য়াওরক্লম্মোই। অদুনা ঈশিং চাউহল্লসি করি হায়বগে ?

আনন্তশাই : হোয়। ইচা নিংথেমগী ৱা অদু য়াম্না ফজবা লাল্লোংনি অদুদি কমদৌনা ঈশিং চাউহনশিগে ?

কার্ত্তা : অসুম তৌরশি। অরোং তুরেলগা ৱাংজিং তুরেলগা অনিসি থিঙ্গৎলগা খুশেমগী ঈশিং চাউহল্লশি।

আনন্তশাই : হোয়নহে! ইচাদি লম্মিৎ তুম্মিৎ কুপ্না খঙলম্মীদা। মদু তৌরশি। মখোয়গী লান্মীনা হি য়াওদবনিনা ঈশিংদা ঙাওরিঙৈদা ঐখোয়গী লান্মীনা হি তোংলগা তান্ন-তান্ন হাৎপা

য়ারগনি। অদুদি ঐ তুরেল অনিদু অহিং অসিদা পল চেকশিন্না থিংহল্লগে। থীনবা য়াদ্রে।

কার্ত্তা : অদুদি পাবুংতোন সোমদা নচানা হি খরা থৌরাং তৌজরমগে।

## ৭ শুবা পন্দুপ

# মোইরাংদা ঔব্রা লান্মী থুংলবা

মোইরাংলমদা ঔব্রা খাম্রন্ মনিল নাইবগী লান্মী থুংলরে।

খেলেম্বা : হেপ্লাইবা! অচানবা নংগী লৌশিংদগী খাম্রন্ মনিন নাইনা অচৌবা তেঙ্গোল থুংলরে।

হেপ্লাইবা : ইনিংথৌ! নদাইরেম্মা খাম্রন্ মনিল নাইবা ফংনবা ঙাংনবা অরায়বা থবক নত্তে। তোংদোই নিংথৌনা য়ারবদি মতেং পাংদনবা লৈই-লৈদুনা অদুম ঙাংদুনা লৈবনি।

খেলেম্বা : তৌরমগনি। মাগীসু লান্মীশিংশি অশি অনা খরদি য়াওগদৌরিবনিদো অদুনা য়ানিংফম থোক্তে। অদুবু হৌজিক্তি নংগী লৌশিংনা ঔব্রাগী লান্মী থুংলরবনিনা নংনা লাল্লোং শিল্লো।

হেপ্লাইবা : ফগনি ইনিংথৌ নদাইরেম লৈজরি। কার্ত্তা নিংথৌগী লৌশিং থৌনা য়েংবা তারেদনা....।

খেলেম্বা : অদুগা হেপ্লাইবা কার্ত্তা অরাইবা নত্তে লান য়াম্না হৈবনি। মচানুপা লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র নিপামচা অনিদুসু থাঙ-তা হুয়েল লাল্লোং ফজনা হৈবনি। ঔব্রাগী লান্মী খরদি মখোয়গী মখুত্তা মাঙগদৌরিবনি।

হেপ্লাইবা : মদুগী থোইনা চিংনবিরগনু থৌনা ফবা মখোয়দুগা থেংনবদা লান্মীশীং খর খর হেন্না থাজিল্লগা লোইরে। মখোয়না পংকন কনবা য়াবরা? ঐ ঔব্রা লান্মীশিংগী মনাক্তা চচ্চরে।

খেলেম্বা : ফরে ফরে, হেপ্লাইবা নংগী নবুদ্ধি নরৌশিংনা ঐ মায় অমুক্তা পাকচগে।

হেপ্নাইবা : সনা পুক্লিং তপথবীয়ু। ঔৰা খাম্রন্ মনিল নাইবা অকনবা লান্মীশা: মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লান্দারশি খরা চেকশিন্না চংশি। (শগোল থৌজিল্লী) ঔৰা লান্মীনা শগোল তোংদুনা চংশিল্লকপা উবদা আনন্তশাই সেনাপতীনা হায়রকই।)

আনন্তশাই : মৈতৈ লান্মীশা : অপঙবা ঔৰাগী লান্মীগী শগোল থৌজিল্লকএ ঈশিং থূন্বা মায়গৈদা হোইজিন্নবা তৌ।

মৈতৈ লান্মী : ফগনি সেনাপতি। (লাউরকই) মৈতৈ লান্মীশা সেনাপতীনা হায়রিবসে তৌরশি। (মৈতৈ লান্মীনা ঔৰা লান্মী ঈশিংদা হোইজিনবা।)

ঔৰা লান্মী : (মরোল ইখোই খোইনা) ঈশিং চাউরম্মে। ঐখোয় শিবা তারে ঔৰা লান্মীশা চেল্লশি।

মৈতৈ লান্মী : ঔৰা লান্মী চেল্লে তান্ন-তান্ন হাৎলো। (অরাম্বাই লংবা থাঙনা তান্ন-তান্নদুনা য়ান্দুনা হাৎপা।)

ঔৰা লান্মী : ইস: মৈতৈ কার্ত্তা নিংথৌ শিংখ্রেদা ঐখোইদি হি য়াওদবনীনা উপায় লৈত্রে। নংগী নংগী নথ্বাই হিংনবা চেন্নরো। (লাউবা)।

(ঔৰা লান্মী শিবগী মখোলনা পুম্নীল নিনখ্রে)

কার্ত্তা : (হি তোংদুনা লাকই অদুগা লাউরকই) মৈতৈ অথৌবা লান্মীশা! ঔৰা লান্মীশিংসে তান্ন-তান্না হাৎলো অমুকসু লান লাকখিনী মশিং হন্থনবা তৌরো।

আনন্তসাই : ঔৰাগী ইকাই খঙদবা খুনেক লান্মীশিংসে ঐনসু ফন য়াম্না ময়েং তাহনখ্রবনি। অশিবা মশা ফনা য়াম্না ঈশিংনা পুথখ্রবনি। অশিবশিংসে হোন্দোক্লবগী মথৌ তাররোই। মফম অসি মোৎলরোই য়াম ফরবনি। হাৎলু হাৎলু।

ঔৰা লান্মী : ঔৰা লান্মীশা মখোয়গী সেনাপতি হনুবসে ইথা থাজদনা মী য়াম হাৎলে। মনাক নকশিল্লুনু কৈ হনুবনি।

৮ শুবা পন্দুপ

# মোইরাং লমদা পেন্নদবা

(খেলৈ নোংনাং তেলহৈবা নিংথৌ চিন্তা তৌনা লৈবা।)

খেলেম্বা : নুংঙাইখিদ্রেদা মৈতৈনা শাথিনা লাকচখ্রেদা। মখোয়না হাৎপদা নত্তনা ঈশিংনসু ঔৱা লান্মী ফন য়াম্না হাৎখ্রবা। ওহ্লোকপনিদা। খেলৈনোংনাং তেলহৈবা ঐদি শিখিবনা হেন্না ফখ্রেনা।

হেপ্পাইবা : ইনিংথৌ! সনা বুদ্ধি তপথবীনি। নম্মাক কার্ত্তা নিংথৌনা ফত্ত লৌশিং খরা হেনখ্রে। ইনিংথৌনা লান্দারক্কনি ইঙ্গিৎ খরা তৌরুবদুনা ফত্ত লৌশিং তৌবনি। নংদনা ফত্ত-লৌশিং হুরান লান্না চংগনি। কয়াম শিংবগে য়েংলশি।

খেলেম্বা : চুম্মী হেপ্পাইবা। ঐনা ইম্মাক্লী খন্দুনা মথ্বাই কঞ্জনবা ইঙ্গিৎ পীরুবদুদা মাগী ফত্ত লৌশিং তৌবা নংনবা ওইনা থোকখ্রে।

হেপ্পাইবা : ইনিংথৌ চিংনবিগনু নদাইরেম লৈজরি। ননাইনা ইনিংথৌগীদমক্তা অমুক্তা ঔৱা চচ্চগে। অদুবু ইনিংথৌ ননাই করি হায়রগা তোংদোই নিংথৌবু মবুক পেৎনবা ঙাংলুশিগে। সনা য়াথং তাকপিয়ু।

খেলেম্বা : হন্দক্কী অসুম্না হায়রসি মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তানা ফত্ত-লৌশিং নংদনবা অহিংদা হুরাল লান্না তৌরসি নহাল শিখিবশিং অদুগী লম্মন খুম্নবা তৌশি। মৈতৈ কোনুংদা লান জয় ওইবগী হরাওনরিঙৈদা খুদোংচাবা লৌহৌরশি হায়না থেম্মগা য়েংশি।

হেপ্পাইবা : অংহোই! ইনিংথৌনা তাকপিরিবদুগী মথক্তা নদাইরেমনা মচু খরগা শংজিল্লগা হায়নজরুরগে।

খেলেম্বা : অসিমগা নিংশিংউ শমজীমণিবু মতিক চানা অওং অউন তম্লগা কৎকনি। অদুগী মথক্তা মোইরাংনা ঔৱাদা লোইপোৎ কাগনি। অসিগী মথক্তা ইদাইরেম্না ফনবা খরা হায়রুরো ঐ থৱাই য়াম্না নুংঙাইতে।

হেপ্পাইবা : ফগনি ইনিংথৌ! ইনিংথৌগী থৌশিল য়াম ফজে ননাইনা ঙম্নবা ঙাংনজরুরগে। অদুদি ননাই ঔৱা য়ৌনবা তৌজরগে পুনেমজরি। খুরুম্বা (লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা চৎখিবা)।

খেলেম্বা : হন্দক মানা চৎখ্রিবসি মঙ্গল ওইরক্লবদি ফগনিদা হে! ইবুঙ্গো মোইরাং থাংজিং কোইরেল লাই নদাইরেম্না নখুয়া খাদা পুনেমজরী। মোইরাংনা অমুক্তং মঙ্গল ওইজগে।

৯ শুবা পন্দুপ

# লাবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র থাঙ তন্বীবা

অখাম চনু লীক্লাংখোম্বীনা লাবণ্যচন্দ্র পোকই। ঙাংবম চনু মেতু লোইখোম্বীনা মধুচন্দ্র পোকই। লাবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র মচিন মনাও থাঙ তন্বীরী।

মেতু লোইখোম্বী : ইচেমশিজ! অমুক্তা মিয়েং তাবীয়ু অঙাং অনিনা থাং তম্মিন্নজরিবসে নোংথাং কুপ্লগা চপ মান্নখ্রে। ঐদি য়েংবদা শ্বাই শ্বাই লাউই। লৱাই শাৎলি তু মান খ্যাও খ্যাও চুংই।

লিক্লাংখোম্বী : হোই! ইনাও ইবেম্মা! মপাবুং নোংশানিনা নোংশাগী শরাক তম্নবা তাবনি। তম্নদবসু য়াদবনি।

মেতু লোইখোম্বী : এ: এ: ইচেমশিজ! মধুচন্দ্র অসি লোংনা তাখ্রে। অদুমক্তদা ময়াম্বনা তান্না-তান্না য়ানশিল্লি। অমসিসু লোংনা হুন হুন্দুনা লৈথোক লৈশিন তৌরি। এ: এ: শোক্লরগনি। নুংশা থিরেদা।

লিক্লাংখোম্বী : হোইনহে! ইনাও! থাঙ নেনা থৌবনা উশা ৱাশা থবৎ থবৎ তৎলি অনিসিনা হাইনবদা। অকিবগী মশক্লী। এ! এ! মধুচন্দ্র অসি লোঙন হুল্লগা হৌগৎখ্রে। কয়াদা ৱাংনা চোংখ্রবনো? ময়াম্বনা হাইরিবা থাঙ অসিগী মথক লান্না চোংবা ঙম্মী।

লোইখোম্বী : খরা ৱাংনা চোংখৎলমদ্রবদি মখোঙ অসি তৎলোইদ্রসে। (মচাশিং কৌবা) ইমাগী লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র নখোয় অনিবু ৱাদ্রিবরো, পোত্থাবা য়াদ্রিবরো? নখোয়বু শঙ্গোম খরা খরা থক্লখোদনা।

লিক্লাংখোম্বী : এ: এ: কৌরুখিনো! ইনাও মতাং অসি মায় লৈথোকপা য়াবা মতাং নত্তে। মখোয় অনিনা ব্রারগা মরনাই পোত্থাবা লাকচগনি।

(মখোয় অনিমক কন্না থাঙ হায়নরী) মধুচন্দ্রনা হায়রকই য়াম্লুং ইমানা কৌরে। (মায়দি লৈথোক্লদে)

লাবণ্যচন্দ্র : হোই হোই! ইবুঙো! শঙ্গোম খরা খরা থকউখিশি। হোই ইমা নচা লাকচরগে।

লিক্লাংখোম্বী : ইচাশা! নখোয়না থাঙ তম্লবসে ইমাখোয়দি নুংশা থীবনা য়েংবা ঙমদে।

লাবণ্যচন্দ্র : করিসু তৌরোই ইমা! মসিদি ঐখোয়গী তমদ য়াদ্রবা ইথৌনী। পাবুংনা তাকপিবা তা খৌশাবসু ঙসিগী তমজদ্রি, ইমাখোয়সু অসিগুম্বসি হৈজিনবা ফৈ থাঙ তা হাইনবা উবদা কিরোইদবনি। থস্মোই কনবা তম্বীগদবনি।

লিক্লাংখোম্বী : হোয়! হোয়! ইবুঙো নিংথৌ মচা হায়বসিদি খরসু তমদবা য়াদে। অদুবু খরা খরা য়েংনরগদি তমনৌ।

লাবণ্যচন্দ্র : তম্লরিবনি। ইমা ইবেম্মা অদুবু হয়েং য়েক্লবগা লানফমদা য়ান্নবদদি সিদি করিসু নত্তেদা। লানফমদা অমগী মঙক অমনা ককপা উবদা ইমা পাখত্তবা ঙমগদবনি। মদু উবদা পাখত্তুনা ব্রান্থখ্রবদি লান ফমদা সেবা তৌবিনিংঙাই লৈরোই।

মধুচন্দ্র : অশেংবনি ইমা! লান হায়বসি নিংথৌ অমগীদি ইরুজবগুম্বনি। খুৎলাই য়াওদবা মতাংদসু মীনা থাঙনা য়ানশিল্লক্লবদি চেনবা য়াদে মাগী থাঙদু মুন্নবা হোৎনগদবনি। হঙ্গোইবা য়াদে।

লাবণ্যচন্দ্র : নিংথৌ ওইরগা থাঙ তা হৈত্রবদি মন্ত্রী অমদি সেনাপতিনা থওইবীরোই। থওইবীদবতা নত্তনা নিংথৌ খুভম মুনবিবা

ফাওবা য়াওরিবনি। অদুনা ইমাখোয়সু থম্মোই কন্নবা কিগন্দবা, পাখৎকন্দবা মী ওইনবা হোৎনবীয়ু। ঈ উবদা চিংনবিগনু।

মধুচন্দ্র : অদুদি য়াম্বুং! পাবুং সনখ্যানা তম্বীবা তা খৌশারোল থেঙ্গৌ চোংবদু ঙাহাক ওরাইখিশি। ইমাখোয় পোত্থাবীরুরো। য়াম্বুংগা ঙহাক্তং তম্নজখিগে।

লোইখোম্বী : হোয় হোয় ! নচিন ননাও নুংশিননা তম্মীন্নৌ। ঐখোয়সু থম্মোই কন্নবা ঙহাক্তুম য়েংখিগে। নখোয় অনিনা পাবুং মহারাজগী মতেং পাংবা ঙম্মগনি খনবদা ইমাখোয়সু নুঙাইরে।

লিক্লাংখোম্বী : অশেংবনি ইচেম্দি মখোয় অনিসি উবদা থম্মোইসে খরা চাউখৎচবা ঙম্মী। অদুবু তম্নবসিদা অশোক অপন য়াওনরক্কদ্রা হায়বগীসু চিংনদবা ঙমদে। হয়েং য়েক্লবগা থেংনবদদি অঙম অঙম্বা হাৎনগদৌরিবনি। খঙদ্রেদা নিংথৌ মচাগী নুংঙাইভম হায়বসিবু কদাইদনো ? খঙদেদা।

লোইখোম্বী : অওইবা! ইচেমশি! নিংথৌ মচাবু ওইনা পোক্লবদি শা লান হায়বসিমদি ইলোয়দা লোয়নরবনি। মখোয়না তন্নিবসে ইচিন ইনাওবুসু ঙাকপিনবা শরুক য়াওরিবনি। ইচাশিংসে অশোক অপন য়াওদনবা ইবুধৌ পাখংবা খুরুমজরুসি। থাগোন্নরুশি।

(লাবণ্যচন্দ্র অমদি মধুচন্দ্র অনিমক তা অমমম্ পায়রগা থেঙ্গৌরোল চোংবা তম্নরী।)

## ১০ শুবা পন্দুপ

# কাৰ্ত্তা মহারাজগী দরবার

কাৰ্ত্তা মহারাজনা সিংহাসন্দা লেঙশিল্লি অমসুং মতোল ইবুঙো হরিচরণ অমসুং অঙম অথৌ অমদি মজাইবুঙোশিংসু মাগী মাগী ফম ফম্লাংদা লেংশিল্লি।

হরিচরণ : ইপাগী নিংথেম! শকাব্দ ১৬৮৬ অসিদা ইচাদা ঔৱানা লান্দারক্লিবসি হন্দক্কীসিগা অনিরক শুরে। নহানমুক্না ইচানা ফজরবা লৌশিং অমা তৌদুনা অঙাওবা ঔৱা ফনা য়াম্না ইৱাক্লদুনা শিজখ্রে। ঐখোয়নসু ফনা য়াম্না হাৎখ্রবনি। অদুমক্তদা ঙরাং অহিং অমুক্কা মরাল লৈজদবা প্রজা কয়া হাৎলে হায়বা তারে। করম করম তৌশিগে।

কাৰ্ত্তা : অংহোই পাবুংতোন! মীনা ইনশিল্লগা শিরুচো হায়বা ফাওবা য়ারিবা ঔৱাশিংসিসু অঙকপনি। তুমিৎ কাঙ হাৎপগুম ফনা য়াম্না হাৎখ্রবনি। ঔৱাগী থৱাই অসি ওহ্নোক্লা মমল হোঙখ্রে।

হরিচরন : উম! ইচানা হায়বা চুম্মী। মখোয়গী থৱাইসি ওহ্নোক্লা মমল হোঙমনখ্রে। আ: নিংথৌ মচা ওইনা পোক্লুরবনিনা প্রজা কন্নবা হোৎনদবা য়াদে, লান চংবা তাবনি। আ: নংগী মাম্মা খেলেম্বদা লম খরা পীহৌদবগী থোকইবা লান্নিনে হা!

কাৰ্ত্তা : অংহোই! অচুম্বনি পাবুংতোন! অদুবু নচাগী ৱাখন্দদি নিংথৌ অমনা লান কিবদগী পীথোকখি হায়বদি থোকহঞ্জনিংদে।

হরিচরন : আ: ইচা নিংথেমগী ৱাখল অদু নিংথৌ মচাগী খনফম থোকপা ৱাখলনি। থৱাই পাম্মুবদগী প্রজাগী মরল য়েক্লবদা কৈদৌঙৈদসু

পীরোইদৌবনি। লমদি প্রজাগী মরল অশেংবনি। ইচানা হায়বা চুম্মী।

কার্ত্তা : অদুমক্কী নচানা খঞ্জরিবা অদুদি পাবুংতোন! ইকাই খঙদবা ঔৱানা প্রজা নৈহৎপিরে হায়রবনিনা প্রজা কন্নবা লানগী থৌরাং তৌরশি। কনা কনা লৈ! ঐগী থাঙ চুঙ্গোই থিরকও লানফি পুথোরকও।

হরিচরন : আ নহারুপ হজারী! ক্ষেত্রি চৈতন্য নখোয় পূম্নমক লান চৎনবা থৌরাং তৌরো থীল্লে।

কার্ত্তা : জয়! জয়! ইবুধৌ পাখংবনা জয় ওইরে। জয় দুর্গা মাঈগী জয়।

(লানগী যন্ত্র পূম্নমক থীন্দুনা লানগী যাত্রা তৌরক্লে।)

## ১১ শুবা পন্দুপ

# ককচিংদা অকনবা লান

ঔৰা লান্মীগা মৈতৈ লান্মীগা অকনবা লান শোক্লরে। থাঙগা থাঙগা য়ান্নরি।

হজারী : লৈরমখো ঔৰা ইকাই খঙদবশা! (ঔৰাগা হজারীগা কন্না থাঙ হায়নৈ। ঔৰা খরা শিরে খরা চেনখ্রে।)

ঔৰা লুচিংবা : খাশ্রন মনিল নাইবা ঔৰা লান্মীশা চেনগনু! সোমদা চংশিল্লকউ মৈতৈ লান্মী অকনবসে ঐখোয় ময়াম চংদুনা হাৎনবা তৌশি।

ঔৰা ময়াম : মৈতৈ হজারী হাৎনবা তৌশি মানা ঔৰাগী লান্মী ফনা য়াম্না হাৎখ্রে মসি হাত্তবা য়াদ্রে। (ঔৰা ময়াম য়োমশিল্লকপা)

হজারী : চংলকউ লাও ঔৰা অপঙবশা! নখোয়গী নরল মাঙহনবসু নত্তবা মৈতৈ ঐখোয়বু করিগী হুরাল লান্না তৌরি। হায়রগা ঔৰা লান্মী হাৎপা হৌরক্লে। খঙব্রা ঔৰা অপঙবশা! অরেম্বদা নথ্বাই মাঙজরেদো (ঔৰা ময়াম ওমশিল্লকপা) ইস! ঐ ইথন্তদা ওন্থোক্লা য়াম্না ওমশিল্লকএদা (হায়রিঙৈদা অমনা তুংদগী থাঙনা থিনবা হজারী শগোল্দগী ওন্থরক্লে) ও! ঐগী মতম লোইরবোইরে। হে! ইমা মণিপুর নচাবু ৱারৌবীগনু ইমাবু কন্নবা হোৎনবা মপুং ফারমদ্রে।

ঔৰা : হা! হা! মৈতৈ হাজারী শিরে ফরেদা। নংনা ঐবুসু হাৎকে তৌরম্বনি। অদুনা ঐনা ননঙ্গন্দগী থাঙনা লেংবনি।

ক্ষেত্রি চৈতন্য : হোই! ঔৰা পাঙদবা মৈতৈ অমদা নখোয় ময়াম চংদুনা হাৎলবা অদুগসু থৌনা ফবা শারী। লৈরম্মু নখোয় লোইনমক

অমতা চেনখিনু। (হায়রগা তান্ন-তান্না হাৎপা হৌরকই) হে! অথৌবা হাল্লম্মো ঐসু লাকঅগে।

ঔৱা : আ! মৈতে ক্ষেত্রিনা তান্ন তান্না ঔৱা হাৎলে, চেল্লো। মাগী মরুপ হজারী হাৎখিবগী ময়া ক্রক ক্রক চিকখ্রে।

ক্ষেত্রি চৈতন্য : ঔৱা খুনেক লান্মীশা! নথ্বাই মাঙনিংদ্রবদি নরমদম ঔৱা তান্না চেঞ্জখ্রো নৎত্রবদি ঔৱা নখোয়গী মীশিং য়াম্না হন্থরগনি। (হায়রগা য়েন্দেম থরাম শোইবগুম হাৎপা হৌরক্লে ঔৱা ময়াম কায়দুনা লাউখোংদুনা চেনবা মাইকৈ অমদা ঔৱানা মৈতে লান্মী ময়াম হাৎলি)।

ঔৱা লুচিংবা : হে! ঔৱাগী খান্রং মনিন নাইবা লান্মীশা: নখোয়না চেল্লবসু মৈতৈনা তান্না-তান্না হাৎখ্রগনি। চেনগনু মায় ওনশিল্লকউ নখুত্তা থাঙ পায়রগা করিগী চেল্লি। থাঙ অদুনা ওনশিল্লগা য়ান্নৌ নত্রবদি মৈতৈনা য়াম্না নোক্লখ্রগনি। অশোনবা ময়াম হাৎকদৌ শরুকপুদি লুচিংবসি হাৎশি।

ক্ষেত্রি চৈতন্য : চুম্মীনে লুচিংবা! নংসু নমায় ওনশিল্লকউ চেনগনু লুচিংবা নংনা করিগী চেল্লি। থাঙ কয়াম হৈবগে য়েংনখিশি।

ঔৱা লুচিংবা : ঔৱা লান্মীশা! ক্ষেত্রি চৈতন্য হাৎনবা তৌরশি ময়াম ওমশিল্লকও। (ময়াম চংদুনা চৈতন্যরোমদা শগোল থৌজিল্লকপা)

ক্ষেত্রি চৈতন্য : নখোয় ময়াম্না ঐ ইথন্তবু কোয়শিল্লকই নখোয়সিদি ফৌহামগুম্বা জাৎনি (হায়রগা অকনবা লান থেংনৈ) আ: আ: মৈতৈ ইমাবু কনবা ঙল্লমদরে। হে! ইবুধৌ পাখংবা! ননাইবু ৱারৌবিগনু। (তুখিবা)

ঔৱা লুচিংবা : ক্ষেত্রি চৈতন্য হাৎলে নুংঙাইরে! নুঙাইরে! (হৱাওনবা) নংনা ঐখোয়গী ঔৱা লান্মী ফনা য়াম্না হাৎখ্রবনি। শিরো

নংত শিরো। পেল্লে! পেল্লে! (ঔৰা ময়াম নোকপা)। (মৈতৈ লান্মী শগোল তোংদুনা চেল্লকই)

লান্মী : মহারাজ ননাইনা খুরুমজরি।

কার্ত্তা মহারাজ : হা! কনানো লাকইবদো ককচিংগী লান্মীরা? নং মৈতৈ নত্রা?

লান্মী : শ্রীযুৎ ইবুঙো! ননাই ঐ মৈতৈ লান্মীনি। ককচিংগী লানফমদা ঔৰা লান্মীনা য়াম্মনখিবনা মৈতৈ উপায় লৈত্রে মৈতৈ লান্মী কায়দুনা চেন্নরে। শিবদি ঔৰানা হেন্না শিরিবনি।

কার্ত্তা : অদুদি হাজারীগা ক্ষেত্রিচৈতন্যগদি করম তৌহৌরী।

লান্মী : মহারাজ! অথৌবা অনিমকনা থাঙগী জগোই শাদুনা ঔৰা লান্মী য়েন্দেম থরাম শোইবগুম য়াম্না হাৎলম্মী।

অদুগা মহারাজ ঔৰা লান্মী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা কৈ ফাবগুম ফারগা হজারীগী মনঙ্গন্দা ঔৰা অমনা থাঙনা লেংদুনা হজারী শগোন্দগী ওন্থরগা অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে।

কার্ত্তা : ও! ওন্থোকপনিদা হাজারী! লান্মী অমা ওইনা মথৌনা হন্দনা লানফমগী ময়াইদা সনাতন ধর্ম্ম ফংখ্রবা মথংগী মপোক্কী চাউরবা সমপতী অমা তাল্লম্মগা চৎখ্রবা। মায়থীরগা চৎখিবা নত্তে! স্বর্গদা নুঙাইনা ফমফম চাউনা ফংলমগনি অদুগা ক্ষেত্রি চৈতন্যদি কমদৌরবা!

লান্মী : (কপ্ল কপ্লা) শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাইনা করি হায়রসিগে। ক্ষেত্রি চৈতন্যসু হাজারী হাৎখিবা উবদা অরোইবা মথৌনা পুথোক্কুনা ঔৰা লান্মী ১৪/১৫ হাৎলম্মগা ময়াম চংদুনা কোইশিল্লগা থাঙ লংশিল্লক্কুনা মশা পূম্বদা থাঙনা থূম্না থূম্না লেংদুনা থৌনা ফনা অরোইবা য়াহিপ তানখিবনি।

কার্ত্তা : ও! ওন্থোকপনিদা মরৈবাক্লিংবা ক্ষেত্রি চৈতন্যসু স্বর্গতী ওইখ্রবা। নিপা থোক্লা মথৌ পাঙথোক্লম্মগা থৌনা ফবগী

মিংচৎ উরোং খিল্লম্মগা চৎখ্রবনি। ঐনা মখোয়গী লম্মন তোলহৌরে।

লাম্মী : মহারাজ হৌজিক মৈতে লাম্মী য়াম্না ব্রানা লৈহৌরে। সনা কোনুংলোমদগী লাম্মী খরা লৌবিরুগদ্রা।

কার্ত্তা : চুম্মী! ঐ সনা কোনুং য়ৌনবা তৌরগে। লাম্মী খরা লৌরুদবা য়াদ্রে।

## ১২ শুবা পন্দুপ

# লাবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র পুরকপা

লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র : (মমা অনিদা খুরুম্মরে)

লিক্লাংখোম্বী : ইচা অনিনা নমা ঐখোয়দা খুরুমববু করি করম্বা মরমগীনো ? নমা ঐঙোন্দা য়াব্রা ফিগৈ শেংউ।

লাবণ্যচন্দ্র : ইমা অনিদা নচা ঐখোয়না খুরুমজবদি অতৈ মরমগী নচ্চদে। পাবুং মহারাজনা অনৌবা লান্মী লৌবা লেঙ্লকই। মসিদা মী লৈতদুনা কোয়চেন চেনবসে নচা ঐখোয় য়েংবা ঙমজদ্রে।

লোইখোম্বী : ইমাগী নিংথেম ! ইচা অনিনা হায়রিবদো নমা ঐখোয়দা, চাউরকপগী য়াম্না নুঙাইবা খুদম্নী। নপাবুং মহারাজগী মতেং পাংলুগে হায়বা নত্রো !

লাবণ্যচন্দ্র : ইমা ! ইবেম্মা ! নচা ঐখোয় লৈন-লৈনা ঔব্রানা পাবুংবু লাকচরগা মায়থিবা পীবদি য়াম্না পেঞ্জদে। অদুনা য়ারবদি ঐখোয় অনিমক পাবুংগী মতেং পাংনবা খরা চচ্চরুগে ইমা অনিনা মঙ্গল-আশীর্ব্বাদকা লোয়নন থৌনা হাপ্পীয়ু নিজরী।

মহারানী অনি : অদুগীরা ইচা অনিনা মমা ঐখোয় অনিদা খুরুম্মরিসে ইচা অনিগী থৌনা লৌশিং উবদা নমা ঐখোয়গী থম্মোই চাউথোকচবা ঙমজে। কনাগুম্বা অঙাং ওইরবদি লান লাকএ কদায়দা লোৎশিগে হায়গদবনি। অদুবু ইচা অনিদি লোৎপগী মহুত্তা লান থেংনগে চোংথোরকলি। নপাবুং মহারাজমক্কী থৌনা লিংজেন চপ চানা লৈবা উরে।

লাবণ্যচন্দ্র : ইমা! ইমাগী য়াথং পুরবদি শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি হায়নৈ মঙ্গল পীনবীয়ু।

মহারানী : ইচাশা! নখোয়বু চহি খরদি নৌরী। লান্থেংনবা হৈরগদ্রনে। চাউজবগী তৌবনি, চহি য়াওদ্রিবনিনা খরা নৌরী। নখোয় হন্দক্কী লানশিদি ইমাগী ইথাদগী থানিংদ্রেদকো।

মধুচন্দ্র : ইমা চহি নৌরী! ঐখোয়সু খঙজে অদুবু য়ুমদা লান চংলক্তুনা মী হাৎপা হৌরক্লবদি চহি নৌরী হায়দুনা করম্না লোৎকদগে অপোকপী। নিংথৌ মচা ওইনা পোক্লম্লবনিনা ইরৈবাক অসি ঐখোয়গী ওইনা ইমুং ওইনা খনফম থোক্তবরনে। প্রজা ময়ামসি ইমাগী ঐগুম্বা নচা ঙাক্তনি। খন্দবরনে ?

মহারানী : চুম্মী! ইচানা হায়বা চুম্মী! ঐখোয়দগী চহি য়াম্না হনবা ইমা ইপাগুম্বা, ইপু ইবেনগুম্বা অহল ওইরবা প্রজা পূম্ন মক ইচাগুম্না নুংশিবীগদবনি। মখোয়গী অৱাবা তারকপা মতমদা নিংথৌ, মহারানীনা তুমিন্না খক লৈথোক্লোইদবনি।

লাবণ্যচন্দ্র : অচুম্বনি ইমা! প্রজা হায়বসি নিংথৌগীদি মচাগুম্বনি অদুনা নচা ঐখোয়বু মঙ্গল পীনবীরো।

মহারানী : ফরে ফরে ইচাশা! নমা ঐখোয় অনিনা ইচাগী জয় ওইনবা মঙ্গল পীরগে। নপাবুংনা প্রজা কন্নবা লান লেঙ্বদা মঙ্গল ওইরকউ। ইমা অনিনা মঙ্গল পীরবনি। থম্মোই নূং ওন্নবা হোৎনহৌরগে। চৎলুরো অমুক হল্লকখো (হায়রগা মমা অনিনা মচা অনিগী লাইবক্তা শিন্দুর নম্বীরে)।

লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিমক মমা মহারানী অনিদগী বিদায় লৌরগা কার্ত্তা মহারাজদা খুরুম্মরে। পাবুং নচা ঐখোয়সু পাবুংগী থৌগল তৌজগে।

কার্ত্তা : লানফী শেৎলবা মচা অনি উবদা মহারাজ থম্মোই চাউনা শংত্রিক য়েংই। আ: ইচা চাউরক্লবনিনা মপা ঐগী মতেং পাংলগে থোরক্লবনিকো ইপানা য়েংবদা পেল্লে। ইপানা খৈনা পেল্লে। নপাউ নুংশিবা তাবদা ইপাদি শিররোইদবা মীগুম থম্মোই চাউখ্রে। অদুবু ইচাশা নখোয় অনিমক খরা খজিক নৌমল্লি। মথঙগী চহিগুম্বদগীদি নখোয়না ইপাগী মহুৎ শিন্দুনা চৎপা ঙম্মগনি। হন্দক্তী নখোয় নমাগা লৈহৌরো।

লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র : পাবুং মহরাজ ! ঐখোয় অনিমক ইমা মহারানীদগী মঙ্গল আশীর্ব্বাদ লৌজরক্লবনি। পাবুংগী থৌগল চচ্চগনি ব্রাশক কায়হনবিগনু পাবুংনা চানবীয়ু।

কার্ত্তা : আ: ইচা অনিগী থৌনা লৈবা নৱাহে তাবদা ইপা পেল্লে। নিংথৌগী অশেংবা ঈনিনা নিংথৌ মচাগী ৱাঙাং অদুম ঙাংই। কৈনা তোকপা পোকপা হৌনবরা হায়বদু হেক থোকএ। আ: মহারানী ! অনিমক নচাশিংগী মঙ্গল ওইনবা লাইনিং পরৈ চেৎলম্মু ঐখোয় চৎলুখিগে।

১৩ শুবা পন্দুপ

# উশোইপোকপীগী লানফম

হেপ্লাইবা : তাবিয়ু ! ঔৱা লান্মী লুচিংবা ! আ: দা কার্ত্তা মহারাজগা শগোল তোংদুনা লাকমিন্নরিবা পাখং মশক ফজবা অনিসে ফাহৌনবা তৌশি ।

ঔৱা লান্মী : ও ! আ: দা লাকইবা মশক ফজবা মমায় নুংশিবা পাখং মচা অনিসি কনাগী মচানো মগুণ য়াম্না লৈ অচম্বা মী মান্দে ।

হেপ্লাইবা : পাখং মচা অনিসি লাকমিন্নরিবা কার্ত্তা মহারাজসিগী মচামন্ত্রী । অনি অসি খেলেম্বা মহারাজনা চঙনা ফারকউ হায়রিবনি মখোঙনা থোংনা লাকএ ফাহৌনবা তৌরশি । থাদোকখিবা য়াদেকো ।

ঔৱা লান্মী : ও ! পাখং মচা অনিসি কার্ত্তা মহারাজগসু য়াম্না মান্নে । অনিসি ফানবা তৌশি অদুদি ঐ হায়গে । (হায়রগা লাউরকই ।) তাবিরো আদা লাকইবা পাখং মচা অনিসি হিংনা ফানবা হোৎনশি মশা শোকহনবা য়াদে । (ঔৱা ময়াম কোয়শিল্লকই) ।

কার্ত্তা : মৈতৈ লান্মীশা ! ঔৱা ময়াম কোয়শিল্লকএ মণিপুর ইমাগী শক্তম কন্নবা থৱাই পাম্মুদনা অমুক্তং লান থেংনশি । শিরোইদবা মী অমতা লৈতবনি ।

লাবণ্যচন্দ্র : পাবুং মহারাজ ! করিমতা চিংনবিগনু । (হায়রগা শগোল থৌজিল্লকই । অদুগা থাঙগী জগোই শাবা হৌরকই । মনাক চংখিবা ঔৱা ৪/৫ খুদক্তা য়েন্দেম থরাম্ শোইবগুম শোইদুনা হাৎপা হৌরকই) ।

ঔৰা : অস্! মসিগী পাখং মচা অসিদি ইথা থাজদনা থাঙ য়াম্না হৈখ্রেদা মনাক চংউবা য়াপোৎতে হায়রগা ঔৰা তেঙ্গোল কায়দুনা চেন্নবা! হা! শিরে শিরে!

(ঔৰা লুচিংবা অমনা লাউরকপা।) ঔৰাগী খাম্রেং মনিল নাইবা লান্মীশা: চেল্লবদি য়াররোই। ঔৰা ঐখোয়গী ইজ্জৎ ময়েং তারগনী। চেনগনু। চেনগনু। মায়োক্লরগা য়ান্নশি।

লাবণ্যচন্দ্র : হায়! হায়! ঔৰা লুচিংবা চেনগনু! চেনগনু! হায়রগা নংনা মাঙ থাদুনা চেল্লবরা?

ঔৰা লুচিংবা : চেনবা নত্তেহে! ঐগী লান্মী খোমজিল্লকপনি। নংবু ফাগদবা ঙহাক্তা ঙাইরবনি।

হেপ্পাইবা : ঔৰা লান্মীশা চেনগনু! চেনগনু! চেল্লবদি লাবণ্যচন্দ্রনা অচেনবা শন তান্ন-তান্ন ফুবগুম থাঙনা তান্না-তান্না য়ান্দুনা হাৎপ্রগনি। অঙাং অসিগী মথৌনা হাপ্পগুম থোক্লগনি। ইকাইজেকো!

মধুচন্দ্র : য়াম্বুং ঔৰাগী লান্মী য়াম্মী। য়ারবদি ঐখোয় নাম্বোক্লবা হোৎনবনা ফৈ। পাবুং মহারাজসু পল্লোন পল্লোন কোয়শিনখ্রে। পাবুং মতোমতনা অসুক য়ামখ্রবা ঔৰা ময়ামগা কন্না য়ান্নরি। ফনা য়াম্নসু হাৎখ্রে ঔৰাগী লান্মী লোইবা নাইদে।

মধুচন্দ্র : ইস! ওম্বোকপনিদকো ঐদি পাবুংগী মনাক য়ৌবা ঙম্মোইদৌরে। মখোয়গী লান্মী অসি ওম্বোক্লা য়ামখ্রেদকো ককচেং মহুম থুগাইবগা মান্নখ্রে।

কার্ত্তা : (মায়কৈ অমরোমদা) ওম্বোকপনিদা মঙলাক্লবগা চপ মান্নখ্রে। ঈরৈ কল্লবা সমুদ্র ঈয়াইদা লৈবগা চপ মান্নখ্রে। মায় লৈথোকপা য়াখিদ্রে খুদাং অসি পঙথরকলে। ইচা অনিগী মথ্বাই কনবা ঙম্মোইদৌরে। হায়না হায়না ঔৰা লান্মী ময়াম হাৎপা লেপত্রি। ঔৰা লান্মী লাউখোংদুনা চেনবসু য়াওরি।

হেপ্লাইবা : ঔৱা লাম্মী অকনবশা! রাজকুমার অনিমক ফাহৌদবা য়াদে, ময়াম কোয়শিল্লো। মখোয় অনিমক য়াম্না ৱারবনি। চোকথবনা মখুৎ অসি থাঙ পায়বা ঙম্মক্ত্রবনি য়েংউ। শগোল মথক্তগী ওন্থরক্কদৌরবনি। উরবরা?

লাবণ্যচন্দ্র : ইয়াম্বগী ইবুঙো! মধুচন্দ্র ইনাওবু করম তৌরিবগে ইয়াম্বদি য়াম্না ৱারে। ঔৱাগী লাম্মীনা য়াম্মনখিবনা হাৎপগী লোইবা কৌবা লৈত্রে। ইয়াম্বদি থাঙ থাঙ্গৎপা ঙম্মক্ত্রে।

মধুচন্দ্র : য়াম্বুং (য়াম্না ৱানা খুম্মকই) ননাওসু পাম্বোমসি থাঙ্গৎপা ঙমলক্ত্রে। পাবুং মহারাজসু ঔৱাগী তেঙ্গোলনা পলোন ৭ কোয়খ্রে। পাবুংদুবু করম তৌরমগদগে খঙদ্রে, পাবুং মতেং পাংবা চংবা ঙমগদৌ মান্দ্রে ননাওগী উপায় লৈত্রে।

হেপ্লাইবা : ঔৱাগী অথৌবা লাম্মীশা! রাজকুমার অনিমক মখুত্তগী থাঙ তাখ্রে। হিংনা ফাবা ঙম্মগনি। (অসুম্না ঔৱা ময়াম চংদুনা লানবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র অনিমক ফাদুনা পুখ্রে। অমরোমদা মহারাজসু মায়কৈ শলাই খঙদবমখৈ কন্না য়ান্নরি।)

কার্ত্তা : হায়! হায়! ঔৱা লাম্মীশা! নখোয়বু ফনসু য়াম্না হাৎলে অদুমক্তদা সুম চংশিল্লকই। নখোয় অসিদি ওন্থোক্না মমল হোঙবা মী ওইরমাল্লে। নখোয়বু শিবা কিদ্রবরো খরা হন্দোকউনহে। (হায়রগা য়েন্দেম থরাম্ শোইবগুম হাৎপা হৌরক্লে)।

মৈতৈ লাম্মী : (কন্না লাউরকই) শ্রীযুৎ ইবুঙো নজাইবুঙো অনিমক ঔৱানা চুম্লাং পাউগী ফাখ্রে।

খুম্বোং চন্দ্রমণি : শ্রীযুৎ ইবুঙো চিংনবিগনু ননাই চন্দ্রমণি লৈজরি। অঙাং অনিমক লৌরুনবা তৌজগে।

নন্দলাল : মহারাজ ঐসু লৈজরী। ঐখোয় অনিমক নজাইবুঙোবু ঔৱাগী মখুত্তগী কন্নবা চচ্চরে। চুম্নাংপাত্তা!

কার্ত্তা : ও ! ওন্থোকপনিদা ! ইচা অনিমক ফাখ্রবা । (হায়রগা মায়োক্লবা ঔৱা লান্মী হাৎপা লেপত্রি অদুমক্তদা মচানা লৈবা মফমদদি চংবা ঙমখিদরে । ঔৱাগী লান্মীনা পল্লোন পল্লোন ঙাক্তুনা লৈখ্রে । উপায় লৈতবদগী শগোল শামায় লৈরক্লে । মায়োক্লবা খরা হাৎলগা লাকপনা সনা কোনুং য়ৌরক্লে । ঔৱাগী লান্মীনা সমুদ্র ঈশিংগুম ফুজিল্লকপদু উরগা কার্ত্তা মহারাজ মহারানী থৌরানী, চীংঙাখম্বী রানী অনি পুরগা ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাচহনবা অমসুং অয়েকপম লক্সমন্নচীংবা মনাই খরগা স্না কোনুং থাদোক্তুনা অৱাং পাংনা চেল্লক্লে । অসুম্না চাদ থক্তনা অহিং খায়দনা মচা অনিবু ঔৱাগী মখুত্তা হুন্দোক্লম্মগা চেল্লকপদা মহারানী অনিদি অরাম খৌরাংবনা খোঙ থাংবা ঙম্মক্তরে ।)

## ১৪ শুবা পন্দুপ

# নুংপাক্তা খোঙ্গুল তাহনবা

গোপীরাম পাচহনবা : (য়াম্না ৱানা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা হায়রকই) শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাইনা করিগুম্বা অমতা হঙ্গচ্চগে।

কার্ত্তা : (মহারাজসু শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা খুম্মকই) হায়য়ু গোপীরাম! য়াম্না ৱারবরা ?

গোপীরাম পাচহনবা : মহারাজ! মহারানী অনিমক নুপীগী পাঙ্গল ওইবনা অরাম খৌরাঙবনা খোং থাঙবা থোক্তরে। করিগুম্বা উপায় অমা তৌরগা চাক খজিক্তুং পীজনিংঙ্খ্রেদকো!

কার্ত্তা : রানী! ঐবুদি ইবুধৌ পাখংবনা পাঙ্গল হাপ্পীমান্নে থোইনা শোক্ত্রি, নখোয় অনিদি খরা ৱারমানে, চায়রুং ময়েং তারেনে। ঐ নখোয়গী চাননবা খরা থিরুখিগে।

মহারানী : মহারাজ! কনাদনোনে মহারাজনা চাননবা থিরুগদৌরিবসিবো ?

কার্ত্তা : ঈশ্বরনা তন্বা অমা লাক্কনি। ঐ থিবোমৈ খুলসিদা চংলগা মখোয়গী খুল্লাকপদা চেং খরা নিরুরগে।

গোপীরাম পাচহনবা : ফগনি মহারাজ মঙ্গল ওইবিরকউ।

কার্ত্তা : অদুদি মহারানী অনিমক অঙাংশিংগা ঙহাক্তুং পোত্থারম্মুকো। ঐ খুলসিদা লাইবক য়েংঙুখিগে। (হায়রগা খুলদা চৎখিবা)

অয়েকপম লক্ষ্মন : ঐখোয়গী মহারাজসিদি ওন্থোক্লা হকচাং শেংখ্রে মহারাজনা ঙসি থেংনখ্রিবা লান অসিদি ওন্থোক্লা ৱাখ্রবা

লানফম্নী। লাম্নী পল্লোন পল্লোনগা মথন্তগা য়ান্নবদা শিবু শিরক্তে মহারাজনা হাৎলকইবা ঔৱা লাম্নীসে য়ামখ্রবনি। হৌজিক ফাউবদা ফিভম কায়দনা অসুম চৎলি। য়াম্না কল্লি। অঙকপনি।

গোপীরাম : অচুম্বনি মহারাজগী সনা হকচাংসিদি লাইনা পীবা হকচাংনি হায়বা য়াই। হৌজিকসু তঙাইফদ্রবদি ৫/১০ দি অদুম থেংনখিগনি। কিবসু লৈতবনী।

অয়েকপম লক্ষ্মন : কার্ত্তা মহারাজগুম্বা নিংথৌদি অতাঙবা নত্তে। সুক্নে লৈতবনি হায়বা য়াই। শামান্নবা কয়া হাৎলগা লাকঅবা ৱাবা য়াবা ৱারগা লাকঅবনি। অদু ফাউবা করিমতা ৱাদবদৌনা চৎলি। ঐখোয়দি খোঙ ফাওবা থাংবা ঙমদ্রে। হিপ্নীংঙে তুগদৌরে।

১৫ শুবা পন্দুপ

# থিবোমৈ খুলদা কার্ত্তা মহারাজ চংলকপা

কার্ত্তা মহারাজ : (তা অমা পায়রগা তপ্না শুর শুরদুনা চংলকই) তাবিয়ু ইতাউ চীংগী নিংথৌ ঐ করিগুম্বা অমতা নিজগে।

খুল্লাকপা : করিনো হায়য়ু মৈতৈ ইতাউ।

কার্ত্তা : ইতাউ নংদি চীংগী নিংথৌনি। ঐঙোন্দা চেং খরদং পীবীগেরা ?

খুল্লাকপা : হোয় ! হোয় ! নং চেং পাম্বরা পীগে। (ইমুংলোমদা) হোয় ! খুল্লাকপীঃ মৈতৈ অমা চেং নিবা লাকই চেং খরা পুথোরকউ।

খুল্লাকপী : (মেরুক অমদা চেং খরা পুথোরকই) চেংসিদা লৈরে লৌরো।

কার্ত্তা : (খুল্লাকপীনা পুথোরক্লিবা চেং অদু উবদা লাক্লীবা মী অদুগা কোন্নররোই খল্লদুনা হায়রকই)। ইতাউ ! নংনা পীরিবা চেং অসি খরা খজিক্তংগা হাপ্লীয়ু। ঐগী মী খরা য়াম্মী। ঐ অসি লাইবক থীরবা মণিপুরগী নিংথৌ কার্ত্তা হায়বদুনি। ঔব্রানা ইরৈবাক মুনবিহৌবগী চেল্লকপদা য়াম্না ৱারে।

খুল্লাকপা : (শাউরকই) করি মৈতৈ মচিন থীবা চেং পীরবসু য়ামদে হায়বা ! নিংথৌনবু চেং নিবা হৌনবরা ?

কার্ত্তা : শাউবিগনু ইতাউ ! চাক হায়বসি মীওইবা ঐখোয়গী থৱাই ওইবনি। পুক্কিদমক্তা মীনা ইকাইবা ৱাংমা লানবনি। নিংথৌসু চাক য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমদে। য়াম্না ইকাইনা হায়বনি।

খুল্লাকপা : তানিংদে মৈতৈ মচিন থীবা! নং হৌজিক নচিন থীদুনা নিংথৌনি হায়জিনবগী নবুক অদুদা তাবাকসিনা থিন্দুনা হাৎপা তারে।

কার্ত্তা : ও! ইতাউ! নং ঐনা হায়বসি থাজদ্রমানে।

খুল্লাকপা : থাজদে (হায়রম্মগা খুনগী হাওয়াম কৌখ্রে)। ঔ! ঔ! ঔ! হায়দুনা কন্না লাউবদা হাওয়াম তা অমমম পায়রগা থুংলখ্রে। অদুদি মৈতৈ নিংথৌ কার্ত্তাদি লাইনি হায়নৈ। লাইনি হায়বগী খুদম চাংয়েংবা তারে।

কার্ত্তা : করি খুদম পাম্মী ইতাউ!

খুল্লাকপা : নংনা নিংথৌ অশেংবা ওইরবদি তু! আদা তারিবা নুংপাক অসিগী মথক্তা নেৎপদা নংগী খোঙ্গুল তাহনগদবনি। নৎত্রবদি নং ঙসি ঐখোয়না পায়রিবা তাবাক ময়াম অসিনা থিন্দুনা হাৎপা তারে।

কার্ত্তা : (মথন্ত শোল্লি) চাক খজিক্তুং চারগা পাঙ্গল খজিক্তুং ফংগদরা খন্দুনা চেং নিবা চংলুবসিদি থৱাই মাঙনবা ওইগদৌরবরা? হে! ইবুধৌ পাখংবা ননাইনা ইবুধৌগী অশেংবা ঈ ওইরবদি নুংপাক অসিদা ননাইগী খোঙ্গুল অমুক্তা তাহনবিয়ু (খুরুম্লকলে)।

খুল্লাকপা : করি তৌরে মৈতৈ মচিন থীবা! নং হৌজিক নকোক্তু ককথৎলগা ঐগী লুখা থানবা লৌবা তারে।

কার্ত্তা : হে! ইবুধৌ ননাইগী ইজ্জৎ অমুক্তা কনবিয়ু। মণিপুর ইমাগী শক্তম কন্নবা চিঙুনা কুবীয়ু।

(চীংমী ময়াম ঔ! ঔ! লাউদুনা নোকশিল্লকই) হে! মৈতৈ অপঙবা নং হৌজিক শিবা তারেদো। নশা অদুনা ঐখোয়না চাথোক্লগনি। নংগী নশাদু চাবদা হাউগনি মশক ফজে। নশাস্ নোয় পেল্লি।

কার্ত্তা : ফরে! ফরে! নখোয়না হায়বা নুংপাক অদুদা লেপ্লগে। অদুগা নখোয়না ইরাল পীশিল্লগা হাৎকে খল্লিবদু হাৎলু য়াই, ঐবুসু চাও! শিববু কিরিবা মীদুদি অপঙবনি। (হায়রম্মগা লোঙনা হুল্লগা চোংখিদুনা নুংপাক অদুদা চপ লেপখ্রে। চরাম্নরবা নোংশাগুম অকিবা লৈতে)।

চীংমী : ইস্! মৈতৈ নিপাসিদি হঙ্গোই কুমপনি চোংবা য়াম্না ঙম্মীহে। অসুক য়াম্না লাপ্না লৈবা নুংপাক অসি তান্না য়াম্না লায়না চোংখি। অঙকপনি!

কার্ত্তা : (নুংপাক মথক্তগী ফন চোংথরকই)। ইবুধৌ পাখংবগী থৌজান্দগী কল্লবা নুং অদুগী মথক্তা লৈখোমদা নেৎপগুম খোঙ্গুল ময়েক শেংনা তারমলে।

খুল্লাকপা : ঔ! ঔ! অঙকপনিহে! মসিগী চোংবা য়াম্না কনবা নিপাসিদি মাগী খোঙ্গুল নুং মথক অসিদা অপেৎপা লৈখোমদা নেৎপগুম তারে। লাউরকই, ময়াম পূম্নমক য়েংও লাও! চীংমী পূম্নমক চংলক্তুনা য়েংবা।

চীংমী ময়াম : (ঔ! ঔ! তৌদুনা হরাওদুনা লাউখোংদুনা হায়রকই)। ঐখোয় পুম্নমক খুরুম্বীগেকো। অদুগা নংগী চানবা চেং ঐখোয় পুম্নমক্না পীগনিকো। অদুগা নংগী লান্দা ঐখোয় ময়ামসু পাংবিগনি।

(ময়াম চংদুনা খুরুম্বদুদা কার্ত্তা ইঙক ঙক্তুনা য়েংদুনা লৈরী)

চীংমী : মৈতৈ নিংথৌ! নং হৌজিক করি পাম্মী ঐখোয়দা হায়যু।

কার্ত্তা : ঐ হৌজিক নখোয়গা অমমমতা ওইনা লেংকোন্নশি।

খুল্লাকপা : ঐগা হান্না কোন্নশি (কোন্নবা; ময়াম পূম্নমকপু কোন্নবা) মৈতৈ নিংথৌ নং হৌজিক করি তৌবা পাম্মী লান তৌশিরা ঐখোয় পুম্নমক নংগী নতেং পাংগনি।

কার্ত্তা : ঙাইখো ইতাউ! ঐ তেখাউ লৈবাক চৎলুখিগে অদুগা তেখাউদগী লান্মী খরা পুরকখিগে অদুগা ইতাউগী চীংমী ময়াম অসিগা পুল্লগা লান চংলবদি ঐখোয়না শোয়দনা ঙমগনি। ঐনা লান ঙমদুনা নিংথৌ ওইরবদি নখোয়বু ঐনা চাক কৌগনি।

খুল্লাকপা : অদুদি ঐখোয়না নংগী তেখাউ য়ৌনবা লম্বী তাকপিগনি। (চীংমী ময়াম শ্রীযুৎকী মমাং থাদুনা চৎমিন্নরে)

মাবু হাৎকে তৌরম্বা চীংমী ময়াম্না মাবু নুংশিবীরকপা অদুদা ইবুধৌ পাখংববু খুরুমজে। অমসুং ময়াম্বা গৌরশ্যামনা লাৎলম্বা শ্রীরাধারমণবুসু খুরুমজখি।

## ১৬ শুবা পন্দুপ

# কার্ত্তা মহারাজনা মাইবোং কাছাড় য়ৌবা

(কাছাড় রাজা সন্ধিকারীগী দরবারদা চংলকই)

কার্ত্তা : জৈ ! জৈ ! কাছাড় রাজা ঐ অমুক্তা চংজরক্লে ।

সন্ধিকারী : স্বাগতম্ লেংশিনবিরকশি । মহাশয় ! ঐনা মহাশয়বু শক খঙজবা ঙমজদ্রে । অচম্বা মীদি মান্দে ।

কার্ত্তা : মহারাজ ! ঐ লাইবক থীরবা মণিপুর রাজা কার্ত্তা হায়বদুনী । মহারানী অনিসু য়াওরকই ঐগী পাত্র মন্ত্রী ৪/৫ সু য়াওজরকই ।

সন্ধিকারী : স্বাগতম্ মণিপুর রাজা ! আসন্দা লেংশিনবিশি য়াম্না ৱানা উরে লমশাং লাকপগী মহারানী অমদি পাত্র মন্ত্রীশিংসু পোত্থাহনবীয়ু । (অসুম্না মহারানী অনিসু পাত্র মন্ত্রীশিংসু পোত্থাহনখ্রে) অদুগা হায়রকই করিগী অসুক ৱানা লেংবিরকপনো ?

কার্ত্তা : মহারাজ ঐখোয় ইরৈবাক অমদি ইজাতিবু ঔৱানা খুদুম চনখিদুনা ইচানিপা অনিবুসু ফাবিহৌরে । মহারাজনা মতেং খরা পাংবিয়ু । ঐ তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবদগী মতেং খরা ফংগদরা খন্দুনা লাকচবনি । তেখাউ য়ৌনবা উপায় খরা তৌবিয়ু ।

সন্ধিকারী : ও ! অদুদি ঐসু তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবনা কৌরিবনি । চৎপা মতম ফংদবদগী ৱারৌরিবনি । ঐগা লোয়ননা লেংমিন্নরশি । অথেনপোৎ খরগা পুরগা য়াননবা হোৎনরশি । ঐ মহারাজগী মতেং পাংগনি ।

## ১৭ শুবা পন্দুপ

# স্বর্গদেবগীদা কার্ত্তা থুংলবা

কাছাড় নিংথৌ সন্ধিকারী অমসুং কার্ত্তা তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবগী দরবারদা চংলকলি।

স্বর্গদেব : কাছাড় নিংথৌ সন্ধিকারী স্বাগতম্ অদুগা মহারাজগা লাকমিন্নরিবা মহাশয়বুসু স্বাগতম্ অদুগা মহারাজগা লাকমিন্নরিবা মহাশয়সি কনানো ? মীচমদি মান্দে। ঐঙোন্দা পরিচয় পীবিয়ু।

সন্ধিকারী : অচুম্বনি মহারাজ মহাপুরুষ অসি মীচম নত্তে। মহাক মণিপুরগী নিংথৌ কার্ত্তা হায়বদুনি। মহাক্কা ঐহাক্কনা মহারাজগী শামু ময়া মরিগা শামু নিপালগা অমসুং সনাগী পুখম্নচিংবা, মহারাজনা থোনবা য়াবা রাজবেশ খরসু মহারাজদা কৎনবা পুজরকই।

স্বর্গদেব : মহারাজ অনিদি মমল য়াম্লবা পোৎ চৈ য়াম্না পুরকএ। য়াম ফরে। মহারাজ অনি লাকপগী নুমিৎ অসিদা নুঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা তেখাউ ঐখোয়গী লীলা য়েংশি।

সন্ধিকারী : য়াম্না নুংঙাইজরে। মহারাজনা য়েংহনবিগদৌরিবা লীলাদি করম্বা লীলানো ?

স্বর্গদেব : তেখাউগী নাটক রাবণ বধ হায়বদুনি। ঐখোয়গী কলাকারশিংনা শান্নজবনি। অদুগা তেখাউগী ইশৈসু শকলক্কনি। ঙহাক পোত্থাবা ওইনা য়েংবিয়ু। (নুমিৎ অদুদা নিংথৌ অহুম কুম্মৈ য়েংমিন্নরে)           (নোঙাল্লগা)

সন্ধিকারী : তেখাও রাজাগী মফমদা মণিপুর রাজানা করি করম্বা মতেং অমতং নিজগে লাকচরি।

স্বর্গদেব : হায়বিয়ু তাশি! মণিপুর রাজানা করি মতেং পাংজৌ হায়রিবনো ?

সন্ধিকারী : মণিপুর রাজাসে মরাইবক থীরে। মী মশীং য়াম্না য়ান্বা ঔৰাগা মোইরাংগা লৌতুনরগা লান্দাবিরক্কুনা মণিপুর মুনবিহৌরে। অদুগা মাগী নুংশিজরবা প্রজাশিংবুসু য়াম্না হাৎপিরে। অদুগী মথক্তা মাগী মচা নিপা অনিসু মখোয়না ফাবীহৌরে। ঔৰাশি মীনুংশি খঙদে।

স্বর্গদেব : ও! অদুদি ঔৰাগী মথক্তা লান্দাদবা য়াদ্রে হায়বনি। অরাইবা থবক নত্তে। অদু ওইরবদি ঐগী পাত্র মন্ত্রিশিংগা খন্নদবা য়াদবা থবক্নী।

সন্ধিকারী : মহারাজ! মহারাজগী লৈবাক্তি ঔৰাদগী হেন্না চাউবনি মহারাজনা চানবিরবদি ঔৰাবু মায়থীবা পীবা থোইনা লুদে। ঐসু পাংজগনি। রাজা অমনা রাজা অমগী মতেং পাংবা রাজাগী চৎনবীনি। খনবিয়ু।

মহারাজগী ৱা তাজবদা ঐ নুঙাইজরে। অদুদি ঐ অমুক ইরৈবাক্তা হনখিনবা তৌজরগে। মহারাজনা লাকউ হায়বা মতমদা হেক্তা য়ৌজরক্কে। ঐগী অচিনবা খরা লৈহৌরী।

স্বর্গদেব : য়াম্না নুংঙাইজরে! কাছাড় রাজা! ঐনা মণিপুর রাজাগী লৈনবা য়ুম পীরগনি। চান-থক্লবা পূম্নমক ঐনা শোয়দনা পীরগনি। চিংনবিরগনু! (কার্ত্তারোমদা ওন্সিল্লগা) অদুদি মণিপুর মহারাজ! মহারাজগী লৈফমসিদি ঐগী রাজবাড়ী মনুংদা সুম লৈবিগে হায়বরা নত্রগা রাজবাড়ীগী ৱাংবদা লৈবিগে হায়বরা তাকপিয়ু।

কার্ত্তা : মহারাজ! রাজবাড়ী অমগী মনুংদা রাজা অনি লৈমিন্নবা ফজদে। মহারাজনা চানবিরগা রাজবাড়ীগী ৱাংমদা পীবীয়ু।

অসুম্না তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবনা কার্ত্তা মহারাজবু মতম খরা থম্লে। থমদুনা লৈমিন্নরে। মণিপুররোমদা খেলৈ নোংনাং

তেলহৈবনা মোইরাং অমসুং ইম্ফালগী অপূনবা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। কার্ত্তা মহারাজনা তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবগী মনাক্তা লৈরে তাবদা মাগী মথক্তা লান্দারকপা য়াই হায়দুনা চিংনবদগী চিঠি অমা থারক্লে। চিঠি অদু বড়সেনাপতি বড়বরুৱানা পারকই।

চিঠিগী মরোল...

তেখাউ রাজেশ্বর রাজা স্বর্গদেবগী মফমদা মণিপুর রাজা খেলেম্বনা নোল্লুক্না খঙহঞ্জরি। মহারাজগী রাজবাড়ীদা য়াম্না তৌবা ঙম্বা ওইদবা ঙাংবদা হৈশিংবা মচিন থুম্বা কার্ত্তা হায়বা অমা লৈরিবদো মণিপুরগী রাজবংশগী মচা নত্তে। রাজবংশ শাশিন্নবনি, নিংথৌ শেম্বা হৈবা লৌনম হৈবা মীনি। অদুনা মহারাজগী সিংহাসন মুনখিবা য়াই। চেকশিনবীয়ু। মহাকপু থুনা হাৎপিহৌবনা মহারাজগী মঙ্গল ওইগনি।

মণিপুর রাজা

খেলৈনোংনাং তেলহৈবা (খেলেম্বা) সিংহ

বড়সেনাপতি বড়বরুৱা : মসিনী মহারাজ করম তৌশিগে।

স্বর্গদেব : ইস্! লুখ্রেদা চিঠিগী মরোলসিদি পাত্র মন্ত্রী পূম্নমক অমুক্তা মুন্না খন্নশি।

সেনাপতি : মহারাজ! য়াম্না লুবা মতাংনি। কার্ত্তা হায়রিবা নিপা অসি মগুণ য়াম্না লৈ। মানা ঙাংথোরকপদসু নুংশিদবা ঙমদে। অদুগা হৌজিকপু মাগী লান পাংবা তারবদি ঐখোয়গী সিপাহীসু খরদি শিবা তাবনি। অদুগা জয় ওইবা ওইদবসু হায়বা ঙমদে। লান হায়বসিদি খরচ য়াম্না চাউই।

স্বর্গদেব : অদুদি পাত্র মন্ত্রী পূম্নমক তান্নশি। ঐগী ৱাখলদা ৱা অমা লাকএ। মণিপুর রাজাদি দেবতাগা সমাননী হায়জিল্লগা

ঐখোয়গী হন্দক য়াম্না শাথিনা ঙাওরবা শামু অসি খরা ফাবিয়ু হায়জিল্লশি।

সেনাপতি : মহারাজ অদুদি য়াম্না ফজবা ব্রাফম অমা ওইরে।

স্বৰ্গদেব : শামু অদু হৌজিক্তী মথক্তা উচেক ফাউবা পাইবা য়াদ্রিবনি। শামু অদুবু ফাবা চংবু চংলবদি শোয়দনা অদুম শিজরগনি।

চলাধর ফুকন : হোইঃ মদু য়াম্না ফজবা থৌরাংনি। হায়রিবা শামু অদুদি শামু হঞ্জবা ভাস্কর ফাউবনা লাকপা ঙমদ্রবনি। চংখিবগা শামুনা নেত্তুনা অদুম হাৎখ্রগনি। ঐখোয়গী ব্রানিঙাই লৈত্রে।

সেনাপতি বড়বরুব্রা: শামু ফাউ হায়বা য়াদ্রগনা মণিপুর নিংথৌ শাশিন্নবনি হায়রগা তাম্হোকখিশি।

স্বৰ্গদেব : দেবতাগী শক্তি লৈবনি খরা ফাবিয়ু হায়বসিদা অদুম লৈখিশি মখা খন্নখিরোইশি।

সেনাপতি : অদুনা ফজরগনি মহারাজ! মহারাজগীদা চংজরকপা অতিথিবু মহারাজনা করম্না হাৎকনি। শামুনা নেত্তুনা হাৎখ্রবদি মা মশানা শামু ফাজগে চংবদা শিজবনি হায়বা য়ারে।

হজারিকা : মহারাজ কার্ত্তা হায়রিবা নিপাসিদি মীচমদি মান্দে। রাজবংশ ওইরমগদৌবা মাল্লি।

স্বৰ্গদেব : রাজবংশ ওইরবসু মাগী লান পাংবা ঙল্লরোই। মানা মশানা শামু ফাগনি হায়দুনবু চংজখ্রবদি ফরে। ঐখোয়গী সিপাই অমত্তা শিররোই খরচসু চৎলরোই। লানবু তৌরবদি সিপাইসু শিগনি, শগোল শামুসু মশিং খঙদনা শিগদৌরীবনি। চান-থক্কবা কয়াসু ঈশিং ইচাউগুম হৈদোক্কদৌরিবনি পাম্মুবা য়ারোই। অদুগী

মথক্তা খুৎশু খুলাই কয়াসু মাঙগদৌরিবনি। অরায়বা থবক নত্তে।

সেনাপতি : অচুম্বনি মহারাজ লান্দা পোৎচৈ মাঙবগী পাম্মুবা য়ারোই। অদুদগী হেন্দোক্তুনা মীগী থব্রাই ফাউবা পাম্মুবা য়ারোইদৌরিবনি। সর্ব্বনাশনি। অদুনা মহারাজ ননাই ঐ কাৰ্ত্তা মহারাজবু দরবারদা লাক্কবা য়াদে হায়জরুবগে। শামু ফাহল্লগা শামুনা অদুম হাচ্চখ্রগনি। ঐখোয়না হাৎপা তাররোই।

১৮ শুবা পন্দুপ

# কার্ত্তা মহারাজ দরবার কারকপা

স্বৰ্গদেবগী দরবার পাত্র মন্ত্রী ময়াম ফম্মী। কার্ত্তা মহারাজ চংলকই।

কার্ত্তা : তেখাউ রাজেশ্বর মহারাজগী জৈ! ঐবু কৌবিববু করি তাকপিগদবা লৈবগে?

স্বৰ্গদেব : মণিপুর মহারাজ! ঐগী করিগুম্বা মতেং অমতং পাংবিয়ু হায়জগে তৌবনি। মণিপুর রাজাদি দেবতাগী গুণ লৈ হায়নৈ।

কার্ত্তা : করম্বা সনা য়াথঙ তাকপিগদবা! ঐনা ঙমগদবা ওইরবদি করিগী পাংদনি। শোয়দনা পাংজগনি।

স্বৰ্গদেব : য়াম্না নুঙাইজরে। তাবিয়ু! ঐখোয়গী রাজবাড়ী অসিদা অঙাওবা শামু অমা লৈরে। মণিপুর রাজাদি দেব গুণ লৈবনিনা ফাবিবা ঙমগনি হায়না খন্নরে।

কার্ত্তা : (মরু থোক লুকই) মঙগী ব্রা নিংশিংলকই মকু মঙনি খল্লগা লাকপনি মহারাজ শামু হায়বা শা অসিদি শা পুম্নমক্কী মরক্তা খ্বাইদগী চাউবনি। তাইবঙ মী ৫০০ না লেংবা ঙমদবা পোলুম অমা শামুনা ইরাই লায়না পুদুনা চৎপা ঙম্মীবনি। শামু অদুবু হিংনা ফাগদবরা? নত্রগা হাৎলবসু য়াবরা?

স্বৰ্গদেব : শামুদু হাৎপা য়াদে। শীজিন্নবা য়ান্নবা লাকপিয়ু হায়বনি। শামুদুগী ময়া অদু পায়বা য়ারবদি শামু অদু শিজিন্নবা য়ারগনি ঐখোয়না থাজনৈ।

কার্ত্তা : (মরু লুকথদুনা তুমিন লৈ। ঙাইহাক তুমিন লৈরগা হায়রকই) ফরে অঙাওবা শামু অদু ঐ ফাজরগে। শামুনা নেত্তুনা শিখ্রবসু

মিংচত্তী হিংহৌরগনি। মণিপুর নিংথৌদি মণিপুর ইমাগী শক্তম কন্নবা হোৎনবদা শামু ফাউবা কিখিদে হায়না মণিপুর ইতিহাসতা লৈহৌরগনি। ঐগী মিং অমর ওইহৌগনি, লাইবক ফরবনি। অদুবু মহারাজসু অমরদি নত্তে। শিববু কিদুনা চেল্লগা হিংখিবা কনা য়াওবগে। অদুগীদমক ওইরবদি নুঙাইনা পোত্থাবিরো ঐ য়ৌজরগে।

দরবার অদুদা তিল্লিবা স্বর্গদেবনচিংবা পাত্র মন্ত্রী পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনখি। ইকাইবনা মরু থোক থোক লুক্লখ্রে।

কার্ত্তা মহারাজ দরবারদগী নোক্লা নোক্লা থোরকই। মরমদি তেখাউগী নিংথৌ স্বর্গদেব অমদি মাগী পাত্র মন্ত্রীশিংনা শরৌ শিন্নদুনা থাগৎশন্নরগা শামুনা নেত্তুনা হাৎহন্নবগী শিল্লিবা থৌরাং অদু কার্ত্তা নিংথৌনা লাম্বা ফংলম্মী। কাত্তগী মতৌ উবদা দরবারদা ফল্লিবা পূম্নমক তুমিন তুমিন য়েংদুনা লৈহৌই। শাউনিংবগী ৱাখন্দা দববারদদি নোক্লা নোক্লা থোরকখ্রবসু, কার্ত্তা মথন্তা চিন্তা তৌরকই। ও! ওন্থোকপনিদা কার্ত্তা ঐদি নুংশিরবা ঐগী প্রজাশিংনা ৱাহৌরিবদো কনবা ঙমদনা অদুগা ইরৈবাক্কী শক্তম মচেৎ তাগদৌববু কনবা ঙম্মোইদৌরবা! অদুদগী ঐগী নৌজরিবা ইচা পাখং অনিমক ঔৱাগী মখুত্তগী লৌথোকপা ঙমম্মদনা শামুনা নেত্তুনা শিয়ু তমখ্রবা! হা! লাবণ্যচন্দ্র! মধুচন্দ্র নখোয়না ইপাবু ৱারৌগনুকো হাঃ নোংদম্বা! কার্ত্তা ঐগী লাইবকসে খুদোংথিবা খক্তনা য়োমদুনা শেম্বীরক্লবরা। ঐনা তৌজরকপা কর্ম্মনা ঐনা ফংবা হায়বদু ওইরমাল্লে। হে! মণিপুর ইমা ইবেম্মা! ঐগী থৱাই কন্নবগীদমক্তদি ইমাগী শক্তমদি কায়হল্লম্মরোইকো। অসুম্না শ্রীযুৎকী থাজ মানবা মায়থোঙদু রাহুনা উমখ্রবা থাজগুম মুশিন মুনা লাকখি। খঙহৌদে শঙ্গাইগী থোঙ্গাল য়ৌরমলে। থৌরানী মহারানী অমদি চীংঙাখম্বী মহারানী অনিমক মপুরোইবা কার্ত্তানা চায়রুং ময়েং তানা মকশিন্না লেঙলকপদু উবদা থোঙ্গান্দগী চেন্থোরকই।

থৌরানী : মহারাজ! করিনো ? ঙসি মহারাজগী মায়থোঙ থাজবু করিগী অসুক মমশিনবগে। শরতকী পূর্ণিমাবু ঙমজনা মায়থোঙ মকা লাম্না লেংখ্রগা করম্বা রাহুনা উমখ্রবগে ?

কার্ত্তা : রানী ! ঐ হায়ফম খঙদ্রে ঐগী খনাউ লৈকংলা ওইখ্রে । ঐবু ঈশিং খজিক্তা পীথকউ ।

চীঙাখম্বী : মহারাজ! তেখাউ নিংথৌনা লান পাংবা ঙম্মরোই চৎখ্রো হায়রক্লবরনে । (থৌরানীনা খুজাই অমদা ঈশিং পুথোরকই কার্ত্তানা ঈশিং থকই) ।

কার্ত্তা মহারাজ : রানী ! ঐগী ৱাফম অসি মহারানী নখোয়দা তাহন্নিংদবনি । অদুবু তাদবা য়াররোইদবা লৈবাক পুংজাউ থিন্দুনা খঙলগদবা ৱানিনা ঐ থুপ্লরোই ।

রানী অনি : তাকপীয়ু মহারাজ তেখাউ নিংথৌ স্বৰ্গদেবনা করি হায়রক্লবগে ?

কার্ত্তা : তারো নুংশা থীগনুকো । হৌজিক মখোয়গী শামু শঙদা শামু লাবা অমা মচুম তাদুনা ঙাওরি হায় । শামু অদু মখোয়গী শামু হঞবা ভাস্কর হায়বদুনা লাকপা ঙমদ্রে । অদুবু মণিপুর রাজাদি লাইনি ফাবা ঙমগনি খরা ফাবিয়ু অসিনি ।

রানী : ইস্! (থবাক য়ৈবা) হরে হরে! মশক মশাসু খঙ্নদ্রিবা অমুক্তসু উনদ্রিবা শামু অদুবু করম্বা মীনা ফাবা ঙমগদগে ? মদুদি হাৎলগে হায়বগা চপ মান্নে ।

থৌরানী : অদুদি মহারাজ ঐখোয় মফম অসি থুনা থাদোক্লবা তৌরশি । মীনা ঙম্মরোইদবা ৱা হায়জিল্লকএ থৱাই শিদ্রগা লোইরে লেঙঙশি ।

চীংঙাখম্বী : মহারাজ ! মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বদা লম খরা পীথোকখ্রশি । লম খরবু পীখ্রবদি ইচা অনিসু ঔৱাগী মখুত্তগী লৌথোকপা য়াগনি, করি হায়গে ।

থৌরানী : অওইবনি মহারাজ ! ননাই ঐখোয়দি অদুনা পামজরে ।

কার্ত্তা : হায়হৈদবা ৱা হায়গনু রানী ! ইরমদমগীদমক্তা ঐগী থৱাইদি করিসু নত্তে । নখোয়না হায়রিবা ৱাদো অমুক্তী হায়রে,

অনিরক হনগনুকো হায়হৈদে। মতম্না য়োৎপা ঙল্লোইদবা অমত্তা লৈতে। মীদা নত্তে, জীব খুদিংমক লোইনা য়োৎকদৌরিবনি। নুমিৎ থা ফাউবা য়োৎলিবনি।

(রানী অনিমক তৌফম খঙ্‌দদুনা কপখৎলক্লে।)

কাত্তা : কপকনু নখোয় অনিমক কপকনু! ঐখোয়গী লাইবক ফবদগী থেংনরিবা দশানি। ঐখোয়গী ব্বারী ফজবসে নুমিৎ থানা ঙাল্লিবমখৈ লৈহৌরবদি ঐখোয়গী লাইবক কয়াম কুইনা হিংহৌগনি খল্লগা নুংঙাইথোকউ।

রানী : (হিক হিক কপ্লী) মহারাজ ননাই ঐখোয়বু করি ওইরশিগে। মহারাজগী মহুৎ ঐখোয়না শিনবা য়াবসু নত্তে। মহারাজনা শামু ফাবদা ঐখোয়সু য়াওনা শিজগে হায়বসু য়াবিরোই। অদুক চাউখ্রবা শামু অদুনা মহারাজবু ফারগা নেৎপদা ঐখোয়না করম্না খাঙ্‌দুনা লৈগনি (কপলকলে) হা! বিধি নোংদম্বা! ওহ্নোক্লা থীনা তম্লমবোহদকো।

কাৰ্ত্তা : নখোয় অনিমক নিংথৌগী মহারানী ঙাক্তনি। অদুক য়াম্না থম্মোই শোনবা হৌনদে। তাও! মণিপুর নিংথৌ কার্ত্তানা মচাগী মথ্বাই কন্নবগী অমদি মশাগী মথ্বাই কন্নবগীদমক মণিপুর ইমাগী শক্তম থুগাইরম্মী হায়গদৌবগী শরুকপুদি শামুনা নেত্তুনা শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফবনি। অসামগী ইতিহাসতা অমদি মণিপুরগী ইতিহাসতা সনাগী কালিনা ইহনবা ঙল্লবদি মদুদগী হেন্না লাইবক ফবা কদায়দগী লৌরুগনি। অদুনা নখোয় অনিমক ঐগী লমন খুম্নবগী খল্লুগনু।

(রানী অনিমক খাম্বা ঙমদনা মখোল থোক্লা কপখ্রে)

(গোপীরাম অমদি অয়েকপম লক্সমন রানী অনিনা কপ্পা তাবদগী চংলকএ)

গোপীরাম : মহারানী অনিমক্না করিগী অদুক নুঙাইত্না কপ্লীবগে। ননাই ঐখোয়দা তাকপিবা য়ারোইদ্রা ?

কার্ত্তা : অঙম্বশা করিগী য়াদনী লংফৈদা লৈমিন্নরগা অৱা নুঙাই পুম্নমক লোইনা তানগদবনি।

গোপীরাম : মহারাজ! করম্বা দুখদষা তাবগী মহারানী অনিনা মখোল থোক্না কপ্লীবনো ননাই ঐখোয়দা তাকপীয়ু।

কার্ত্তা : অঙম্বশা! লোৎপা য়াররোইদবা ৱানি। হয়েংগী নুমিত্তা তেখাউগী রাজবাড়ীদা লৈবা শামু অমা ঐবু ফাও হায়না স্বর্গদেবনা হায়রি। ঐনসু ফাগে হায়রম্মে অদুগীনি।

গোপীরাম : এ! শামুবু শামুনা ফাহন্দনা মীনবু শামু ফাবা ঙম্বা হৌনবরা ? ওহ্নোকপা ৱাবু তারেদা।

কার্ত্তা : ফরে, ফরে, অঙম্বশা! পোত্খানরুরো। শ্রীগোবিন্দনা তম্বা অমা লাকঅনি। ঐখোয় গোবিন্দ খুরুমসি।

অসুম্না ঙহাক কপমিন্নরগা মহারাজগী সনা য়াথং মতুংইন্না মহৈ মহৈ মাগী মাগী তুমফম কাদা কপ্না কপ্না চংনখ্রে।

## ১৯ শুবা পন্দুপ

# কাৰ্ত্তগী মঙ্দা শ্রীগোবিন্দ

কাৰ্ত্তা মহারাজ ফম্মুংদা ফমদুনা ৱাখল তৌই। ঐ হয়েংগী নুমিত্তা শামুনা মনাতোন্না ফারগা মখোঙনা নেৎপা তারবা। হায়রগা শ্রীগোবিন্দ খুরুম্মকই। সুম ফমস্বদগী তূমথোকখ্রে। হেক তূমখিবগা শ্রীগোবিন্দ লেঙবিরক্লে। ইবুঙোগী শ্যাম বর্ণ ওইবা মথেক অহুম থেকপা ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি দর্শন পীবীররে।

শ্রীগোবিন্দ : কাৰ্ত্তা মহারাজ নং করিমতা চিংনগনু নংগী শামু অঙাওবা ঐনা ফাবিগনি। নংনা ফাবগী মমিং ফংজৌ নংনা শামু ফাদ্রবদি স্বর্গদেবনা নংগী লান পাংনিংঙোইদৌরী। অদুনা ঐনা নংবু শামু ফাহনগদৌরিবনি।

কাৰ্ত্তা : হে! গোবিন্দ ননাইনা কোটি প্রাম কচ্চরি। হে! বসুদেবগী মজাইবুঙো, কল্লবা কংস মহারাজবু লানবিখিবা, অদুগা কংসগী চাউরবা শামু কুবলয়া- পীড়বু হাৎপিখিবা, দৈবকী মাতাগী মচা ইবুঙো হে! কৃষ্ণ! নংগী নখুয়া থম্বালদা কাৰ্ত্তা ঐনা খুরুমজরী।

শ্রীগোবিন্দ : মণিপুর রাজা হৌগৎলো চিংনগনু।

কাৰ্ত্তা : হে! প্রাণ নাথ, ইবুঙো নংনা শামু ফাবিগনি হায়রবদি ননাইগী করি চিংনফম লৈরিবগে? শামুদি নংগী খুশেম্নী ককচেংগুম্বনি। শামু ফাবিদ্রবসু ইবুঙোনবু লেংবিরক্কনি তাকপিরবদি ননাইদি শামুদো ককচেংগুম্না খনখ্রে। ননাইগী থৱাইনা থারমদাইদা ইবুঙো নংগী দর্শনতদি পীনবীয়ু। ননাইনা অমুক্কসু খুরুমজরি।

শ্রীগোবিন্দ : তাখো! কার্ত্তা মহারাজ নংগী নচা লাবণ্যচন্দ্র অমসুং মধুচন্দ্র অনিমক ঔৰাগী কারাগারদগী লৌথোকপীগনি। মখোয় অনিগী থৰাই ঐনা কন্দুনা থম্বীরী। নং করিমতা চিংনগনু। মবানিবু হেক উবদা মী পূম্নমক্না নুংশিদবা ঙমনদে।

কার্ত্তা : হে! জগৎকী মবুঙো! ননাই পেঞ্জরে। ননাইগী অঙাং অনিমকপু ইবুঙোগী নরলনী খনবিদুনা কনবিরী তাবদা ননাই পেঞ্জরে। ননাইনা নিংথৌ ওইবা ইতিক লৈজদে। ইবুঙোদি জগৎ সংসার পূম্বগী নিংথৌনি। মণিপুরগীসু ইবুঙোনা অদুম ওইবিয়ু। ননাই সেবা চংজগে।

শ্রীগোবিন্দ : নংনা হয়েং নরৈবাক হঞ্জিন্দুনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা নংনা হৌজিক উরিবা ঐগী রূপ অসি নংগী কোনুংদা লাত্তুনা থম্মু। (ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তি দর্শন পীবিরে)।

কার্ত্তা : হে! গোবিন্দ! ননাইনা ইবুঙোদা কচ্চনিঙাই করিসু লৈজদে। ননাইগী হায়ববু নিংথৌ সিংহাসন কচ্চবা নত্তনা অতৈ অমা লৈজদে। সিংহাসনসিসু ঐগী নচ্চদ্রি ইবুঙোনা পীবিরগা ফংগদৌরিবনি। ঐহাকসু নহাক্কী নরন্নি।

শ্রীগোবিন্দ : কার্ত্তা! ঐগী ৱা লোইনা তাখো! নংগী নরৈবাক্তা 'কাইনা' কৌবা চীং অদুদা ঐনা থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌদুনা লৈরমগে। থৈবোং অদু য়াল্লগা ঐগী বিগ্রহ মূর্ত্তি অসি শাগদবনি। অদুনা নংনা ঐগী মূর্ত্তি অসি মুন্না য়েংহৌরো। অদুগা নংনা সেবা চৎকদবনি। নংনা ঐবু নিংথৌ ওইয়ু হায়বদো ঐনা য়ারে। ঐনা লৈবাক ঙাকপিগনি।

কার্ত্তা : হে! দয়ানিধি! ঐনা নংগী য়াথং পাংথোকচগনি।

শ্রীগোবিন্দ : ঙাইখো মুন্না তাখোনে। নংনা মণিপুরদা জগোই রাস লিংখৎকদবনি। মদুদা ঐনা শেৎকদবা নটবর বেশ ধোড়াগী মওং মুন্না য়েংউ। গোপীশিংনা শেৎকদবা অমদি শ্রীমতী

রাধিকানা শেৎকদবা ফিজেৎ মুন্না য়েংহৌরো। নংদি ঐগী অশেংবা ইনাইনি।

কার্ত্তা : হে! গোবিন্দ! ননাইবু কাউদনবা শক্তিসু ইবুঙোনা পীবীয়ু। ইবুঙোগী য়াথংসু পাংথোকপা ঙম্হনবীয়ু। অদুগা হয়েং শামু ফারমদাইদা ইবুঙো লেংঙকএ হায়বদি ননাইনা করম্না খঙগনি? অদুগা ননাইনা করম্বা ফিজেৎ শেচ্চগনি।

শ্রীগোবিন্দ : নংনা হয়েং শামু ফারমদাইদা নংগী নিংথৌগী ফিজেৎ (রাজবেশ) খামেন চৎপা ফৈজোম শেৎলু নখুৎ ওইনা কাংহাই চামর পায়য়ু অদুগা নখুৎ য়েৎনা তুলসী মালা পায়য়ু। ঐনা নংবু শাগী মমিত্তা কৃষ্ণ ঐ ওইনা উহনবিগনি। অদুগা নংবু শাগী মনঙ্গন্দা তোংহন্দুনা ময়ামগী মমাংদা উৎপিগনি। শামুদু জগোই শাহনবীগনি। ঐ লাকপগী সুগন্ধ নংবু ফংহনবিগনি। অদুগা ঐগী নোপুরগী রুনু ঝুনু হায়বা মখোল তাহনবিগনি। মদুদা ঐ লাকএ হায়বা খঙঙু। (হায়রগা অন্তর্ধান ওইখ্রে)।

কার্ত্তা : (মিকপ ফোং থোকই) হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ! অঙকপা মঙনি। তাইবংদা উবগুম ওন্থোক্লা ময়েক শেংনা উরমখ্রেদা, হংনিংবা খুদিংমকসু হংজবা ফংলম্মী। চিংনবা পূম্নমক লোইনা তাকপিরম্মী। ঐদি লাইবক ফখ্রেদা! শামুনা নেত্তুনা শিখ্রবসু লাইবক ফরবনি খল্লে। শ্রীগোবিন্দ লেংঙকপগী শ্রীঅঙ্গগী সুগন্ধ হৌজিকসু লৈরি। নোংসু ঙাল্লে। শ্রীগোবিন্দনা চানবিরিঙৈসিদা হৌগৎহৌরগে অমুক তূমথররোই। (হায়রগা লেংখৎখ্রে)।

মহারানী অনিমক : (মহরাজ মথন্তনা ঙাংবদু তারগা চংঙকই) করিনো মহারাজ! পোত্থাবা য়াবিদ্রবরা? ঙসিদি ওন্থোক্লা ঙন্না লেংখৎপিরেদকো। ইথন্তা ৱারী শাবিরীবা অদুনা করিগীনো?

কার্ত্তা : মহারানী অনিমক তাওনহে! ঙসি ঐগী খোম্লেন মঙলান্দা শ্রীগোবিন্দ লেংঙক্তুনা তাকপিরম্মী। নংগী শামু ঐনা ফাবিগনি।

মহারানী : মহারাজ! খোম্লেন্দা শ্রীগোবিন্দনা শামু ফাবিগনি হায়রগা মহারাজনা করম্না থাজবিরিবনো ?

কার্ত্তা : ঐগীদি চিংনবা কোকখ্রে! শিরবসু অদু মঙাইরে। ইবুঙো মানা খোম্লেন্দা তাকপিরম্বা য়াৱাদো হৌজিকসু অদুম তাদুনা লৈরী।

(খোম্লেন মঙলানগী ৱারী পূম্নমক ফজনা লীরগা চাইথবা লেঙখ্রে। মহারানী অনিসু চাইথরে। ঘোৎ চফু ফজনা লিংদুনা ধূপ থাংমৈ থারে, হৈরুক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, হৈ, লৈ, দক্ষিণা শুনা কচ্চদুনা মহারাজনা শামুগী ময়া পায়বা ঙম্মনবিয়ু। হায়দুনা শ্রীগোবিন্দদা মমিত্তা মপী তানা মপুরোইবগী থৱাই নিজরি)।

মহারানী : মহারাজ! মহারাজনা লিবিবা মতুংইন্না য়াম্না থাজনা শ্রীগোবিন্দদা নিজরে। মহারাজসু মঙ্গল ওইনবা খুরুম্বীরো।

কার্ত্তা : ঈশ্বর: পরম: কৃষ্ণ: সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ।

অনাদিরাদি গোবিন্দ: সর্ব্বকারণ কারণম্।।

হে! কৃষ্ণ! নংনা পরমেশ্বর ভগবান্নী নঙোন্দগী হেনবদি লায়রদনা নংগা মান্নবা কনাসু লৈতে। নংনা ইহান হানবা থৌবু ভগবান্নী। থোরকফম পূম্নমক্কী মপুনি। সর্ব্বকারণ কারনম্নি। ঙসি ননাইগী খোমলেন মঙলান্দা তাকপিরম্বদো তাইবঙদসু পাঙথোকপিয়ুকো। ইবুঙো শোয়দনা লেংবিরকউ ননাইনা প্রান থারবসু, ইবুঙো নংগী নুংশিরবা শক্তমদু উজরগদি ননাইগী থৱাই থারবসু ননাইদা কিহ্নবীগনু। খুরুমজরি।

কার্ত্তা মহারাজ শ্রীগোবিন্দনা মঙদা তাকপিরম্বা য়াথংগী মতুংইন্না মণিপুরগী খামেন চৎপা ফৈজোম থোঞ্জিল্লে। আজমেড়ী কোয়েৎ য়েৎশিল্লে। কোক্তা উরিকশেক থেৎচিল্লে। অদুগী মতুংদা স্বরগী পুংফম য়েংদুনা শ্রীগোবিন্দ খুরুমজদুনা যাত্রা তৌরক্লে। নাকয়েত্তা গোপীরাম পাচহনবা অমদি অয়েকপম লক্ষ্মমন্না থৌগল তৌদুনা লেংলকলে। অসুম্না তেখাউগী সড়ক্তা লেংঙকপদা তেখাউগী প্রজা নুপী, অঙাং হনুবা হনুবী নহা অহল পুম্নমক্না য়েংনরগা হায়নৈ। মণিপুরগী রাজা কার্ত্তা! ফজৈদকো য়েংবগী পেনবা নাইদে। অসুক ফজবসিবু শামুনা নেত্তুনা হাৎখিগদৌরিবনিকো পাম্মুইদা হায়দুনা কপ্লবসু য়াওনরী। খরনা ঙাংনৈ করিনো শামু ফাবা চৎপদবু করিগী রাজ বেশ শেৎলিবা। অদুগা করিগী মীনুংশি খঙদনা মীয়াম মমাংদা শামুনা নেত্তুনা হাৎহনগদৌরিবনো? হায়দুনা চিংনা চিংনা য়েংনরী। মশক অসে নিংথৌ ওইবদা কয়াদা ফজরিবা য়েংবদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে। প্রজা পুম্নমক্না শোন্নহৌরী।

## ২০ শুবা পন্দুপ

# কার্ত্তানা শামু ফাবা

তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেব শগাই থক্তা লেঙশিল্লে। মাগী পাত্র মন্ত্রী বড় সেনাপতি বড়বরুৱা, অমদি মন্ত্রী চলাধর ফুকন অমসুং হজারিকানচিংবা অঙম অথৌ, শুনা তিল্লেঅমসুং চেকশিন্না পল খারে। পলগী অকোয়বদা অহল-লমন, নহা পাখং, ইমা ইবেন, লৈশাবী পাখং, নুপী অঙাং ক্রিক ক্রিক ইন্ননা য়েংগদবগী লৈনখ্রে।

কার্ত্তা মহারাজনা সিংহাসন্দা লেংশিনগদবা রাজবেশ শেৎলগা লাকপদা স্বর্গদেব রাজা ইঙক ঙকখ্রে, খল্লি করিনো করিনো কার্ত্তা নিংথৌনা তৌরিবসে ঙাওরমান্নে। খরনা ঙাংনৈ মাগী অরোইবা মতম অসিদা রাজবেশ শেৎলগা পুন্সি কৎলগে হায়রিমান্নে। শির কান্দা নিংথৌনি খঙনবা তৌরিবরা? অমগা অমগা পঙাংদ ঙাংনৈ। মীয়াম্না ঙাংনবদা নিনবগী মখোল তাবদা অঙাওবা শামু ঙাওবা হেনগৎলক্লে। য়োৎকী পৌরোল মনাতোন্না পায়রগা নিকপা হৌরক্লে। শামু ভে! ভে! খোংবা হৌরক্লে। মতৌ অদু উরকপদা স্বর্গদেব রাজাসু নুঙাইরক্ত্রে। ও! মশক অসুক চংখোনবা কার্ত্তা অসে শামুনা নেৎলগা হাৎপদা ঐখোয়না কুম্মৈ ওইনা য়েংগদৌরিদকো। খল্লুবদা মিৎলু পীরাং ঈহৌরক্লে।

স্বর্গদেব : হা! মণিপুর রাজা শকহেনবা! ঐনা নংবু কার্ত্তা মণিপুরেশ্বর কৌগে। শামুগী নাক্তা চংদ্রিঙৈদা স্বর্গদেব ঐগী ইনাক্তা ঙাহাক্তা ফম্মিন্নখিশি। তামুল্লো পান্না খুদপ অমতা ইনজখিগে অমুক্তা লাকখো।

কার্ত্তা : হে! তেখাউ রাজেশ্বর! সর্ব্বভৌমপতি নুংশিদকো! মহারাজনা তামুল্লো পান্না পীজবীগে তাকপিরিবদুনা হেন্না পেঞ্জরে। ঐ ঐগা থেংননিংদুনা পল নমখাইরক্লিবা শামু

অসিগা অমুক্তা হান্না থেংনজখিগে ৱারৌবিরগনু। তেখাউ প্রজাগী থৱাই পেন্নবা, ঐগী থৱাই কচ্চখ্রবনি। ঐখোয় মণিপুর মচাদি লানফমদগী মায় লৈরগা চেন্নদে।

তেখাউ প্রজা খরা : লাউনরকপা মণিপুর রাজা কার্ত্তাবু শামুনা হাৎহনবিগনু মাগী মথ্বাই কনবিয়ু। অসিগুম্বা কুম্মৈ য়েংজনিংদে। মীওইবা কনানসু শামু ফাবা ঙম্বা হৌনদে। খেলৈ নোংনাং তেলহৈবগী চিঠি পারুবা অঙম অথৌশিংনা লাউরকই। শামু থাদোরকলো। মণিপুর রাজা লাইনি লাই নত্তে য়েংলসি শামু হনবা ভাস্করনা শামু শঙদগী য়োৎকী পৌরোল হাংখ্রে। পৌরোল হাংবগা শামু মনা মখোঙদা মচুম তারবা শামুনা মমিৎ কোরীমুক ঙাংলগা ফি ফি কাপ্লদুনা থোরকই। কার্ত্তাবু উবদা শামুনা খল্লি লৈরম্মো জীব মচা! মনাতোন্না ফারগা মখোঙনা নেৎখায়দুনা হাৎলগে খল্লদুনা চংশিল্লকই। চেনশিল্লকইবা শামুবু উবদা ইমা ইবেলশিংনা লাউনরকই "মণিপুর রাজা শিবা তারে। শামু অমুক্তা ফাজিনবীয়ু। শামুনা মী হাৎলগা ঐখোয়না য়েংবা পামজদ্রে।"

কার্ত্তা : (শামু উবদা চেন্দবা। শ্রীগোবিন্দ খুরুম্মকপা। হে! কৃষ্ণ করুণাসিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে। গোপেশ গোপীকাকান্ত রাধাকান্ত নমোনমস্তুতে।।

হায়না খুরুম্মগা শামু তম্না চংশিনখ্রে। শ্রীগোবিন্দনা মনাই কার্ত্তাগা শামুগা থেংনখিবনা হানখ্রবদি মনাইগী থৱাই মাঙখিবা তারে খল্লদুনা শ্রীগোবিন্দ স্না ফিগে গুঞ্জা কৌরপ তাখৎতুনা মনাই কার্ত্তাদা দর্শণ ফংহনবিখ্রে। অমসুং খোংথাং খুদিংগী রুণু ঝুণু হায়বা নোপুরগী মখোল তাহনবিখ্রে। ইবুঙো লেংঙকপগী শাহুম ফংবদা কার্ত্তা শামুবু উচি মচাগুম খনখ্রে। শ্রীগোবিন্দবু কনানসু উবা ফংদবনিনা কার্ত্তানা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা মিৎ কুপ্তনা

শ্বর থিংদুনা পাখত্তুনা য়েংনরম্মী। শামুনা কার্ত্তাবু মনাতোন্না ফারগা খুমাংদা য়ৈথৎলগা হাৎলগে খল্লগা কার্ত্তাবু ফাগদবগী মনাতোন্না লাম্মকই। মনাইদা লাম্মকইবা মনাতোন অদু শ্রীগোবিন্দনা ফারগা তুংলোমদা ইল্লকপদা শামু মতুংলোমদা খুদুপ ৪/৫ হল্লগা তুখ্রে। মদু উবদা রাজাস্বর্গদেবনচিংবা অঙম অথৌ পূন্নমক পুমঙক ঙক্লখি। তুং হন্দুনা তুরবা শামুনা ফুক হৌগৎলগা শাউরদুনা কার্ত্তাবু হাৎলগে হায়দুনা কার্ত্তাদা ময়ানা থিন্দুনা হাৎকদবগী মরু লুকথরগা চংঙকই। শামুগী ময়ানা থিল্লকপদা শ্রীগোবিন্দনা থবাক্লা ঙাকখ্রে। শামুগী ময়ানা শ্রীগোবিন্দগী থবাক্তা থৌগল ফংবদা শামু য়োৎকুম্বা নুংজাও অমদা থিনবগুম লব্রাই শেৎ কায়না চৈনা ফংখ্রে। শামুনা খল্লি। ইস্! করিনো? মসিগী মী মচাসিদি খল্লগা অমুক য়েংঙকপদা কার্ত্তাদু শ্রীকৃষ্ণ ওইনা অমুক উরক্লে। শামুগী য়াখোঙদা ঈ থোরক্লে। মদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মরাল লৈজদবা শামুবু নুংশিরদুনা মাগী ময়াদা নানবিবদা ময়াদা তারম্বা ঈ খকখ্রে নাবসু ফখ্রে। মদুদা শামু অদুনা শ্রীগোবিন্দ ওইনা উরবা কার্ত্তাবু মনাতোন্না কোল্লগা মনঙ্গন্দা থাঙ্গৎলকপদা মীয়াম পুন্নমক কার্ত্তাবু শামুনা হাৎকদবগী ফাখ্রে। কার্ত্তা শিবা তারে, কার্ত্তা শিবা তারে লাউনরকই। অদুগদি শামুনা শ্রীগোবিন্দনি খল্লিবা কার্ত্তাবু মনঙ্গন্দা তপ্লা থমখ্রে। শামুনা থাঙ্গচ্চরিবা শ্রীগোবিন্দনি খঞ্জরিবদুদি অতৈ কানসু নৎলমদ্রে কার্ত্তা ওইনা মীয়াম্না অদুম উখি। ময়াম্নদি নুংশা থিবা লোইদ্রি। করি তৌরক্কদোইনো খঙদ্রি। ইঙক ঙক্লা য়েংনরি। অদুগদি শামুনা মনঙ্গন্দা শ্রীগোবিন্দ লেংশিনবিরবনি খন্দুনা হৱাওজদুনা মখোঙ ফৈনা ফৈনা থাংলদুনা নোম্না নোম্না জগোই শাদুনা মনাতোন্দুনা থাঙ্গৎলগা শ্রীগোবিন্দ খুরুমদুনা কোয়না চৎপা হৌরক্লে। ওইথোক্লরোইদবা থৌদোক্তুনা উবদা য়েংনরিবা মী

পুন্নমক ময়াদা হয়িং চংবা খঙনখিদ্রে। ঙহাক কোয়রগা শামু কুহ্বরক্তুনা মনঙ্গন্দগী কার্ত্তাবু তপ্না লৌথরক্কে। মদু উবদা গৌপীরাম পাচহনবা অমদি লক্ষমন চংশিন্দুনা কার্ত্তা মহারাজবু শামুদগী কুমথবদা মতেং পাংখ্রে।

স্বর্গদেব : (শগাইদগী কুমথরগা) মণিপুরেশ্বর মহারাজনা ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু। ঐখোয়না লানখিবা পুন্নমক মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বগী চিঠিগী মরোলদগী তৌখিবা ঙাক্তনি ৱারৌবীগনু (হায়দুনা কার্ত্তাবু লেঙ্গোন্নখ্রে)।

(স্বর্গদেববু ইকাইবা পীদে, হরাউ হরাউ অদুম তৌনা)

কার্ত্তা : মোমোন নোক্তুনা করিমতা অকায়বা লৈতে। পুন্নমক শ্রীগোবিন্দগী লীলানি। ঐগুম্বা করিসু লৈতবনা অসুক চাউবা অসুক কনবা শামুবু কদাইদগী ফাবা ঙম্মুগদগে? শ্রীগোবিন্দনা ফাবিবনি। (হায়রগা ময়ামদা খুৎ থাঙ্গৎতুনা খুরুম্মী)

স্বর্গদেব : মণিপুর মহারাজদি লাঞ্জদবনি। অদুনা শামুনা নেত্তুনা হাৎপগী মহুত্তা শামুগী মনঙ্গন্দা থাঙ্গত্তুনা তোংহনখিবনি। মহারাজগী খূনেৎ শাদুম ওইথোকখ্রে। মহারাজগী মিং কার্ত্তা কৌরিবসিগী মথক্তা ঐনা মিং অমতংগা হাপচগে। নংদি শক্কীসু নিংথৌরেলনি।

কার্ত্তা : হাপ্পীয়ু মহারাজনা পিবিবা মিংথোল মণিপুর অমদি অসামগী ইতিহাসতা লৈহৌবা ওইরসনু।

স্বর্গদেব : অদুদি ঐনা থমজনিংবা মিংদি তেখাউ পূন্নমকপু জয় তৌবা ঙম্বগীদমক জয়সিংহ হায়না থমজনিংই।

কার্ত্তা : তেখাউ নিংথৌনা পীবিবা মিংথোল ঐনা পামজরে।

অঙম্বশিং : অদুদগী পাত্র মন্ত্রী পূন্নমক্তা অমতা ওইনা লাউরকই মণিপুর নিংথৌ কার্ত্তা জয়সিংহনা জয় ওইরে।

প্রজা : জয়! জয়! মণিপুর রাজা জয়সিংহনা জয় ওইরে।

কার্ত্তা : মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী অঙাওবা শামুবু ফাবা ঙমখিবদগী শ্রীগোবিন্দবু খুরুমজরকই।হে! ঈশ্বর: পরম: কৃষ্ণ: সচ্চিদান্দ বিগ্রহঃ

অনাদিরাদিগোর্বিন্দ: সর্ব্ব কারণ কারণম্।।

হে! কৃষ্ণ নংনা ননাইগী অৱাবা কোকপিরে। ঐবুসু নংনা শেম্বীবনি, শামুসু নংনা শেম্বীবনি, নংগী নপোৎ ঙাক্তনি। নংনা শান্নবা লীলা ঙাক্তনি। খঙজরে ঙসিদি ননাইনা লোইনমক, শামুবু ঐনা ফাবা কদায়দগী ঙমগদগে? অদুবু ইবুঙো নংগী দয়ানা ঐনা শামু ফাবা মালহনবীরে। ওইররোইদবা থবকপু ওইহনবীরে। হে! পুম্নমক্তগী হানবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইরিবা ইবুঙো নংবু ননাইনা পুন্সিগী কাউজরোই, কাউদবসু পীনবীয়ু। জগৎ জীব পুম্নমক্কী পাঙ্গলসু নহাক্কীনি। থৌনা লৌশিংসু নংগীনি। ঐনা নখুয়া খাগী উফুলগুম্বনি। অমুকসু হন্না খুরুমজৈ।

স্বর্গদেব : (কার্ত্তা মহারাজগা খুৎশম্মদুনা কোনুংদা চংলকই) মণিপুরেশ্বর কার্ত্তা মহারাজ! মণিপুরেশ্বর জয়সিংহ মহারাজ! লেংশিনবিশি ঐগী সিংহাসন অসিদা নংদি অশেংবা দেবতাগী শক্তি লৈরম্লে। নংগা ফমীন্নবদা ঐগী পাপ পুম্নমক কোকচরগনি।

কার্ত্তা : হায়হেদে মহারাজ! নিংথৌ অমগী সিংহাসন্দা কনাগুম্বা চান্নবা মরুপ মপাং অমনা হেক শোকপা তৌহৈদে। (হায়রগা আসন অমদা ফমখ্রে)

স্বর্গদেব : ঐখোয়না মহারাজ নংগী নফমদা যাম্না লানখ্রে। ঐখোয়না লংজিখিবা ইরাল পুম্নমক অমদি থওই-উশিৎখিদবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু।

কার্ত্তা : (মোমোন নোক্তুনা) পুম্নমক ভগবান শ্রীগোবিন্দগী থৌজালনী। করিসু লৈতবা ঐনবু কদায়দগী অদুক কনবা শামুবু ফাবা ঙমগদগে?

স্বৰ্গদেব : (*লাউনা*) মণিপুর রাজাগী সেবাগী অথুম অহাও পুথোরকউ (নিংথৌ মনাইশিংনা খুদক্তা সন্দেশ মখল মখল সেন্বাক্তা হাপ্তুনা ফিশেং কুপ্তুনা পুথোরকপা) হায়বিয়ু মণিপুরেশ্বর! ঐনা মহারাজগী মতিকচানা ওক্কদবা সিপাহী থৌরাং তৌজগনি। খুৎলাই মতিক চানা পীজগনি, চান, থক্লবা পূম্নমক লোইনা ঐগী দায়িত্বনি।

কার্ত্তা : তপথবীখো! হাথু হাথু হেক্তা তৌবা য়াদে। ঐ মণিপুর য়ৌজরুখিগে। ঐবু মণিপুরগী প্রজানা নুংশিবীরিবরা য়েংউখিগে। ঐগী প্রজানা নুংশিবীরম্লবদি মণিপুরদগী ঔব্রা অমদি মোইরাং তাহোক্লবা মতেং পাংবিয়ু। করিগুম্বা মণিপুর প্রজানা ঐগী মাম্মা খেলেম্বগী শাসন্দা নুংঙাইজরম্লবদি ঐ মণিপুরদা হঞ্জররোই। নিংথৌ ওইজররোই। ভিক্ষা নিদুনা পুন্সি লেনখ্রগে।

স্বৰ্গদেব : ফজৈদা মহারাজগী থম্মোই। প্রজানা পামদবা নিংথৌ ওইনিংদে হায়বনি। খঙজরে মহারাজনা নিংবা থুংনবা হোৎনবিয়ু। অদুগা ঐনদি মহারাজগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা মতেং পাংনবগীদমক লৈজরি। কাউবিগনু।

## ২১ শুবা পন্দুপ

# প্রজাগী পুকচেল খঙনবা লেংঙকপা

কার্ত্তা মহারাজ চীংমীগী শক্তম লৌদুনা খুবোমদা খুবোম য়াই, খুদাংদসু খুদাংগী য়াই শিজিল্লগা ফিমু অমা শেৎলগা খুত্তা তাবাক অমা পায়রগা মণিপুর য়ৌনবা তোংজৈ মরিন্দা সনা খোঙ লেংথোরক্লে। শেৎলিবা মখৈ পকচবা শাবান্নি য়েংবদা পুক্লিং হূবা শক্তম্নী। অসুম্না অকি অখং লৈতনা মথন্তা সনাখোঙ লেঙঙকপনা খেবু চীং য়ৌরক্লে। খেবু চীংদোলগী মতোল ফন্দোকপা মখোঙ চেংবা ঙান্থক মওং মানবা চীংদোন্দা অকিবা লৈতনা কাখৎলক্লে। অদুগা ইবুধৌ পাখংবগী চীঙু থৌজাল য়েংগে খল্লক্লে। অসুম্না লাইদা সাক্ষী থন্নদুনা মিৎলু নাপোম ঈহৌনা পুনেমজরকই ঃ

হে! ইবুধৌ নোংদ্রেন পাখংবা<br>
তুবি মৈনা পূং লাইরেল লুনা ৰাং<br>
নয়ানা নমৈবু চিক্লিবা ইপুধৌ<br>
চিদোল সনা পুমহৈবা চীঙু নথৌজাল কুবিয়ো<br>
হে! খোয়ুম নঙাল চাউথোইবা<br>
নশু লাইবক চাউবনা পুনেমজৈ।<br>
চীঙু খুত্তম চাংদম তম্বীয়ো!

নদাইরেম্না মণিপুর সনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা ফংগদবা লৈরবদি থৌদু নুংপাক থক অসিদা নদায়রেমগী খোঙ্গুল তাহনবীয়ু। নিংথৌ ওইবা ফংলরোইদৌবা, প্রজা সেবা তৌবা ফংলরোইদৌবা, অমদি ইচা লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিবু লৌথোকপা ঙম্মোইদবা লৈরবদি খেবু চীংদোল অসিদগী তাদুনা নদাইরেমগী থৱাই লৌবিয়ু ইপুন্সি লোমজগে। (হায়রম্মগা কার্ত্তা মহারাজ খুত্তা তা পায়রগা থৌশারোল চুম্না থেঙ্গৌরোল চোংলদুনা চীংলাইবক্তা লৈবা থৌদু নুংপাক্তা চোংখৎলক্লে। খোঙফম অমা শোয়বদা ওন্থদুনা শিগদৌবা মফমনি। অদুবু ইবুধৌনা কুবিরমালে। মশু

লাইবক চাউবগী, ৱাখল চাউবগী নুংশিরবা খোঙ্গুল অপেৎপা লৈখোমদা নেৎপগুম চীঙঙু খুত্তম পীবিখ্রে। কার্ত্তা মহারাজ থৌজাল খুদম ফংজবদা হৰাউজে। ইবুধৌ চিঙু পাখংববু থাগোনজে। চিঙু খুদম উজবদা কার্ত্তা মহারাজ ইবুধৌ পাখংবদা থম্মোই পেন্না মিৎলু পীরাং শিঙ্খনা পুনেমজে। ইবুধৌগী থৌজাল লেপ্পমক কুবিয়ু হায়রগা অৱা অনা থিদনা সনা খোঙ লেংঙকপনা ইরং তুরেল লাল্লক্লে। লম্বীদা মহারাজনা থেংন-থেংনবা চীংমীশিংগী খুন খুন্দা চংদুনা মহাকপু নুংশিবীরিবরা খঙনবা অরোনবা শক্তম্না ৱারী কয়া শা-শাদুনা চীংমী প্রজাগী মবুক খঙদোক্লম্মী। চীংমীশিংনা মাবু নুংশিবীবগী ৱাঙাং অমসুং নিংথৌ ওইহন্নীংবগীদমক শিবা কিনদবা মপাউ তাবদা অকি অখং লৈতনা চীং লম্বীদা মদোম লেঙঙকই। চীংনুংগী শুক্লবা চীং লম্বীদা অসুম লেংঙকপদা চীংনুং চেক্লা অপিখক অমনা অরাপ্পদগী তাম! তাম! খোংবা তাবদা মহারাজগী থম্মোইদা মাম্মা খেলেম্বনা ফাহৌরবা ঔৱাগী মখুত্তা লৈহৌবা মজাইবুঙো লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিবু নিংশিংলক্লে। মচা অনিনা তাম! তাম! কৌরকপগুম তাবদা কার্ত্তা মহারাজগী থম্মোই পুবা ঙমখিদরে। পীক্লবা উনানা শাবা মানবা উচেক মচা অদুনা তাম! তাম! খোঙবা অদুদা উচেক মচাদুগী মমিং তাম্না হায়না থোল্লম্মগেকো হায়না তাম্না থোনখি। ঙসি ফাওবা তাম্না হায়না খঙনরী। অসুম লেঙকপনা লল্লেন লম্মাংদোং কৈথেল য়ৌরক্লে। লোৎপা য়ারোইদবা মগুণ লৈবা, মঙাল পুবা, অরংবা তম্ফাবু অমোৎপা ফদি ফারানা য়োম্বগুম শক লোত্তুনা লাকইবা কার্ত্তা মহারাজনা চীংমী শারদুনা কৈথেল পোৎফম ফম্বী ইমা ইবেনশিংগী মরক্তা চংলকই। হনুরবী, ঙৌরবী শল্লাংনা চোইজাইনরবী ইমা অমনা হায়রকই।)

হনুবী : হা! ইবুঙো হাওবা! নংবু কদাইদগীনো? ইমানা নংবু উখ্রবা শক্তমগুম তৌই। মফম কদাইদা উখিবনো ইমানা হায়ফম খঙ্দ্রে।

কার্ত্তা : চীংমী খোনফম লৌরগা খুম্মকই। পলেম মানপী ইমা ইপেম্মা! নচা হাওপতি অৱাংবা চীংদা তোংবা হাওবনি। লাকমিন্নবা ইপাঙ কায়নরে। পান্নাও শিংনাও খরা য়োঞ্জগে কুমপিরকপনে।

মৌনহা : হা! ইবুং হাওবা! নংবু নমিং করি কৌবগে। নংগী শক্তম উবদা করিগীনো খঙদে ঐখোয়গী থম্মোই কায়গদৌরে। তু মান খ্যাও খ্যাও চংই। কোক্লেন লৱাই শম য়ুংলে।

কার্ত্তা : করিগীরা ইচল নংনা হাওপা ঐপু উরগা তু: চুংপতি।

মৌনহা : হা! ইবুং হাওবা! নংবু উবদা ঐখোয়গী নুংশিজখ্রবা নিংথৌ কার্ত্তাবু নিংশিংলকই। মাবু উখিদবা চহি মতম শাংলক্লে। নংসে কার্ত্তা নিংথৌগা ওহ্নোক্লা মান্নখ্রে।

কার্ত্তা : হায়হেতে। হায়হেতে! ইমাখোই! ইচলখোই ঐকুমপকা নিংথৌকা শক মান্নে হায়হেতে হায়পিকনুকো।

মৌনহা : হা! ইবুং নংগী নশক্তু উরগা মচা অনি হুন্দোক্তুনা মীরৈবাক্তা চেনখ্রবা ঐখোয়গী নিংথৌ কার্ত্তা নিংশিংলকই। মাবু হিংলিবরা শিখ্রবরা খঙদ্রে। মানা করিগুম্বা হল্লক্তুনা নিংথৌ ওইরবদি নুংঙাইখ্রনিদকো। মাবু অমুক্তং নিংথৌ খুভম হঞ্জিনহনবীয়ু হায়না নুংতিগী ঈশ্বরদা খুরুমজরী। ধূপ থাউমৈ থাদুনা।

হনুবী : ইমাগী ইবুঙো নিংথৌ মানবা! হায়রুদুনা কান্নদে। মণিপুর লৈবাকসে মোইরাং খেলেম্বনা পানবদগী য়াম্না ব্রারে। ঔব্রাগী মখাদা লৈরবনিনা ইমাখোয়দি ব্রারেদা!

(নুপী ময়ামগী মপাউ তাবদা নুংঙাইতবনা থবাক ফুল্লি মিৎলু পিরাং ঈহৌরকই অদুবু খঙহনবা য়াদবনিনা তুমিন্না খাংই)

হনুবী : ইমাগী ইবুঙো! হাওবা! নংসু নুঙাইতবরা সে! সে! ইমাখোয়গী লুকমাইদা য়োঞ্জরিবা ইন্সাং নাপী খরা খরা হাপ্লীগেকো! নং লৌদবা তৌগনুকো।

কার্ত্তা : ইমাখোয়না পীপা পোৎ ঐনা করিকী লৌদনি। (হায়রগা মাগী ঙবোং ফি তিংথোকপা) ইমাখোই য়াম্না হাপকনু ঐ পুপা ব্রাকনি। (অসুম্না কৈথেল ফম্বী ময়াম্না খরা খরা হাপ্লদা ঙবোং ফি অদুনা য়োম্বা চন্দরে। অসুম্না কার্ত্তা পোৎয়োম পুরগা চৎখ্রে)

কৈথেল ফম্বী ময়াম : ইস্! মসিগী হাও নুপাসি ঐখোয়গী ইনিংথৌ কার্ত্তা মানখ্রেদা! (ময়াম লেপ্তুনা য়েংনহৌই)।

## ২২ শুবা পন্দুপ

# কবিচন্দ্র থেংনবা

অসুম্না অরেপ্পা লৈতনা সনা খোঙ লেংঙকপনা লপ্লেন নিংথৌখোং য়ৌরক্লে। মহারাজনা লুনা তিন্নবা খুম্বোং চন্দ্রমণি অমদি নন্দলাল মখোয় অনিগী খোঙ্গুল লীবা হৌরক্লে। সুম সুম হং হংদুনা লেংঙকপনা লুখ্রাবী অমগী ময়ুমদা চঙকই। লুখ্রাবী অদুনা মহারাজ উবদা নুংশিদবা ঙমদ্রে। য়ুম অদুদা কেশোরী কৌবী নিঙোল অমা লৈরম্মী। কেশোরীনা হাওবা শারিবা কার্ত্তা মহারাজবু উবদা নুংশিদবা ঙমখিদ্রে। নুংশিমন্দুনা সেবা চংজবদা মহারাজনসু অশেংবা হায়দোকপিরে। কার্ত্তা নিংথৌনি খঙলবদা কেশোরীনা হান্নদগী হেন্না পীজ পিথক তৌবদা থৱাই য়াওজখ্রে। অরোল অথুপ খঙলবা কেশোরীদা মচানিপা অমা ফংজরে। বর পীবিখ্রে অসুম্না মফম অদুদা কার্ত্তা মহারাজ নুমিৎ ৫ নি পোত্থারে। ৬ নি শুবা নুমিত্তা মহারাজ মফম অদু থাদোক্তুনা লেংঙকপনা লপ্লেন ক্বাকৈথেল য়ৌরক্লে। মহারাজগী মনাই অচানবা কবিচন্দ্রগী ময়ুমদা চংলকই। চীংমী শারদুনা হায়রকই।

কার্ত্তা : হো! মরুপ ঐপু অহিংসিমতা নংকিসিতা তুমপিকে। নোং হেক ঙানপকা চৎপিখিকে য়াপরা ইতাও!

কবিচন্দ্র : (মুন্না তাই, তপ্না থোরকই, ৱা ঙাংদে, মুন্না য়েংই, ঙাংথোরকপা ৱাঙাং খোনমৈ খোন্দা তারগা মহাক্না য়াম্না লুনা তিন্নখিবা কনগুম্বা অমগী মখোল মাল্লি। অদুগা হায়রকই) হাওবা! নংবু ঐনা উবদা খুদক্তা অমদি নংগী নখোন তাবদা ঐগী থম্মোই করিগী তিং তিং লাউবনো? শেংনা হায়য়ু নং কনানো?

কার্ত্তা : ঐ চীংতা তোংপা হাওপনে, লাকমিন্নপা ইপাঙ কায়নরে হৌচিক্তী নুমতাং ওইখ্রে। অতুনা নোং ঙানপকা চৎপিকে, ঙসি অহিংসিততি নংকীসিতা তুমপীকে হায়পনে।

কবিচন্দ্র : (হন্দক্তী কার্ত্তা মহারাজগী খোনফম চপ চানা নিংশিংলক্লে। শাওং শাদাসু মাল্লক্লে মায়থোঙসু মাল্লক্লে। করিমতা খুন্নমদনা ইমুং চংখ্রগা উচান মৈরা চুখৎলগা থোরক্লে)।

কার্ত্তা : করি তৌরে ইতাও! নংনা ঐপু করিগী অতুক মুন্না য়েংপিপতি নংকি কনা মানপনো?

কবিচন্দ্র : (করিমতা খুমদনা উচান মৈরা পায়রগা কোয়না চৎলগা য়েংবা হৌরক্লে। সুম য়েংলকপদা মহারাজগী খোঙদা খুত্তা লোইনা মাল্লে। অকোনবদা ওইথংবা খুবোমদা অমুবা চা অমা থুংবদু হেক উরকপদা উচান মৈরা থাদখ্রে। অদুগা কার্ত্তা মহারাজগী মখোঙ অনিমক চেজেৎ কোল্লগা নোংখোংবগুম কপ্লক্লে। ঙহাক কপ্লগা হিক হিক তৌনা হায়রকই) মহারাজ ইবুঙো ননাইগী করি ইরাল লৈখ্রবগে? ননাইবু করিগী অসুক কনবা অগ্নি পরীক্ষা তৌবিবগে?

কার্ত্তা : (মনাইগী অশেংবা থম্মোই অদু উরকপদা খঙহৌদনা নোং খোংবগুম কপথোরক্লে) কবিচন্দ্র নং ঐবু ৱারৌগনু নংনা ঐবু কয়াম নুংশিবগে খঙঙগা ঐ পেঞ্জগে তৌবনিকো। ঐ হৌজিক নংগী থম্মোই উবদা ঐগী থৱাই চাউবা হেনগৎলে। মসিমক নংগী থৌজালনি।

কবিচন্দ্র : (কপ্না কপ্না হায়রকই) মহারাজ ননাইদি শ্রীযুৎকা হেক কায়নখিবা নুমিত্তগী তূমফম খঙদে, চাফম খঙদে। শিদনবদি চারি, থকলি, তূল্লি। হিংলি হায়বতা মঙাইরে।

কার্ত্তা : কবিচন্দ্র নং ঐগী খোঙ থাদোক্লো। ইমুং চংলশি নং উবা ফংবদা ঐগী থম্মোই খংচাউ চাউখৎখ্রে। সুমাঙ অসিদা ফজদ্রে ইমুং চংলশি। ঐনা থেংনরকপা অৱা নুংঙাইগী ৱারী পূম্নমক চিথ্নদনা লীরগে।

(কর্ত্তা মহারাজনা লম্বীদা থোকখিবা ৱারী পুম্নমক অমসুং মাম্মা খেলেম্বনা চিঠি পিরক্তুনা শামু ফাখিবনচিংবা ৱারী পূম্নমক লীবদা

অহিং তূম্বা ফংনখিদ্রে। অদুগা মজাইবুঙো লাবণ্যচন্দ্র অমদি মধুচন্দ্র অনিগী মরমসু হংলকই। মচা অনিদুবু হাৎপিখ্রবরা হায়দুনা কপ্না কপ্না হংলকই)।

কবিচন্দ্র : মহারাজ! নজাইবুঙো অনিমক মতু নাম্মা তৎতে। কৈশুমশঙদা লৈবগী খরদি ৱারমগনি। অদুবু অনায়েক য়াওদে হায়না তাজে।

কার্ত্তা : (মচা অনিগী মপাউ তাবদা মিৎলু অনিমক পিরাং শিন্থরকই) ও! ইচা অনিমক হিংদি হিংলিদনা গোবিন্দনা মঙলান্দা তাকপিবদু চুম্মীদনা.... অদুদি কবিচন্দ্র! ঐদি লাইবক থীবনা ইচা অনিমক্কী নুংশি চেংলৌ উবা ফংলোইদৌরী হন্দক্কী মতাংসিদদি। মফমদু ঐনা চংলুবা য়াররোই। অদুনা নোং ঙান্দ্রিঙৈদা ঐ চৎনবা তৌরগে। ঐনা চৎলুরগা ঐ উবদগী ইচাদা অৱাবা চৈথেং পীরবদি মদুনা হেন্না ফররোই।

কবিচন্দ্র : অংহোই! মহারাজ! শাউনরিবনীনা শক উৎলুদবনা ফরগনি।

কার্ত্তা : অদুদি কবিচন্দ্র ঐ চৎনবা থৌরাং তৌরগে?

কবিচন্দ্র : ফগনি মহারাজ! ননাইনা অসিদা তৌরমগদবা থবক করি করিনো ননাইদা তাকপিরো।

কার্ত্তা : নুংশিদা কবিচন্দ্র! নহাক্না ঐগীদমক্তা খরা ৱাবিরম্মো।

কবিচন্দ্র : মহারাজ করিগী ৱারুগদগে? মহারাজগী সনা য়াথং ঙাইদুনা লৈজরিবনি। ইমা লৈবাক কন্নবগীদমক্তা।

কার্ত্তা : অদুদি কবিচন্দ্র! নহাক্না খুম্বোং চন্দ্রমণিগা নন্দলাল মচিন মনাও অনিবু থিরগা নখোয় অহুম্না লমজিংদুনা শঙাইথেলদা ঙাইরম্মো। ঐ তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবগী মতেং লৌরগা মতিক চাবা লান্মী পুরগা শঙাইথেলদা য়ৌরক্লগে।

কবিচন্দ্র : মহারাজ ননাই ঐহাক খুরুমজরি। (কবিচন্দ্রনা মহারাজগী খোঙ কোল্লগা হিক হিক কপ্লকই। মহারাজনা কবিচন্দ্রগী মকোক্তা

নাল্লগা মশা শাগল চিংখত্তুনা কোন্নরগা তেখাও চৎনবা বিদায় তৌদুনা থোরক্লে।)

(কার্ত্তা মহারাজনা লেংখিবা উরগা কবিচন্দ্রনা মথন্তা ঙাংহৌবা)

কবিচন্দ্র : হে! কার্ত্তা মহারাজ ওম্বোক্লা থৌনা লৈখ্রেদা, অকিবগী শরুক মচেৎ অমতা হেক য়াওদেদা! শারিবমখৈ লোইনা পকচৈ, চীংমী শারে পকচৈ, ময়াং শারে পকচৈ, মীনাই শারবসু অদুম মাল্লি, মপু শারবসু অদুম মাল্লি। অসুক লুনা তিন্নবা ঐবু পাক্লা খঙবা ঙমদে। অসুক লাপখ্রবা চীংনুংগী লম্বী অসি কনা য়াওদনা মথন্তা অদুম চৎখি, লমশাং অসি চৎপদা করিসু নাচুংদে।

## ২৩ শুবা পন্দুপ

# স্বর্গদেবগী মতেংনা লান্দারকপা

কার্ত্তা মহারাজ মচাবু ঔব্রাগী মখুত্তগী কন্নিংবগী ব্রাখলদা অহিং নুংথিল খাক্তনা লেংঙকপনা তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবগী কোনুং য়ৌরক্লে। স্বর্গদেবনা কার্ত্তা মহারাজ থুংলবদা হরাওনা তেখাউ লাম্মী লিশিং তরাগা লোইননা শগোল, শামু মতিক চানা পীরে। অদুগা লোইননা খুৎশু খুলাই, চানবা চিঙ্গাক, শেৎনবা ফিরোল অমদি লম্বীদা অহিং লেক্লবা ডম্বুর, কাংখলনচিংবা অমত্তা ব্রাৎতনবা পীদুনা মণিপুর য়ৌনবা থোরক্লে। খুৎশু খুলাই মতিক চানা পায়রবা তেখাউ সিপাইনা কার্ত্তা মহারাজগা লোইননা থোরক্তুনা শঙাইথেল য়ৌরক্লে। লমশাঙ লাকপদা অনা অয়েক য়াওরকপদগী সিপাই খরদি লৈহৌরে। থৌবু ওইরিবা কার্ত্তাদি গোবিন্দগী কৃপানা থোইনা অনা অয়েক য়াওদে পাঙ্গল হন্দে। কনাগুম্বা অমা ওইরবদি হৌগৎপা ঙম্মরোই। শঙাইথেলদা কবিচন্দ্র, খুম্বোং চন্দ্রবনি, নন্দলালগা লোইনবা মৈতে লাম্মী খরগা থেংনরে। মহারাজগা তানরগা শঙাইথেলদা লানবন শারে। মদু তাবদা ঔব্রাগী তেঙ্গোলসু শঙাইথেল মখাদা লানবন শাররে। অদুগা খারম লবুক ময়াইদা অকনবা লান থেংনরে। ঔব্রাগী লাম্মী ফনা য়াম্না হাৎলে, তেখাউগীসু খরা শিরে। কার্ত্তা মহারাজদি মজাইবুঙো লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিবু ঔব্রাগী মখুত্তগী কন্নীংবগী ব্রাখলদা থৌনা হনবা লৈতে। হান্নদগী থোইনা হেন্না কনখৎলি। কার্ত্তা মহারাজনি খংবদা ঔব্রা লাম্মী ময়াম্না কার্ত্তা হাৎলো হায়দুনা ফুজিল্লকই।

কার্ত্তা : ইকাই খঙদবা ঔব্রা লাম্মীশা! হন্দক্তী নখোয় খরদি নথ্বাই মাঙবা তারেদো চেনগনুকো (হায়রম্মগা থাঙশাংনা শগোল মথক্তা জগোই শাদুনা য়েন্দেম থরাক শোইবগুম ঔব্রা হাৎপা হৌরক্লে। ঔব্রা ময়াম শগোল মথক্তগী

লাউখোংদুনা শি: শিদুনা তারকলি। লাউখোংদুনা চেন্নবসু য়াওরি)।

ঔৱা লুচিংবা : মণিপুর রাজা কার্ত্তানা ঔৱা লান্মী য়াম্না হাৎখ্রে। ঔৱা লান্মীশা কার্ত্তা হাৎনবা তৌশি চেনখিগনু। লানফমদা লান্মীনা মায় ওন্দুনা চেনবা হৌনদে। চেল্লবদি তুংলোমদগী মীনা য়াল্লকপদা ঙাকপিনবা য়াওদনা য়াম্না নুংঙাইনা হাৎখ্রগনি চেনখিনু ঔৱাশা। খাম্রং মনিল নাইবগী মগুণ মাঙহনগনু ওনশিল্লগা য়ান্নৌ! মহারাজ মথন্তনা লান্মী কয়াম হাৎপা ঙমগনি। (তুদুনা লৈবা লান্মী অমনা কার্ত্তা মহারাজগী শগোলগী খুদুংদা থাঙনা য়ানবদা মহারাজগী শগোল মতাং অসিদা শিরে। শগোল খোংই। মহারাজ শগোল মথক্তগী তারকই। তারকপগা লোংনা হুল্লগা লৈমায়দা চপ লেপ্পী। মহারাজদা অমুক য়ানশিল্লকই মহারাজগা ঙহাক থাঙ হায়নৈ অদুগা ঔৱা অদুগী মঙক ককখ্রে)।

কার্ত্তা : ইয়া! পাঙদবা ঔৱা! মরাল লৈজদবা ঐগী নুংশিরবা শগোল করিগী হাৎপিরি। ঐগী শগোল হাৎপগী নঙক তৎলেদো। ফরেদনা শিশিন্নবা ঔৱা মচা হৌজিক্তী নং থাঙ্গৈশেংনা শিরেদনা। চংশিল্লকউ ঔৱা লান্মীশা! নথ্বাই মাঙনিংলবদি কার্ত্তা ঐগী নাক্তা চংলকউ। থুনা যমালয়দা থাবিগে। ঔৱা মীশিং হন্থহনগে।

ঔৱা লান্মী লুচিংবা: ঔৱা লান্মীশা! ঐখোয়গী অকনবা লান্মী অমা কার্ত্তানা হাৎখ্রে। অদুগা তেখাউগী সিপাইনগা য়াম্বনে ঐখোয়গী লান্মী য়াম্না শিরে। লৌবুক অসিদা শিদুনা তারিবসে ঐখোয়গী লান্মীনা অয়াম্বনি। ঐখোয় মখোয়না তান্নবা ফংদনবা চেল্লো। (ঔৱা ময়াম লাউ খোংদুনা চেন্নখ্রে)।

তেখাউ লান্মী লুচিংবনা লাউরকই:- সাবাস! মণিপুর রাজা! জয়সিংহ থাঙ হৈখ্রেদা, থৌনা লৈখ্রেদা, মা মথন্তনা ঔৱা লান্মী ফন য়াম্না হাৎখ্রে। থাঙ পায়ববু নোংথাং কুপ্পগুম ফজে। মশাসি থাঙনা পুময়োম য়োমখ্রে। মা উবদা ঔৱা তেঙ্গোল কায়দুনা চেনখ্রে। মসিমক্তা শামু ফাবা ঙমখিবনি। মাগুম্বা থৌনা ফবা নিংথৌদি অতাঙবনি। (হন্দক্কী কার্ত্তা মহারাজনা লান্দারকপসিদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বদি মচানুপী শমজী মণিবু ঔৱা নিংথৌ তোংদোইদা লুহোংলুরগা হল্লকপদা কার্ত্তানা লান্দরক্লে তাবদা শাউদুনা লানফমদা লাকই)।

খেলেম্বা : (মোইরাং লান্মী ময়াম শিরিবা অদুগা ঔৱাগী লান্মী ময়ামসু খরম লবুক্তা পোইনু ফৌবোন তাবগুম শিদুনা তারিবদু উবদা হায়রকই) ইস! মাঙলেদনা তৌরিবসিদি তোংদোই নিংথৌনা করি হায়নি। অদুগা আদা খুম্বোং চন্দ্রমণিগা নন্দলাল মচিন মনাওসু ঐ তম্না শগোল থৌজিল্লকই। ইম্মাক নিংথৌ কার্ত্তাগা উনদ্রিঙৈদা ঐ খরা থুনা চেলহৌবনা ফরনি (হায়রগা শগোল কন্না থৌখ্রে)

খুম্লোং চন্দ্রমণি : ঙাইখো! ঙাইখো! মোইরাং নিংথৌ লৈবাক পাম্বা! চেনখিনু পাংদবা, উরবরা? নখোয়গী খাম্রং মনিল নাইবা ময়াম লৌবুক্তা তারিবসে নমিৎ থিৎনা য়েংউ, মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাবিনবগীদমক্তা নচানুপীবু ঔৱা নিংথৌদা কৎপা ঙম্বা ইকাইদবা ঙাইখো।

খেলেম্বা : ইয়া! খুম্বোং চন্দ্রমণি! নংগুম্বা মীনাইনসু ঐঙোন্দা নচিল থীবা ঙল্লবা অদু ওইরবদি খেলেম্বা ঐগী ইতিক খঙঙু। নংবু কনানা নথ্বাই কনবিবা ঙম্বগে য়েংউ (হায়রগা মমায় ওনশিল্লক্তুনা থাঙ য়ান্নে)।

নন্দলাল : ও! নং অমসু য়াওশিল্লকঅবা ফৈ! ফৈ! নং অমং য়াইথোঙ কুমহনবা তারেদনা। (মখোয় অনিগা খেলেম্বগা কন্না য়ান্নখ্রে খেলেম্বা থাঙ ফজনা হৈ চন্দ্রমণিগা নন্দলালগনা পাক হেক লাকচবা ঙমদে ঙহাক হাইনরবা

মতুংদা খেলেম্বা ৱারকলে। চন্দ্রমণিনা খেলেম্বগী থবাক্তা থাঙনা থূম্না লেংখ্রে)।

চন্দ্রমণি : কমদৌই মোইরাং নিংথৌ! শিরমদাইদা ঙাংনিংবা ঙাংজবা করিসু কায়দে হায়দুনা ঙাংহনবনি।

খেলেম্বা : নবান্নি চংদুনা ঐ ইথন্তবু হাৎনবা হোৎনরবা।

নন্দলাল : ঐখোয়গী কার্ত্তা মহরাজদি নখোয়গী ঔৱা লান্মী তরাগা মা মথন্তগা থেংনখিদবা নত্তে। শিরিবশিংদো কার্ত্তা মহারাজনা হাৎপনা অয়াম্বনি।

চন্দ্রমণি : অদুদি নন্দলাল মজাইবুঙো অনি লৌথোক্লবা কৈশুমশঙ তান্না চৎলশি (শগোল থৌখিবা)

(খেলেম্বা থরো থরো ওন্দুনা শিহৌরে।)

চন্দ্রমণিগা নন্দলালগা শগোল তোংদুনা লাকপা উবদা কৈশুমশঙদা লৈবা ঔৱা সন্ত্রীশিংনা ঙাংনৈ)

সন্ত্রী ১ : খুম্বোং চন্দ্রমনিগা নন্দলালগা সোমদা লাকই মখোয়না পায়রিবা থাঙ অসি ঈ তৈরে। মী য়াম্না হাৎলবা মাল্লে অদুনদি ঐখোয় চেকশিন্দবা য়াদে।

অতোপ্পা সন্ত্রী অমা : ঐখোয়গী কৈশুমশঙদা লৈরিবা রাজকুমার অনিসি হাৎলশি মখোয় য়ৌরক্ত্রিঙৈদা।

সন্ত্রী ৩ শুবা : চুম্মী। লান অসি ঐখোয়না ঙম্বগী মওং মান্দে রাজকুমার অনিসি হাৎলশি।

লাবণ্যচন্দ্র : ইনাও ইবুঙো মধুচন্দ্র! ঔৱাশিংসে ৱাঙাং অমা তৌই। ইচিন ইনাও খরা চেকশিনশি। (হায়রিঙৈদা সন্ত্রী অনিমক থাঙ পায়রগা চংঙকই)।

ঔৱা সন্ত্রী : রাজকুমার অনিমক! ৱারুরনু থাদোকপিরগে। (হায়রগা থাঙ অদুনা থবাক্তা থিনজিল্লকই)।

লাবণ্যচন্দ্র : ইনাও ইবুঙো তৌরশি (হায়রগা শৎ লৈথোক্তুনা সন্ত্রীগী মখুত্তগী থাঙ মুনখ্রে। মধুচন্দ্রসু ময়াম্বগুম্না লৈথোক্তুনা ঔৱা সন্ত্রীদগী থাঙ মুনখ্রে)

মধুচন্দ্র : নোংশাগী খায়াত্তা চোংশিনলক্লবনিনা য়োৎপা তারেদনা (হায়রগা অনিমক চপ মান্ননা থাঙনা থিন্দুনা হাৎলে)।

লাবণ্যচন্দ্র : ইনাও ইবুঙো! ইয়াম্বগীসু ইথৌ তৌখ্রে। (হায়রগা সন্ত্রী অশিবদু কাচিন্দা চিংশিনখ্রে)। ইনাও নংগীসু ইয়াম্বগী সুম হায়না অশিবদো কাচিন্দা লোৎশিল্লো। (চন্দ্রমনিগা নন্দলালগা লাকপা উবদা) খুরা চন্দ্রমণিগা নন্দলালগা লাকই।

ঔৱা লান্মী খরা : (লাউরকই)ঔৱা লান্মীশা! কৈশুমশঙদা লান্দারক্লে। (ঔৱা লান্মী খরা চেল্ঠোরক্তুনা থাঙ হায়নৈ। কৈশুমশঙদগী লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্রসু থাঙ অমমম পায়দুনা চন্দ্রমণি অমদি নন্দলালগী মতেং পাংলরে। লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিনা ঔৱা লান্মী ৪/৫ হাৎখ্রে।)

চন্দ্রমণি : হায়! হায়! ঔৱা লান্মীশা! নখোয় লোইনমক খুনেক লান্মী ঙাক্তনি। নথ্বাই শিনিংদ্রগা চেলহৌরো নৎত্রবদি ঐখোয়দি রাজকুমার অনিমক লৌথোক্লবা শিবা কিদনা লাকঅবনি। নখোয়গী মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বসু খারম লৌবুক্তা ফৌবোম তাবগুম অরোইবা য়াহিপ তালহৌরবনি।

ঔৱা : হা! ঐখোয়গী মোইরাংনিংথৌ খেলেম্বা শিখ্রবা! মাবু কনানা হাৎপা ঙমগনি থাজদে।

নন্দলাল : ঐখোয়না হাৎখ্রবনি থাজদ্রগা তোকউ।

লাবণ্যচন্দ্র : (মধুচন্দ্র হরাওই) হা! পাবুং! ঐখোয়গী ইবুবোক খেলৈনোংনাং তেলহৈবা শিরবরা? নুঙাইজরেদা অদু ওইরবদি লান লোইরেদনা।

চন্দ্রমণি : মজাইবুঙো অনিমক লেঙশি পাবুং মহারাজ খুরুম্মুরশি।

লাবণ্যচন্দ্র অমদি মধুচন্দ্র : হা!! পাবুং মহারাজ য়ৌরক্লবরা? নুঙাইজরেদা!!

চন্দ্রমণি : নপাবুং মহারাজনা তেখাউ লান্মী লিশিং তরারোম পুথোরক্তুনা হৌজিক শঙাইথেলদা অকনবা লান থেংনহৌরি। ঐব্রা লান্মী অয়াম্বা শিহৌরবনি। নপাবুং মথন্তনসু ফনা য়াম্না হাৎখ্রবনি। পাবুংগী মতেং পাংলুরশি।

লাবণ্যচন্দ্র : নুঙাইজরেদা! অদুবু খুড়া চন্দ্র! ঐখোয় পাবুংদি করিসু থোইদোকপা অশোক অপন য়াওহৌদেকো ঐখোয় পাবুংদো য়াম্না ব্রারম্মনি।

নন্দলাল : নপাবুং মহারাজসিদি ওহ্লোক্লা কনখ্রে। হৌজিক ফাওবা থৌনা হলহৌদ্রি। ঐব্রাগী খাত্রং মনিল নাইবা লান্মী পূন্নমক পাবুং উবদা চেন্নহৌরবনি।

লাবণ্যচন্দ্র : অদুদি চৎলসি চন্দ্রখুড়া (হায়রগা শগোল কন্না থৌরকই)।

মজাইবুঙো অনিগা চন্দ্রমণি অমদি নন্দলাল মখোয় মরিনা লাকপা উবদা কার্ত্তা মহারাজ হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। তেখাউ লান্মী ময়ামগা কার্ত্তা মহরাজগনা তান্ন-তান্না হাৎপদা ঐব্রা লান্মী পূন্নমক কৈনা তান্নরকপা শজি শঙাইগুম কায়দুনা চেন্নরী।

(মখোয় অনিমক মপাবুং মহারাজবু মতম শাংনা কায়নরুরবা তুংদা উজবা ফংবদা খঙহৌদনা মমিত্তগী মপী শিন্থরকখি। থম্মোইদদি হরাওজবগী পেনবা নাইখিদে। অঙাং মচাগুম কন্না কৌরকখি।)

লাবন্যচন্দ্র অমদি মধুচন্দ্র : পাবুং! নচা অনিমকপু পাবুং চন্দ্রমণিগা পাবুং নন্দলালগা মখোয় অনিনা কৈশুশঙদগী লৌথোকপিররে।

কার্ত্তা : ইপাগী ইবুঙো নুংশিবা! ইচা অনিবু ঐগী মরুপ নংগী নখুরা চন্দ্রমনিগা নন্দলালগনা অব্রাফমদগী

লৌথোকপিরক্লে। ইপা পেল্লে। মখোয় অনিগী লম্মন ইপানা তোল্লবনি। নখোয়না অহল অনিদুবু কাউগনু। লাকও ইপা অমুক্তা কোনগে।

লাবন্যচন্দ্র অমদি মধুচন্দ্র অনিমক চেনশিল্লক্তুনা কার্ত্তা মহারাগী খোঙদা কোল্লরে। অনিমক হরাওজবগী ইথক্লা ফুক্কৎলক্তুনা নুংহিক্লনা কপ্লক্লে। অসুম্না লাল্লক্তা মচা অনিগা কার্ত্তা মহারাজগা কায়নরুবগী উনবদা কপমিন্নরী।

কার্ত্তা : ঐগী নুংশিজরবা মরুপ! নন্দলাল অমদি চন্দ্রমণি নখোয় অনিবু ঐনা কাউররোই। উনবা ফংগনি খল্লুদ্রবা ইচা অনিবু নখোয় অনিনা উনবা ফংহনবিরে। ঐ পেল্লে।

চন্দ্রমণি অমদি নন্দলাল : মহারাজ! করিগী অদুম্না তাকপিরি? ঐখোয় অনিমক ননাই ঙাক্তনি।

কার্ত্তা : অদুগা নখোয় অনিনা ঐগী মাম্মা! মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নোংনাং তেলহৈববু হাৎপা ঙম্বসে, ঐ পেল্লে। ঐগী মাম্মদু অচম্বা নিপা নত্তে। শা, লান্দা য়াম্না হৈ শিংবনি, মথৌনা লৈবনি, মপাঙ্গলসু কনবনি। য়াম্না ঊইবনি।

চন্দ্রমনি : ননাই ঐখোয়না ঙকচবদি শ্রীযুৎকী সনা হকচাং অসিনি। অসুক য়াম্না শাংনা, শাংনা চীং লম্বী অসিদা অহিং লেপ্তনা লেঙবিরী। অদুগা লান্দসু ৱারে হায়দুনা নোংমতা পোত্থাবিদে মহারাজনা হাৎখিবা লাম্মী ময়ামসে ওহ্লোক্লা য়াম্মবনি। হৌজিক ফাওবা পাঙ্গল ময়েং তাবা উদে। ঔৱা তেঙ্গোলনা মহারাজবু উবদা কিদুনা চেন্নরে।

কার্ত্তা : হোয়! শ্রীগোবিন্দনা ঙাকপিরী। ঐনবু করি ঙমগবনো? অমদি ইবুঘৌ পাখংবনা থৌজানবিদুনা ইরমদম কঞ্জবা ঙক্ষনবিরে।

## ২৪ শুবা পন্দুপ

# শঙাইথেলদা কোনুং শাবা

অসুম্না ঔৱাগী তেঙ্গোল অচৌববু অমদি মোইরাংগী তেঙ্গোলবু মায়থীবা পীরবদা শিহৌদবা ঔৱাশিংসু মণিপুর থাদোক্তুনা চেন্নখ্রে। অমদি মোইরাং লান্মীশিংসু মখোয়গী নিংথৌ খেলেম্বনা শিখ্রবদা নিংবা কায়রগা হন্নখ্রে।

য়েক্লবা পূম্নমক মায়থীবা পীরবা তুংদা কার্ত্তা মহারাজ শঙাইথেলদা কোনুং শাদুনা মতম খরা পাল্লে। কার্ত্তা মহারাজসি তেখাওদা শামু ফাবা ঙমখিবদগী জয়সিংহ হায়নসু খঙনখ্রে। অদুগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দনা চানবিবদগী লাইবক ফৈ হায়দুনা ভাগ্যচন্দ্র হায়না খঙনখ্রে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শঙাইথেলদা মতম খরা পাল্লগা ঔৱানা অমুক্কা লান্দারক্রুবদা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৮ শজিবু থাদা শঙাইপ্রৌদা অমুক কোনুং হোংলে। ঔৱাগা লান থেংনবা লোইরবদুদা তেখাউ সিপাই পূম্নমক তেখাউদা হলহনখ্রে। মখোয়না হনখিবদা ময়াম্বুং গৌরশ্যাম্না পোক্লম্বী মজাইবেম্মা ফোংদালোকপীবু বীরমণি, বিষ্ণুরাম, লোইতোংবা কৈরুংবা মখোয় অহুমদা শিন্নদুনা তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেবদা থাজনবা থিলহনখি। স্বর্গদেবনা শামু তরুক খুদোল পোৎ ওইনা কার্ত্তাদা পীরকই। তেখাউগী অঙম অথৌশিংনা ফোংদালোকপীবু শজি মিত্তা তাই হায়দুনা কুরঙ্গনয়নী হায়না মিং থোনখি। কুরঙ্গনয়নী নিংথৌ অমগী মহারানী ওইবদা অৱাৎপা লৈতবীনি। থাঙ-তা হৈবীনি। ভাগ্যচন্দ্রগী মচানুপীনি হায়বদা হন্থদবীনি। মহাক্কী লান্দা হৈশিংবদা অসামগী ইতিহাসতা 'কুরঙ্গনয়নী' হায়না শিংথানহনখিবীনি।

লান পাম্বা ঔৱাগী মবুক খঙদবনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ চেকশিন্দবা য়ারমদে। লানগী খুদোংচাগদবা য়েংলগা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৯ দা চজিংদা কোনুং শাদুনা অমুক লৈররে। অদুমক্তদা হাওবম কৈবীরাম কৌবা অমগী খুজিল

থৌরাংদগী ঔৱাদা লৈবা ঘনশ্যাম অমদি মোইরেংজম জুগিন্দ্রো কৌবা অমগা লৌতুনরগা ঔৱাগী মতেং লৌরগা অমুক্কা লান্দারক্লে। হন্দক মৈতৈ মচা মখোয় অহুম্না ঔৱাগী মতেং লৌরগা লান্দারকপসিসু ঔৱাগী লাম্মীনা মশিং য়াম্মনখিবনা অমদি খুলাই ফবা হেনখিবনা ঔৱাগা মায়োক্নবা ঙমদ্রে। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মায়থীরদুনা ময়াং লৈবাক্তা মতম খরা লৈবা তাখি। চহি অমরোম কৈবীরাম্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। অদুদগী ১৭৭০ দা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মনাও ইবুঙো ভবানন্দনা ঔৱাদা অমুক চংজদুনা ঔৱা মখোয়না নিংথৌ ওইহল্লম্বা কৈবীরামদুগী মথক্তা লান্দারক্লে। হন্দক্কী লান অসিদা কৈবীরাম তুসারোক্তা শিরে। কৈবীরাম্না শিরবদা কৈবীরামগী মনাও নিপা কোকিলানন্দবু নিংথৌ হাপ্পীরম্লগা ভবানন্দা ঔৱাদা অমুক লৈখ্রে। কোককিলানন্দনা নিংথৌ ওইরে তাবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ময়াং লৈবাক্তগী থোরক্তুনা শঙাইথেলদা থুংলরে। ভাগ্যচন্দ্রদা খুরুমদুনা নিংথৌ খুভম কৎলে। ভাগ্যচন্দ্রনা অমুক নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। মতাং অসিদা তখেলদা লৈহৌরবী মহারানী অনিমকপু লৌহল্লুরে। ইকুই কুইদনা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বগী মচানিপা মানশেনবনা মপা হাৎখিবগী লম্মন খুম্বীনবা ঔৱা নিংথৌদা কপচরুরে। মসিদা ঔৱা নিংথৌনা নুংশিবীরদুনা ঔৱাগী লাম্মী মশিং য়াম্না অদুগা লোইননা খুৎলাই অফবা য়াম্না পীরক্তুনা লান্দারকলে। লান অসিদসু খুৎলাই ফবা অমদি লাম্মী মশিং য়াম্মনখিবনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ উপায় লৈখিদরে। কাছাড়দা মতম খরা অমুক লৈরে। মোইরাংসু মরমদা হনখ্রে। অদুনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইবিনবা লৈতদুনা নিংথৌ পান্দবা লৈবাক ওইরে। অসুম্না ফম্বাল হাংলবদা ৱাংখৈদগী পুখ্রম্বম বিনোদ্রাম কৌবা অমনা ঐ নিংথৌ ওইজগে ঔৱাদা লোইপোৎ কাজগে হায়রুবদা ঔৱানা বিনোদ্রাম্বু নিংথৌ হাপ্লম্মগা মরৈবাক্তা ঔৱাসু হনখ্রে। বিনোদ্রাম্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকপা চহি অহুম শুরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৫ দা নুমিৎ হুম্নী নোং লেপ্তুনা কন্না চুবদগী অঙকপা ফংনা ঈশিং চাউখি। কা হেন্না ঈশিং চাউমনবদগী তম্পাক্কী মফম অয়াম্বা লোক্তাকুম্না ঈশিংনা লৈরক খুল্লক লোইনা থূমখি। য়ুম কৈ লোইনা থূমখিদুনা লৈফম লৈনদবদগী উথক্তা লৈবা য়াওনখি। ঈশিংদু চিংথোকফম লৈতদুনা লৌফম অয়াম্বা লৌ উবা ফংখিদে। অদুনা মথংগী চহিদা চাক্তাংখি পৈশা লৈরবা ফাওবা চেং ফংদদুনা শিবা য়াওনখি।

বিনোদ্রাম্না নিংথৌ ওইরে তাবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ চীংমী ময়াম খোল্লগা লান্দারকপদা বিনোদ্রাম ময়াং লৈবাক্তা চেনখি।

হন্দক্তী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ঔৱানচিংবা য়েক্লবশিংনা লান্দারকপদা মাংজৌননা খঙবা ঙম্নবা লম্মাংদোং চিংথক্তা কোনুং শাদুনা লৈখ্রে। চীংতম খোন্দুনা অচাল মীরায় খায়দবা অদুদা চীংতমখোম্বা হায়না চীংমীশিংনা মিং থোনখ্রে। চীংতমখোম্বদগী চীংথঙখোম্বা হায়না প্রজা পূম্নমক্না খঙনখ্রে।

## ২৫ শুবা পন্দুপ

# থৈবোং থিবা লাকপা

মৈতৈ লৈবাক্তা ঔব্রানচিংবা য়েক্লবশিংনা লান্দরকপনা তোইমনখিবনা ইংনা লৈবাক মরা তপ্না পানবা ঙমখিদে। লান তৌদনতা লৈবনা চিংথঙখোম্বা মহরাজনা 'কাইনা' চীংদা থৈবোঙ পাম্বী থিবা চৎনবগী তাঞ্জা ফংলমদে। কদোমদগী লান্দারক্কদগে খনবদা মৈশা লাংদনা লৈবা ফংলমদে। চহি তরারোম থৈবোং পাম্বী চাউরাকপা ঙাইবগুম লৈখি। ভগবানগী লীলা অঙকপনি লিশম লোক্তা লৈবী মতম অদুদা ময়াম্না হন্থনা লৌবা য়াইথিবী শাগে জাৎ অমগী লুখ্রাবী হনুবী অমনা মাগী পাম য়াল্লগা ব্রারদুনা ঙহাক পোত্থারিঙৈদা মশক নুংশিখ্রবা মুনা রাশি লৈবা শুস্কৎলবা শক্তম ওইবা নিপামচা অমনা পরপ পরপ চংলকঅগা হায়ররে। ইমা নংগী চয়োমদু খরা পীজৌ ঐ চাক য়াম্না লাম্মে হায়রে। মদুদা লুখ্রাবী অদুনা হায়জে। ইমাগী ইবুঙো নুংশিবা ইমানা থোংবা চাকসে নংবু করম্না পীজগনি। ইমাদি অমাংবা জাৎকী লুখ্রাবীনি। ইমানা শোকপা পোৎ অমতা নংনা চাবা য়াদে। নং জাৎ তারনি। ইমাবু অঙাং অপঙবদা ঐনা থেমদুনা পীজরে হায়দুনা ময়াম চংদুনা ফুবিবদা ইমাবু শিরনি। নংসু মাংঙনি। মদুদা পুক্লিং লুনা নুংশিরবা নিপামচা অদুনা কেথরদুনা হায়রকই। ইমানা ঐবু পীজনিংদদুনা তৌরিনি। ঐবু খজিক্তা পীজৌ হায়রগা লুখ্রাবীদুগী চয়োমদগী নমদুনা চাখ্রে। লুখ্রবী অদু নিপামচা অদুগী মখুৎ অদু উবদা নুংশিমনখ্রদুনা করিমতা হায়বা ঙমখিদ্রে। নুংশিবনা মাবু শুস্কৎখিদুনা মায়থীবা ফংলে। নিপামচাদু উবদা খোঙদগী কোক ফাওবদা নুংশিদবা ঙম্বা মফম অমতা য়াওখিদ্রে। চয়োম অদু মুন্না মুন্না চামিন্নবদা নুঙাইবগী হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। অসুম্না নুংতিগী লুখ্রাবী অদুগা লা লাতোন অমতদা চামিন্নবা অদুদা খুনগী মীনা উনরকপদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা য়াথং পীরকই। অদুদি লুখ্রবী অদু ফারগা পুরকউ। মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না লুখ্রাবীদু ফারগা শ্রীযুৎ সনা মাঙদা পুরকলে। মহারাজনা হায়রকই। ইমা নং চুম্না

খুম্মু। চুম্না খুমদ্রবদি রাজ দণ্ডি ফংবা তারে। নংনা মশক ফজবা নিপামচা অমা চাক হেক হেক পীজদুনা মাংথোকপিরে হায়বদু চুম্বরা ?

লুখ্রাবী : শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাই শেংনা তমজগে। নিপামচা অদুনা নমদুনা চাবিবনি। মাগী মশক্তু উবদা মহারাজগী চৈরাকসু কিখিদ্রে। শ্রীযুৎসু মাবু উরবদি খুত্তা পায়বা থাঙ তাখিবা খঙবিহৌরোই। শুদ্ধাৎনা নুংশিবা শক্তম্নী।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি অঙাং অদু কনাগী মচানো ? করি খুন্দগীনো ?

লুখ্রাবী : শ্রীযুৎ ইবুঙো নিপামচা অদু কনাগী মচানো ? করি খুন্দগীনো ননাই খঙজদে। মাবু উবদা শাউবসু ঙমদে বুদ্ধি লৌশিং লোইনা মাঙখি। হংনিংবা ব্রা পুম্নমক লোইনা কাউখি। তু চুংবা মখৈ নুংশি হায়ফম খঙদে।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি কদোমদগী লাকই চাক চারগা কদোমদা হনখি শেংনা খুম্মু হনুবী।

লুখ্রাবী : মহারাজ! কদোমদগী লাকপনো খঙবা ঙমদে। পাম য়ানবসু য়াম্না হৈ। পাম য়ানমিন্নরগা 'কাইনা' চিঙ্গোন্দা হেক্তা চংখি।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি নংদি মহাকপু কনানো কদায়দগীনো হংদবরা ?

লুখ্রাবী : ননাইনা হংজবদা মানা হায়ববু। ঐগী মরুপ অমা থিবা লাকপনি। অদুবু মাদি নিংথৌ ওইদুনা নুঙাইনা লৈথোকখ্রে। অসুম্না হায়রম্মগা 'কাইনা' চিঙ্গোললোমদা কাখৎখি।

ভাগ্যচন্দ্র : (লুখ্রাবী অদুগী ব্রা তাবদা খঙহৌদনা মিৎলুদা পীনা পীক থল্লদুনা হে! ইমা লাইবক ফবী নংগুম্না লাইবক ফবী হৌজিক্কী মতমদা লৈরম্মরোই। নিপামচা অদুদা পীজনবা চেং চাক খরা পুবিখো ঐসু পাপ কোকপা য়াওজগে।

(রাজদণ্ডি ফংগদরা কিজরমবা য়াইথিবী লুখ্রাবীদো অহাও অথুম চাবা ফঙখ্রে। অদুগা অহাওবা চেং হব্রাই থিন্নবা মহারাজনা য়াথং পীখ্রে।

লুখ্রাবী : (ইঙক ঙক্না) নিপামচা অদু মশক খক্তা নুংশিবা নত্তে। মা লাকপদা নুংশিরবা মনম অমসু নম্মী। মশক্তু উবদা অৱাবা পূম্নমক লোইনা মাঙখি। শুক্মৎপা অমা য়াওবগুম তৌই।

ভাগ্যচন্দ্র : ইমা পুণ্যবতি! ঐ হয়েং লাকচগে অঙাং অদুগা খরা উনহনবীয়ু। অমুক্তা খুরুমজগে ঐসে মাগী মনাই ওইজগে চৎলোকো। নংগী অপাম্বা ঐনা পীগনি, ঐগী ইনাক্তা হেক হেক লাকউ।

লুখ্রাবী হৱাও হৱাও চৎখ্রে। মহারাজ ঙরাং মাগী মমঙদা শ্রীগোবিন্দ লেঙঙক্তুনা তাকপিরম্বা পুম্নমক নিংশিংলক্লে। ‘‘ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নংদি নরৈবাক হঞ্জিন্দুনা নিংথৌ ওইদুনা নুঙাইনা পাল্লে। ঐদি ‘কাইনা’ চিংদা থৈবোং ওইনা হৌদুনা নোংজু নুংশা খাঙদুনা নং লাকপা ঙাইদুনা লৈরি। তাকপিরম্বদো নিংশিংলক্লে। মহারাজ কোনুংদা লৈবা ঙম্মক্তরে। চেল্লক্লে। লুখ্রাবীদু উনরে।

ভাগ্যচন্দ্র : হে! লাইবক ফবী ইমা লুখ্রাবী! নঙোন্দগী চাক মুল্লগা নমদুনা চায় হায়রিবা নিপামচাদো অমুক্তা উনহনবীয়ু।

লুখ্রবী : শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাইনা মাবু হেক্তা উনহনবা ঙমজদে। মানা থোরক্ত্রবদি ঐনা থিরুবা ঙমজরোই। ঐ মাগী লৈফম খঙজদে। মানা থোরক্লীংবা মতমদা থোরকপনি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ঙাইবমখৈ ঙাইরগা খল্লক্লে। ঙসিদি ইবুঙোদো লেঙঙক্লরোই। ঐনা ঙাইরিবসে মাদি উবিরম্মগনি। ঙসিদগী থোরক্কদৌবসু মান্দ্রে। অদুনদি ঐ প্রজা ময়াম পুরগা থৈবোং পাম্বী থিবা ওইনা লাক্লগে। খল্লগা হল্লক্লে।

## ২৬ শুবা পন্দুপ

# থৈবোঙ ফংবা

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ কোনুং য়ৌরক্লে। অঙম অথৌশিং কৌখৎতুনা দরবার ফমদুনা ব্রা তান্নবা য়াবা তান্নরে। অঙম অথৌ অমদি পণ্ডিতশিংগী মত মতুংইন্না লমতাগী নোংমা পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মহারাজনা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগা লোইননা 'কাইনা' চীংদা থৈবোং পান্বী থিবা লেংঙক্লে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা থম্মোই শেংনা মমিত্তা মপি তানা থিজরকপা অদুদা শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পীবিরে। অসুম্না ব্রানা থিজরকপসিদা ইবুঙোনা চানবিরদুনা লিশম লোক্কী চীংমী নিপামচা খরা থেংনহল্লে। নিপামচাশিংদুনা মহারাজদা হঙ্গৎলরে। মহারাজ চীংমায় অসিদগী নিপামচা মশক মতৌ য়াম্না নুংশিবা অমা হেক হেক থোরকই। ঐখোয়না কৌগে তৌবদসু নারকসিদা হেক্তা মাঙখি। ঐখোয়নসু থোইনা মরম লৈতবনিনা কন্না থিজিল্লুদে। অদুগা চীংমায় অসি করি করিগুম্বা মতমদা নুংশিরবা মনম হেক হেক লাকই। মনম অদু লৈগী মনমসু মান্দে। নিপামচাশিং অদুগী মপাউ তাবদা মহারাজ চীংমায় অদুদা সুম য়েংশিনখিবদা মনা পূংলবা ময়ামদগী হেন্না ব্রাং চাউরবা থৈবোং পান্বী অমা উরে। পান্বী অদুদা অষ্ট সখি ময়াম্না শ্রীকৃষ্ণ কোয়শিনবগুম মখোংদগী মতোল ফাওবা উরীশিংনা য়েৎলি। অদুগা ফুগাই ফুগাইনা শাৎলিবা মথ্বাই হরাওজরবা লৈশিংনা ইবুঙোগী থবাক্তা ঙানবা বনমালাগুম হাইনা হুম্না শান্নরী। মদু উরুবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মমঙদা উখিবা কৃষ্ণ অদুগী মূর্ত্তি ওইনা উখরে। খুরুমখ্রে। মশাদা তিংখংনা থিনবগী ঈ থোক্লিবদু নাবা খঙখিদ্রে। শামু ফারমদাইগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী থব্রায় কনবিখিবদু নিংশিংলক্তুনা থৈবোং পান্বী অদুদা কোল্লগা নোং খোংবগুম কপ্লক্লে। ময়াম্না ব্রানা থিবদা ফংলবা থৈবোং পান্বী উবদা পণ্ডিত সিদ্ধান্তনা মহারাজদা হায়জরকই। মহারাজ থৈবোং থেংনজরে য়াম্না নুংঙাইজরে। হৌজিক ঐখোয় অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা য়ান্নবা তৌরশি খন্নরগা কোনুং য়ৌরক্লে।

মতাং অসিদা শ্রীগোবিন্দনা মনাই ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌবু শামু ফাখ্রবা নিংথৌ মশাদি লাক্তনা শামু থারকপদা ৱারৌবা মানবগী মওং অমা উৎলি হায়না পঞ্জনিংই।

মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা অমা লৈরে ডা: যামিনীনা ইবা *শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস* কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি। য়াইফরবা নুমিৎ লমতাগী সংক্রান্তি অয়ুক নুমিৎ তরং তরং হুন্দোরকপা তাঞ্জাদা হৌনবী মতুং ইন্না পূজা কৎলগা পাঙনবম উমাসিংহনা থাঙ থারম্মী। অদুবু অঙকপনি থাঙফম অদুদগী ঈনা অতৎ অখম লৈতনা শিনথরকখি অসুম্না ইরি।

অদুগা বাচস্পতিময়ুম থম্বৌ শর্ম্মানা ইবা *শ্রীগোবিন্দ নির্পণ* কৌবা লাইরিক্তনা শ্রীযুক্ত মহারাজনা শীংজং পায়দুনা ইবুঙোগী থৌগল চংজরে। অহানবা থাঙ-থা অদুদা শীংজং য়াখুন্দগী ইঙাং তাবা উহনখ্রে। অদুগা হাঙমৈ অদু মফম খঙদনা নোংথাং কুপগুম পাইথোকখ্রে। মচেৎ অদু থিবা ফংখিদ্রে হাঙমৈ মচেৎ অদুনা থৈবোং পান্বী অমা অমুক হৌরকপনি ইরি। সরাংথেম বরমণিনা ইবা *মৈতৈ নিংথৌরোল* দদি শীংজং থাবগী ৱা য়াওদে। অসিগী মখাদি চাউরাক্লা মান্নরে হায়বা য়ারে। মহারাজনা থৈবোং থাঙ থাবা থিংখ্রে। মমৈথঙদা খুম্বোং সিদ্ধান্ত অমদি ভাস্করনচিংবা পণ্ডিতশিংনা হায়বগী মতুংইন্না পান্বী মশা শোকহন্দনা ময়াম চংদুনা কোম তৌথোক্লগা ফুকপা লেপ্পখ্রে। অসুম্না ফুক্তুনা তুরবা মতুংদা উজাউদু মতৌ করম্না পুরক্কদগে খন্নখি। খন্নখিবা মফম অদু খন্নরোক হায়না হৌজিক ফাওবা খঙনরি। অসুম্না খন্নরগা উজাউ অদু সন্ত্রোক ফাওদুনা পুরক্লগা ঈরিল তুরেলদা থাদরে। অদুগা ময়াম চংদুনা চিংদুনা সুম পুরকপনা লীলোং য়ৌরমদাইদা উ অসি লূপ্তুনা লৈথোকখ্রে। উ অসি চিংখৎপা ঙম্মখিদ্রে, ঙম্মলক্রবদুদা সনা কোনুং য়ৌনা চেন্নরে। শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা হঙ্গৎলরে। অদুদগী মহারাজনা শামু থারক্তুনা চিংখৎনবা হোৎনরে। তৌইগুম্বসুং শ্রীগোবিন্দনা মহারাজবু ঙাইবগুম ঈশিং মনুংদা লূপ্তুনা লৈখ্রে। লূম্মগে হায়বা অমা য়াওবগুম্না লূমখ্রে। খজিক্তা ফাওবা মচি লেঙবা ঙম্মখিদ্রে উ লূপখিবা মফম অদু হৌজিক ফাওবা উরূপ হায়না খঙনরি। শামুনা চিংবদা ঙমদ্রবদা ৱায়েনবম ওজা হায়রগা খঙনবা ওজা অমনা অহৈবা ব্রাহ্মণনা হৈরুক পানা অমদি লৈশু কত্তুনা ধূপ থাউমৈ থান্দুনা পূজা কচ্চরগা হরি সংকীর্ত্তন

তৌদুনা ঈশৈ শক্লগা চিংখৎচবদদি তুম্মিনা তাউখৎপিরক্তুনা চিংবা ঙমজরে। অসুম্না আরতি তৌখিবা মফম অদু অরাপ্পী কৌদুনা লৈরি। অসুম্না চিং, চিংদুনা পুরকপনা লিলোং য়ৌরবদা লৈশাংথেল হিদেন্দা ময়াম চংদুনা চিংখৎলগা থমখ্রে। মফম অদুবু হৈজিগাং কৈথেল হায়না মণিপুর ইউনিভরসিটিগী ৱাংমদা লৈরি। অচৌবা থৈবোং পাম্বী অদু খোঙনা করিনা শোক্তনবা চেকশিন্না শম্বল খাদুনা মী শঙহন্দুনা উরাং কংবা ফাওবা থমখি।

## ২৭ শুবা পন্দুপ

# শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মণ্ডদা উখিবা শ্রীমূর্ত্তি অদুগা মান্ননা ৱাংখে গোপীরাম পাচহনবদা য়েকহনখি। পাচহনবনা য়েক্লবা শ্রীমূর্ত্তি অদু শাপম লোখোন কৌবা মূর্ত্তি শাবা হৈবা ওজা অমদা অমুক শাহনখি। লোখোনসিংহনা শারিবা মূর্ত্তি অদু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মওং মরিল অমদি অসুক নিনগদবা নিল্লোইদবা মহারাজগী অপাম্বা মওংদা লোখোনসিংহনা শাখি। অদুমক্তদা অহানবা উকক্লা শাবা শ্রীমূর্ত্তি অদু মহারজনা য়েংবদা খরা খজিক মনিং থুংদবগুম তৌবদগী মতোল ইবুঙো অনন্তসাইদা শিন্নদুনা ১৭০১ হিয়াঙ্গে তরানিথোইনি পানবা নুমিৎ অসিদা লাংথবাল কোনুংদগী শগোলবন্দদা লেঙঙকখি। অহানবা উকক্লা শাখিবা অহানবা শ্রীমূর্ত্তিনী হায়দুনা ইবুঙো অসিবু শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দ হায়না খঙনখি। ইবুঙো অসিনা লেঙশিনখিবা মফম অসিবু শগোলবন্দ বিজয় গোবিন্দ হায়না ময়াম্না অদুম খঙনখ্রে। ডা: যামিনীনা ইবা শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাজ কৌবা ঙাইরিক্তা অসুম্না ইরি। শ্রীগোবিন্দবু নিরূপণ তৌবা থৈবোং পাম্বী অদুদগী অতোপ্পা মূর্ত্তি ৬ অমগসু নিরূপণ তৌখি অদুগা থারবদি মূর্ত্তি ৭ ওইবা য়াই।

মূর্ত্তি ৭ অদুদি অসিনী -

১। শগোলবন্দদা লাৎলিবা শ্রীবিজয় গোবিন্দ

২। কোনুংদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দ

৩। নিংথৌখোংদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীগোপীনাথ মচা ইবুঙো কালারাজনা লাৎখি।

৪। নাগামপালদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীনিত্যানন্দ অরাম্বম ওংবী প্রেমাবতীনা লাৎলি।

৫। লৈশাংথেম লৈকাই উরিপোক্তা শ্রীশ্রীমদনমোহণ লাবণ্যচন্দ্রদা পীখি।

৬। লম্মাংদোংদা শ্রীশ্রীঅদ্বৈত মচা ইবেম্ম রত্নমঞ্জুরী অমসুং মপুরোইবা ধর্ম্মেশ্বর শর্ম্মাদা পীখিবা

৭। নবদ্বীপ্তা শ্রীশ্রীঅনুমহাপ্রভু মচাইবেম্মা শিজ লাইওইবীদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পীখিবা হৌজিকসু মহারাজগী শাগেনা সেবা চৎলি।

বিগ্রহ ৭ অসি শারবা মতুংদা শ্রীবংশীবদন অমসুং শ্রীগৌড়রায় প্রভু অনি অসিসু কাইনগী থৈবোং মশা অনি লোংবদগী শারগা নিরূপণ তৌবনি হায়বসু য়াওই। শ্রীশ্রীবংশীবদন প্রভু কলারাজগী মচেম শিজনা খাঙবোক্তা লাৎচখি।

শ্রীশ্রীগৌড়রায় প্রভুনা কৈশামপাৎ কোঞ্জেং লৈকাইদা লাচ্চখ্রে অদুগা কোনশবা ক্ষেত্রি পানেম, আনন্দসিংহ কোনশবা, চক্রপাণী কোনশবা, অনিদ্রাম কোনশাবা, খেলেম্বা কোনশবা, হাওজৌ কোনশবা, শামুরৌ কোনশবা, মখোয় তরেৎ অসিনা রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি শারগা নিরূপণ তৌখি। মূর্ত্তি পুন্নমক শারগা নিরূপণ তৌরবা মতুংদা, চিংথঙখোম্বা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ময়াম্বুং গৌরশ্যাম নিংথৌনা সেবা চৎলম্বা শ্রীশ্রীরাধারমণ অদু ঙাংবম চনু য়াঙম্বী লৈমখুবীদা পীখি। গৌরশ্যামগী মহারানীনা নবদ্বীপ্তা পুশিন্দুনা লাচ্চখি।

খুৎহৈবা ওজা শাপম লোখোন্না শাবা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগী বিগ্রহ উবদা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজদুনা খুরুমজখি। অদুমকপু নিনবা খজিক্তং ব্রাৎপদগী মতোল ইবুঙো মন্ত্রি অনন্তশাইদা পীদুনা শগোলবন্দদা লাৎহনখি হায়না থেংনজে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ হিয়াঙ্গে তরানিথোইনি পানবা ইরাই নুমিত্তা মহেন্দ্র পূংফমদা চংলকপদা জীবন্যাস তৌদুনা কোনুংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরবদা মহরাজনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি মহারাজগী মঙদা উখিবগা চপ মান্ননা য়েকপা ঙম্বগীদমক পেল্লদুনা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাচহনবদা সনা খুজি অমা, লৌপরী ৭ ইরোই অমা, শগোল অমা, নাই ফুঙ্গা অমা মনা ওইনা পীবিখ্রে। অদুগী মথক্তা ব্রাংখৈ লাকপা ফমসু হাপ্পীখি। অয়েকপম লক্সমনবুনা কৈরুংবা, লোইননা সেনাপতিসু হাপ্পিখি। অদুবু খুৎহৈবা শাপম লোখোনবুদি করিগুম্বা মনা অমতা পীখিবগী ব্রারোল থেংনজদে, ঐনা থিজিনবা ব্রাৎপদগী থেংনদবা ওইরমগনি নিংজৈ।

ভাগ্যচন্দ মহারাজ হিন্দু ধর্ম্মগী শ্রীগোবিন্দ খক্তা লাৎলগা তুমিন্না লৈথোক্তে। মণিপুরগী চীং, মান্দা অমদি লৈরক খুল্লক্তা লৈরিবা উমং লাই পুম্নমক্কীসু লাইশঙ শঙলেন শানবা হোৎনরম্মী। ইপা ইপুগী অরিবা চৎনরকপা লাইরেম্বা লাইরেম্বীবুসু য়াম্না থাজনা লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী মায়চৌশিংগা লোইননা লেঙমিন্নদুনা লাইশঙ শঙলেন কত্তুনা ইরাৎ থৌনীজবসু তৌরম্মী। অসিগুম্বা চীংমী, তম্মী পুম্নমক্না য়ানবা চৎপা অসিমক্না চীংথঙখোম্বা কৌবা ওইরম্মী। প্রজাগী অপাম্বা খুদিংমক মনিং থংনবা হোৎনবিবা নিংথৌ ওইরম্মী।

নিংথৌ অসিগী মমিং অহানবদা কার্ত্তা কৌরম্মী। অদুদগী শামু ফারুবদগী স্বর্গদেবনা জয়সিংহ অমুক থোল্লে। অদুদগী মণিপুরদগী তাম্থোক্তুনা নিংথৌ ওইরবদগী অমুক ভাগ্যচন্দ্র হায়না খঙনরে। চীংমী, তম্মী চপ মান্নবা মিৎয়েংদা থমদুনা লৈবাক ঙাকই, হায়বদগী চীংথঙখোম্বা হায়না অমুক খঙনখ্রে মথক্তসু পঞ্জখ্রে। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক্তা লান য়াম্না তোইনা থেংনখি। অদুগা লান্দা য়াম্না হৈশিংবা থৌনা ফবা, থাঙ-তা য়াম্না হৈবা নিংথৌ ওইরম্মী। অদুগা ঈশ্বরগী কৃপাদগী তিনচেন লাইচেন্দবা মছা শেংবা মপাঙ্গলসু ফবা নিপা অমসু ওইরম্মী।

মহারাজ অসিনা পোকপা মজাইবুঙোশিংসু লোইনা থৌনা ফৈ। থাঙ-তা লোইনা ফজনা হৈহল্লি। মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা লান থেংনবদা হঙ্গোইবা লৈতে। মহারাজনসু মরৈবাক কন্নবগী লান থেংনবা খুদিংমক্তা অদুম মতেং পাংহল্লি। নিংথৌ মচা ওইবগী চৎন লোনচৎ শা লান্দা হঙ্গোইহল্লমদে।

মজাইবুঙো অহল নবানন্দবু যুবরাজ ওইহল্লি। কীর্ত্তিচন্দ্রবু ফৈদা হঞ্জবা ওইহল্লি। অদুগা মহারাজবু ঙাকপি শেনবিরকপা ব্রামিন্নরক্লবা মতোল ইবুঙো আনন্ত সাইবু নোংথোনবা লাবণ্যচন্দ্রবু ব্রাংখৈরাকপা অমদি মধুচন্দ্রবু পুখ্রম্বা ওইহল্লি। অসুম্না লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পাল্লকপা চহি ৩ (অহুম) হেল্লক্লবা ফাওবা তখেল অমদি ঔৱানা লান্দারক্ত্রবদা মহারাজনা সনাকোনুং মফম লম্মাংদোংদগী কাঞ্চিপুরদা হোংনবা খল্লকই।

খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ শজিবুগী তরাহুমদোইনি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তা কাঞ্চিপুরদা মহারাজগী শঙ্গাইরেনগী যাত্রা হুল্লে। অদুগা লোইননা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মন্দির

মাণ্ডপ অমদি লাইনিংথৌ সনামহীগী লাইশঙ শঙলেন অদুগা ইবুধৌ পাখঙবগী লাইশঙ শঙলেনসু যাত্রা হনখি। কোনুং অমগী হৌনবী ব্রাৎতনবা দরবার লোইশঙ অমদি অকন অথৌশিংগী লোইশঙ অমদি লৈননবা য়ুম্নচিংবা লোইনা শুনা শাহল্লে। পুম্নমক শাবা লোইরদুনা কালেন তৃতীয়া লৈবাকপোকপা নুমিত্তা পণ্ডিতশিংগী পাউতাক মতুংইন্না লম্মাংদোং কোনুংদগী কাঞ্চিপুর কোনুংদা হোংজিল্লে।

## ২৮ শুবা পন্দুপ

# কাঞ্চিপুর কোনুংদা জগোই রাস কৎপা

কাঞ্চিপুর কোনুংদা হেক হোংজিনবগা মমাংঙৈ তেখাউদা শ্রীগোবিন্দনা মণ্ডা তাকপিখিবা জগোই রাস অদু পাংথোক্লবা অঙম অথৌশিংগা খন্নবা হৌরে। অমুক্তা তৌখিদ্রিবা থবক্কীনা জগোই রাস হৈবা তাকপি তম্বীন্নবা ওজা লৈরমদে। অসি পূম্নমক পুথোক্লবা খনবা মহারাজগী থবক ওইরম্মী। মীমাংদা পুথোক্কদবা থবক্কীনা অরায়বা থবক নত্তে। ঈশৈ ময়েক্লা করম্না পুথোক্কনি। করম্না সুর পান্দুনা শক্কনি। অদুগা জগোইনা করম্না শাগনি। ফিজেৎনা করম্বা মওংদা শেৎহনগনি। ভারতকী অতৈদা শেৎনরিবা অসিদগী হেন্না ফজনবা খল্লি। অদুগী মথক্তা করম্বা মতাংগী ৱারীদা রাস লীলা শান্নগদগে খনবা অরায়বা থবক নত্তে। মসিপুম্বা ফজনবা খনবা মহারাজগী দায়িত্ব ওইরম্মী। জগোই শাবদা লৈশাবীশিংনা শাগদবনিনা অয়েংবা ভাবোকশিংনা ইথক ইরাং লাকপা য়াই খনবদগী জগোইগী মওং মিয়েং নায়েংনচিংবা লমহেনবা য়াদনবা নীতি নিয়ম ফজনা পুথোকপিরম্মী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পুথোকপিরল্লিবা শ্রীগোবিন্দ (কৃষ্ণ) গী নটবর বেষ অসি ভারতকী অতৈ মফমদা থোল্লিবা অসিগা মান্নদনবা তোপ তোপ্পা মগুণ য়াওবা অমা পুথোকপিরম্মী। কোক্তা হাপ্লীবা কজেংলৈ লুতুংদা য়াল্লিবা শম্লাং চেনা য়াৎলিবা মওং অমসুং ৱাহোং মতুনা শেম্বা চূড়া নাক য়েত্তা য়াল্লিবা খাওন অসিনচিংবা অতৈ ষ্টেটশিংদা থোল্লিবা নটবর বেষকা ইমান মান্নহন্দে। অদুগা গোপীশিংনা শেৎলিবা পোৎলোই পোম্বাল অমদি থবাকয়েৎ কোকখুম ফি অসিসু য়াম্না কান্নবা মরম লৈ। পোৎলোই অসিনা নীংগী শরুক অমদি ফৈগল খুবোমগী শরুক উদনবা ফজরবা মওং অমনি। অদুগা মপুং ফারবা লৈশাবী অমনা জগোই শাবা মতমদা খুৎ শা থাঙ্গত্তুনা হাই হুম্বা লৈরকপদা হকচাংগী ফিভম কায়দনবা ফজরবা নিয়ম অমনি।

জগোই রাস য়েংবা চৎশি হায়নদে। জগোই রাস খুরুম্বা চৎলুশি হায়নৈ। জগোই রাস খুরুম্বা লেঙঙকলিবা ভাবোকশিংনা নহা পাখংশিংদা ইরাংগী ৱাখল লাক্তনবা, ঈশ্বর নিংবা কাউদনবা চেকশিল্লবা নিয়ম অমা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা থম্বীরম্মী। মণিপুরগী হৈশিংবা মগুণনি হায়বা য়াই। শ্রীকৃষ্ণগী পোক্লফম ওইবা মথুরাদা জগোই রাসকী মগুণ হাপ্পা অসুম্না ঙমদে খল্লি। মসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী খুদোল পোৎনি। বৃন্দাবনগী ব্রজগোপী ৪ শারিবীশিংগী মিৎ চোইদনবা কোক খুমফিনা কুপশিল্লি। অদুগা মিচি অদুনা জগোই শারিবা খুৎকী খুদোলদা য়েংহল্লি। ভাবোক্তা মিৎ চোইহন্দে। জগোইদা পুক্লিং লূপহল্লি। জগোইগী মগুণ ৱাংহল্লি। ভাবোকশিংবু বৃন্দাবনগী অষ্টসখি সখি নিপাল অদুমক ওইনা খলহল্লি। ফাগী জুগাই তৌগদবা হঙ্গোইহল্লি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদি থাঙ-তা হৈবনিনা জগোইগী শাথেক চোংবা ফনবা, ফজবা মওংসু হাপচিনবরা খল্লি।

অমরোমদা হায়রগা কার্ত্তা মহারাজসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা লৈবা নিংথৌনি। অদুমক্লা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র হায়না খঙনখি। মহাকসি দ্বাপুরদা হায়রগা কৃষ্ণনা চানবীবা অর্জুনগুম্বনি। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ পূং ফজনা য়ৈবা ঙম্মী জগোই ফজনা শাবা ঙম্মী। লান্দা হৈশিংবা খক্ত নত্তে। জগোই রাস অসি অসুক্কী মতিক চেকশিন্না হোৎনজে। কৃষ্ণ অমদি থৌরাণী (রাধা) শাগদবা অঙাং অনিমক নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী ঙা ফাওবা পীজরমদে। মদুনা অঙাংশিং অদুগী স্বর হোনবদা অমদি হকচাংদা ঙাগী মনম নমহন্দে। জগোই শাবদা মখুৎ মশাদা ঙা থোংবা চাবগী মনম চেলহন্দ্রে। অদুগা গুরু-শিষ্য অনিগী মরক্তা গুরুনা শিষ্যবু করম্না নুংশিবিগদগে। অদুগা শিষ্যনা গুরুবু করম্না নুংশিজগদগে অনিমক্কী চৎনগদবা ব্যবহার ফজনা শেমদুনা থনম্মী। রাধা, কৃষ্ণ শাগদবা অঙাংশিং অদু মকোক মরু শেংনা তূমথোক্তুনা শেংনা ইরূজথোকহল্লগা কৃষ্ণগী ফিজেৎ (বেস) অমদি পোলোই শেৎপিগদৌরিবা ওঝা অদুদা পানা তাঙ্গা অমগা ঙমজবা দক্ষিণাগা লোইননা খুরুমহল্লি। অদুগা ফি শেৎপিগদবা ওঝা অদুসু শেংনা ইরুজথোক্কদবনি হায়না নিয়ম থনম্মী। ফিজেৎ লৈতেং লোইরগা ৱাই তৈথোক্লগা মঙ্গল ওইনবা ঘট চফু লিংদুনা হৈরুক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, তুলসী মনা, লৈ, ধূপ থাউমৈ নিংথিনা কৎলগা শ্রীগোবিন্দদা খুরুমজরগা মঙ্গল নিজে। মদুগী মরমদা খঙবা ব্রাহ্মণবু পূজা

তৌহল্লি। ব্রাহ্মণ অদুনা পূজা কৎলগা শান্তি হাইদোকপিদুনা আশীর্ব্বাদ পীবিরগা সঙ্কল্প তৌদুনা অফবা পুংফম য়েংদুনা যাত্রা তৌহল্লি। ভগবান শ্রীশ্রীগোবিন্দবু অসুক্কী মতিক থাজনা নিংহল্লি।

লেপ্পা লৈতবা মতমগী খোংচৎনা ঙাইবিয়ু য়াদবনিনা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী মজা ইবেম্মা লক্ষীপ্রিয়া চহি ৮ শুরক্লে। লক্ষীপ্রিয়া নিংথৌগী মজা ইবেম্মা ওইরবসু লমকেৎ লমহাইবা হৈনজদে। মশাদা নাপল শরুক করিগুম্বা অমতা লৈজদে। মাগী চমজবা অদুনা থোইনা হেন্না মগুণ ৱাংখি। মীচমগুম্না ফিশা লোনশা ফজনা হৈরম্মী। পূম্নমক অসিগী মথক্তা মপাবুং মহারাজনা পামজবা কলা বিদ্যা, জগোই ইশৈসু নিংথিনা হৈরম্মী। মজাইবেম্মা অসি তীংদা য়াঙ্দা য়েংবদা, হায়নিংঙাই লৈতনা ফজে, কুচু কুমেন্দা ঙৌনা রাশি লৈবীনি। ভাগ্যাচন্দ্র মহারাজগী মজাইবেম্মনি হায়বদা মতিক চাবী অৱাৎ অপা লৈতনা ফজবী ওইরম্মী। কোনুং হোংলকপা চহিদুগী হিয়াঙ্গৈগী ১১নি পানবা ইরাই নুমিৎ অসিদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌনবা শেম শাবদা কাঞ্চিপুর অসি অনিশুবা বৃন্দাবনগুম নিংথিখ্রে। শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবদা মজাইবেম্মা লক্ষীপ্রিয়ানা থৌরাণী (রাধা) শাহন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী বিগ্রহগী ওইথংবদা থৌগল ফংহনখি। মসিদা ফজমনখ্রদুনা গোবিন্দ খুরুম্বা লেংঙকইবা অহল-লমন লৈশাবী পাখং পুম্নমক্লা মজাইবেম্মসিবুসু খুরুম্নখ্রে। মীয়ামদা নত্তনা ভাগ্যাচন্দ্র মহারাজ ফাওবা হৱাওজবগা লোয়ননা প্রেম পোক্তুনা মিত্তা মপি তানা খুরুমখি।

জগোই রাস হৌরমদাইদা ভগবানগী প্রার্থনা ওইনা নিপা পালানা হরি সংকীর্ত্তন হান্না তৌই। সংকীর্ত্তন অসিগী পূং মহারাজ মশামক্লা থোল্লি। মহারাজ পূং য়ৈবা ফজনা হৈ চোলোম্নচিংবসু ফজনা ঙম্মী। অদুগা মতোল ইবুঙো ঙৌৱাম সাইনা ঈশৈ হল্লি। ধরসাইনা দূহার চৎলি। মণিপুরগী ওইনা ইহান হানবা জগোই রাস অসিদা মজাইবেম্মা লক্ষীপ্রিয়ানা রাধা শাই। অদুগা কৃষ্ণ কনানা শাই হায়বদি তশেংনা পন্দে। অদুবু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা জগোই রাস কৎলমদাইদা ইবেম্মা রাধিকাগী মূর্ত্তিগী অঙ্গরাগ কংদবদগী মজাইবেম্মা বিম্বাবতী (লক্ষীপ্রিয়া) না মহুৎ শিন্দুনা রাস কৎপনি অসুম্না হায়। অদুনদি শ্রীকৃষ্ণ শারিবা অসি শাপম লোখোন্না শাবা মন্দির মনুংদা সেবা চৎনরিবা বিগ্রহ অসিনা ওইবা তাই। অদুগা *শ্রীশ্রীঅনুপ্রভুগী আখড়া শেমগৎপা লাকপা* কৌবা

লাইরিক শ্রীশ্রীঅনুপ্রভু সেবা তেংবাং মরুপনা ইবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ ১১ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌখি। মজাইবেম্মা বিম্বাবতীনা রাসেশ্বরী শাদুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌখি। হরিমতীনা মকোক চিংখি হায়না ইরিবনিনা কৃষ্ণ শাবা অসি মী অমনা শাবা ওইরম্মোই। মসিগী মতিক চাবা প্রমাণ ৱারীগী মতুংইন্নসু য়াওরকখিগনি। মজাইবেম্মা লক্ষীপ্রিয়ানা রাধা শাদুনা জগোই রাস কৎখ্রিবসিগী মমিং ভঙ্গী অচৌবা হায়না খঙনৈ। একাদশীদগী শান্নবা হৌবদুনা পূর্ণিমা ফাওবা নুমিৎ ৫নি লেপ্তুনা শান্নে। রাধাগী মমিংগুম্না ফজখ্রে হায়বদগী বিম্বাবতী হায়না খঙনখ্রে। বিম্বাবতী হায়না খংনবগা লোয়না লোয়ননা ইবেম্মসিগী ৱাখলসু মী খ্বাইনা খন্নদবা ৱাখল অমা খল্লক্লে। ইবেম্মা বিম্বাবতীসি শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ অদুবু মপুরোইবা ওইনা খন্দুনা নুমিৎ চুপ্পা সেবা তৌদুনা লৈজনিংবী ওইরক্লে।

## ২৯ শুবা পন্দুপ

# লক্ষিপ্রিয়া শিজ লাইওইবী কৌখিবা

মজাইবেম্মা বিম্বাবতী শ্রীগোবিন্দ সেবাদা হায়নিংঙাই লৈতনা থৱাই য়াওবা হেনগৎলক্লে। অষ্টকাল মতম নিপালমক্কী সেবাগী লৈ থিবদা কনাগুম্বা অমগী হায়নবা লৈতনা মশানা থৱাই য়াওনা হোৎনরক্লে। মহাক মশামক্লা তুলসীমনা হেকচদুনা তুলসীমনা পরেং লেংজৈ। শ্রীগোবিন্দগী অঙ্গদা তৈনবা রক্ত চন্দন, চু ৱা চন্দন তকচদুনা সেবা চংজৈ। মশামক্লা শ্রীগোবিন্দগী শৃঙ্গার সেবা চংজৈ। ঙহাক হাঙবা মতমদা মমান্নবীশিংনা শান্নরিবা অদুদা য়াওখিদ্রে। রাধা কৃষ্ণগী ৱারী লাইরিক অহল-লম্মনশিংদা হংনবা হোৎনজৈ। অদুগা অঙাং ওইরীবী মহাক্লা শ্রীমদ্ভাগবতকী লাইরিক পানিংবা অমসুং নরোত্তোম ঠাকুরনা শক্লম্বা ঈশৈ প্রার্থনাশিং ফানবা হোৎনজৈ। অদুগা থম্মোই শেংনা মমিত্তা পি তানা থৱাই য়াওনা শকচৈ অসিগুম্বা ইবেম্মসিগী মওং মতৌ উরগা মাগী মমিং শিজ লাইনিংবী হায়না অমুক খঙনখ্রে।

মতম্নদি অসুম অসুম হৌজিনখিবদগী ইবেম্মসি লৈশাবী মপুং ফারক্লে। সংসারগী চৎনবী মতুংইন্না থাজ-য়োঞ্জবা য়ারক্লে। মমা শিজ চিঙাখম চনু দেবহুতীনা মপাবুং মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না থাজ-য়োঞ্জনবা ৱা হংবা হৌরক্লে। মতাং অসিদা মজাইবেম্মা শিজ বিম্বাবতীদি জগৎনা খুম্নদবা ৱা অমা খুমদোরক্লে। ইমা ইবেম্মা নচাদি পাবুং মহারাজনা রাসেশ্বরী শাহনখিবা নুমিৎ অদুদগী শ্রীগোবিন্দগী সেবা মনাই নুপী ওইজখ্রে। অদুনা নচাদি কনাগুম্বা অমগী সেবা তৌবা ঙমজররোই। অসিগুম্বা অঙকপা ৱাহে অসি তাবদা মমা শিজসু মহারাজসু পুমঙক ঙকখ্রে। অকিবা ৱাফম অমা ওইখ্রে। মচাবু ময়ুম পান্নবা থেম্নবদা নিংথৌ মহারানী অনিমক অৱাবগী ঈপাক্তা তাখ্রে। ৱাখল লায়না লৈরবরা খন্নরে। লৈবাক্কী অমাইবা অমাইবী কৌখত্তুনা লায়েংবা হৌরক্লে। ঈরাৎ পূজা

কয়া কয়াসু তৌদুনা য়েংলে। কান্নবা লৈত্রে। অদুদগী পণ্ডিতশিংগী পাউতাক মতুংইন্না লাইফম কয়া, তীর্থ কয়া চত্তুনা য়েংজরে। নূংদা ঈশিং চায়বগুম থোক্লে। নুমিৎ চুপ্পা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌদুনা লৈজনিংবা, মন্দিরদগী সুংচৎ চখোকনিংদবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। শ্রীকৃষ্ণবু মাগী মপুরোইবা ওইজরবনি খন্দুনা লৈখ্রে। অঙাওবী হায়বদু ওইখ্রে। মন্দির মনুংদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী বিগ্রহ অদুগী ওইদা শ্রীরাধিকানা লৈরিবদু উরগা মহাকসু শ্রীকৃষ্ণগী ওইদা থৌগল তৌদুনা লৈজনিংলে। খলহৈদবা ৱাখল খল্লে। মাগীসু কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা পাল্লক্লে। মতাং অসিদা অতোপ্পা ষ্টেটকী ৱারী অমা নীংশিংলক্লে। মমাংঙৈ খৃষ্টগী খরা ঙনবা শতাব্দীদা দাক্ষিণাত্যগী কৃতমালা কৌবা তুরেল অমগী অরাবার শাগৈগী ইমুংদা অঞ্জাল কৌবী নুপী মচা অমসু কৃষ্ণগী অবতার রঙ্গনাথপু মপুরোইবনি খন্না নিংজখি। ইবেম্মগী ভক্তিদা রঙ্গনাথ প্রভুনা চানবিরদুনা জাগ্রত ওইবিখি। মমা মপানসু মচানুপী অঞ্জালবু ভগবান রঙ্গানাথদা বিবাহ তৌবিখিদুনা মচানুপীদুগী নিংজবা থুংহনখি। অসুম্না অঞ্জালগী পুন্সি লোইখি। অদুগা মহাক্কী মমাংদা রাজস্থানগী যোধপুরদা পোকখিবী রাঠোর নিংঙোল মীরাবাইসু অমনি। মীরাবাই তরা তরুক শুবা শতাব্দীদা পোকখিবী রাণা রতনসিংহগী মচানুপীনি। মহাকসু অঙাং ওইরিঙৈদগী গিরিধর গোপালগী মূর্ত্তি লাত্তুনা লাকখিবীনি। মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না লৈশাবী মপুং ফারক্লবা অদু ফাওবদা ঐগীদি গিরিধারী গোপালনা ঐগী অশেংবা ইপুরোইবনি হায়না লৈখ্রে। মাবু পোকপী মমা মপানা সংসারগী চৎনবী মতুংইন্না রাণা কুম্ভ কৌবা নিপা অমদা নমদুনা বিবাহ তৌবিখি। অদুবু মীরানা নিংজবা অদুদি হোংহনবা ঙমখিদে। নোংমা মাগী মপুরোইবা রাণাকুম্ভদা মী অমনা তম্লরে। মীরা হায়বী নংগী লোয়নবীসে অয়াম্বা অহিংদা মাগী কা মনুংদা কনাগুম্বা নিপা অমগা ৱারী শানবা অমদি ঈশৈ শকমিন্নবা ঐখোয়না তারে। নংনা তূমিন্না অমুক্তং য়েংঙউ। পাউ অসি তাবদা রাণাকুম্ভ ইকাইরে। অদুদগী শাউরদুনা মখুত্তা থাঙশাং পায়রদুনা মীরাগী থোঙজিন্দা লেপ্পুনা তাররে। কুম্ভ লাকপা তাবদা ৱারী শান্নরম্বা লেপখরে। শাউরবা কুম্ভনা চিংনরদুনা থোঙ কাওখাইদুনা চঙলকপদা বাঁশী পায়বা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি অদুগী মমাংদা মীরানা মখুৎ জুর তৌদুনা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরম্লে। মদু উবদা রাণাগী অশাউবদু জয় তৌখ্রে মমৈদদি মীরাগী মত্তুবা ভক্তি অদুনা রাণাকুম্ভবুসু গিরিধারী গোপালগী ভক্ত ওইহনখ্রে। মীরানা কৃষ্ণ নিংজবগী ঈশৈবু মীরা ভজন হায়না জগৎনা খঙনরী। অসিগুম্বা

থৌদোক অমা মণিপুরদসু কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচানুপীদা থোকখ্রে। মজাইবেম্মা লক্ষীপ্রিয়া মতম চুপ্পা কৃষ্ণতগা ব্বারী শানদুনা ঈশৈ শকমিন্নদুনা লৈখ্রে। অহিংদা মাগী কাদা মথন্তা ব্বারী শান্নবা ঈশৈ শকমিন্নবসি অঙম অথৌশিংনা তানরক্তুনা তুমিন তুমিন ঙাংনবদা মহারাজগী নাকোং য়ৌরক্লে। ইকাইবা য়াবা ব্বাফমসিদা মহারাজ তূমিন্না লৈথোকপা ঙম্মক্তরে। অশাউবনা লাকহত্তুনা খুত্তা থাঙ পায়রদুনা মচা ইবেম্মগী থোঙ নমখায়দুনা লেঙশিল্লক্লে। মচা ইবেম্মগী কাদা কনাগুম্বা অমতং লৈরম্লবদি 'অহকপা চৈরাক' অঙাং ওলহল্লগে চপ য়ুংনা খল্লে। অদুবু শাউদুনা লেংশিল্লকপদা কনাসু লৈরমদ্রে। মজাইবেম্মনা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি অমদা চরণ কোল্লগা ঈশৈ শক্লদুনা লৈরম্মে। মজাইবেম্মনা শকখিবা ঈশৈ অমাঃ

ঈশৈ -

হে! দয়ানিধি থম্বাল থক্তা লেঙশিল্লিবা
শ্রীচরন্দা ননাইনা খুরুমজরি ইকোক শোক্লা
নখোং থম্বালনা থোৎনা নৌনা ফজরিবা
ফজবগী চাংদম্লীংঙাই লৈতনা নিংথিরিবা
হে! দয়ানিধি থম্বাল থক্তা লেংশিল্লিবা
পামজৈদকো নংগী সেবা ফংজবা
নংগী নাকোংনা তাদবসু লৈত্রবা
নংগী নখুৎনা লাম্বা ফংদবসু লৈত্রবা
হে দয়ানিধি! থম্বাল থক্তা লেংশিল্লিবা।

মীরানা পামজখিবা গিরিধারী গোপাল
নংনা মীরানা নিংজবা থুংহনবিখিবা
করিগী ঙাওহনবিরি ঐবু মীরাগুম্না
হেঃ গোপাল ঐগীসু নিংবসি থুংহনবিয়ু
হে! দয়ানিধি থম্বাল থক্তা লেংশিল্লিবা।

অমুবা কুচুদা ফজবদি নংতনি
জগৎপূম্বনা ঙৌরগা ফজবা ওইনরি
অঙকপনি নংগী মায়া সংসারসে
হে! দয়ানিধি থম্বাল থক্তা লেংশিল্লিবা।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মী হাৎলগে খল্লগা থাঙ পায়দুনা চংলকপনি। অদুবু মখুত্তগী থাঙ থাদখ্রে। ঈশৈ তারগা ভগবান খুরুমদুনা লৈখ্রে। ময়ুম পাল্লু য়াদ্রবা, মচানুপীগী মতৌ উবদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মঙালসু ফংলবরা খল্লক্লে।

নোংমনা মন্দির মনুংদা সেবা চৎনরিবা শ্রীগোবিন্দ চূড়া য়াওরমদ্রে। অঙকপা থৌদৌ অদুদা ময়াম চংদুনা থিনবদা মজাইবেম্মগী লুখুমদা লৈরম্লে। মসিদা পূজারী ব্রাহ্মণশিংসু পূমঙক ঙক্লখ্রে। অদুদগী ইবেম্মসিগী মমিং শিজ লাইওংবী হায়না কৌনখ্রে। শিজ লাইওংবীদগী শিজ লাইওইবী হায়না খঙনখ্রে। অসুম্না ইবেম্মসিগী মমিং অসি থৌদোক খুদিংগী মিং অমমম থোনবিবনি।

## ৩০ শুবা পন্দুপ

# গোবিন্দ সেবাগী লোইশঙ শেমগৎপা

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা কায়দনবগীদমক লোইশঙ (ওফিস) মখল কয়ামরুম শেমগৎলম্মী। অহানবদা লৈবাক অসি পানা মরি থোক্লা খায়দোক্লম্মী। অহানবদা লাইফম পানা, অনিশুবা খাবম পানা, অহুমশুবা অহল্লুপ পানা, মরিশুবা নহারুপ পানা। পানা মরি অসিদগী মীনা নুমিৎ তরানি তরানি পালি পু-নদুনা লোয়শঙ কাহল্লি। পালি পু-নবদা শোইদনবগীদমক নুমিৎ মাপন্নি শুবা নুমিত্তা ময়াম পুন্না ফমিন্নদুনা মথঙগী পালি কনানা পুগদগে খঙদোকহল্লম্মী। অদুগা লোয়খিবনা কনানো ? পুদ্রিবনা কনানো ? ময়েক শেংনা শেংনা নীংশিংনহল্লি। গোবিন্দ সেবাদা কায়দনবা চেকশিন্না হোৎনজৈ। পানাশিং অসিগী কোকয়েৎ মচু মান্নহন্দে। মখোয়বু ফিরাংজি ফিদা ফমহল্লি। লাইফম পানা অমসুং অহল্লুপ পানাগী ফম্নাইবশিংদা কোকয়েৎ অঙাংবা পী। খাবম অমসুং নহারূপ পানাগী ফম্নাইবশিংদা নাপু মচুগী কোকয়েৎ পী। থৌরমশিং অসি শোয়দনবগী য়েংশিনবা মী তরেৎ খুন্দিল হায়বা অমসু থম্মী।

মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী লমদা শ্রীগোবিন্দগী সেবাগী নট সংকীর্ত্তনগী চাউরবা থৌদাং অমা থম্মী। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পালা লোয়শঙ নিংথিনা শেমগৎলি। শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা পর্ব্বদিন্দা পাংথোকপা, জগোই রাস অমসুং অতৈ অতৈ থৌরম কয়াদা পালা লোয়শঙগী থৌদা চাউনা লৈ। লোয়শঙ কাবা পালাশিংসু বঙ্গদেশ পালা নত্রগা অরিবা পালা অমসুং নট সংকীর্ত্তন পালা অনিসিনী।

মৈদিঙু ক্যাম্বগী সনাহাকতক্তা পোং নিংথৌ খেকখোম্বনা শ্রীবিষ্ণুগী মূর্ত্তি অমা ক্যাম্বা নিংথৌদা খুদোল পোৎ ওইনা পীরকপদগী নিংথৌনা মন্দির শাদুনা লাৎপা হৌখি। শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনাম থীদুনা পূজা কৎপা হৌখি। বিষ্ণু সহস্রনাম

ফজনা থীবা হৈবা থিরকপদা লাইরিকয়েংবম লৈকাইদা লৈবা শ্রীফুরাইলাৎপম সুভিনারায়ণ শর্ম্মবু অহানবা ওইনা সেবা তৌহনখি। লমদম অসিদা শ্রীবিষ্ণু ইহান হান্না লাৎপা হৌখি হায়দুনা বিষ্ণুপুর হায়না খঙনখি। ৱাফম অসিনা খঙহল্লি পোং নিংথৌ খেকখোম্বগা ক্যাম্বগা নুংশিনদুনা বিষ্ণুগী মূর্ত্তি পীনরিবসি খৃষ্টাব্দ ১৪৭০ দা পীনবগী ৱারী *মৈতৈ নিংথৌরোল* হায়বা শ্রীসরাংথেম বরমণি সিংহনা ইবা লাইরিক্তা থেংনরি। অদুনদি মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপা হৌখিবসি ১৪৭০ অদুৱাইদগী ওইবা য়াই।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ স্না হাক্তক্তা লোইশঙ মখল কয়াসু শেমগৎলম্মী। পূজারী লোইশঙ হায়বা অমসু শেম্লম্মী। হায়রিবা লোইশঙ অসিনা পুগদবা থৌদাং শ্রীগোবিন্দগী লুক হৌবা অষ্টকাল মতম নিপালগী আরতি কৎপা, অয়ুক অঙনবদগী মঙ্গলারতি কৎপা, শৃঙ্গার সেবা তৌবা অসিনচিংবনি। মথংদা দুহোন লোয়শঙ। দুহোন লোয়শঙ হায়বসিনা শ্রীগোবিন্দগী উৎসব মেলা থোকপদা চংগদবা ঈশিং পূম্নমক ৱাত্তনবা পীবা, অদুগা লোয়ননা ইন্সাং শেম্বা, হৈরুক পানা শেম্বা, থাল আরতিদা কৎনবা হোৎনবা, চামর থৌগল তৌবা, বর্ত্তি মৈ চুখৎপা, লৈ লেংবা অসিনচিংবা অরাংফমগী থবক তৌহল্লি। অসিগুম্বা থবক অসি ঙাংবম, য়ুম্নাম, ক্ষেত্রিময়ুম, কোইজম, চোংথাম, লৌরেম্বম, ৱাহেংবম, থোকচোম অমদি য়ুরেম্বমনচিংবা য়ুম্নাকশিং অসিনা তৌবা য়াই।

**কৈরুংবা লোইশঙ :**

কৈরুংবগী থবক্তি পুকৈ পূম্নমক পান্নবনি। কৈরুংবনা কামদারগী থবকসু পুই। লোইশঙ অসিনা অমুক শেলুং লোইশঙদগী শেল লৌরগা শ্রীগোবিন্দগী লুক হৌনবা চেং হৱাইনচিংবা চঙগদবা পোৎলম পূম্নমক লৈনবা হোৎনৈ। মখোয় অসিনা লুক হৌনবগী শীং খায়বা অমসুং কোল্লিক ফেংবা চাম্বগী থবকসু তৌই।

চাইরেলনা চফু শারগা হুলহল্লি। শুগ্নুনা মৈ হৌনবা উচান হুলহল্লি।

ফিরিবী লোইশঙ হায়বা অমসু লৈ। ফিরিবী লোইশঙনা পোৎলোই তূবা, শেম্বা লোইননা লাইগী ফিরোল শুবা চাম্বা, পূম্নমক লোইনা তৌই। লোইশঙ

অসি নুপীশিংগী ওইনা লৈ। মোইবুং লোইশঙসু লৈ লোইশঙ অসিনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকালগী সেবাদা অমদি সংকীর্ত্তন্নচিংবদা খোংহল্লি।

## কিত্না লোইশঙ :

কিত্না লোইশঙনা বর্ত্তি তাবা, বর্ত্তি ঘি লূপ্পা, কাংসি য়েবা লাইপোৎ ফেংবা, মন্দির শিৎ শেংবা অসিনচিংবা তৌই।

## কাড়ীগড় লোইশঙ:

লোইশঙ অসিনা খুৎশা হৈবগী থবক তৌই। লাইশিংগী (অঙ্গরাগ) কুচু শেম্বা অমসুং জগোইরাস কৎপা মতাংদা জগোইরাসকী লৈতেং শেম্বা, রাধা কৃষ্ণ অনিনা ভদ্র চক্রদা লেঙশিনবা মতমদা চক্র লৈনবা থবকসু তৌই। লোইশঙ অসিনা লাইয়েকপগী থবকসু তৌই। অদুগা কনাগুম্বগী মিংচৎ উরোং খিন্নবগী থবক লাকপদা মখোয় অসিনা নূংদা হক্তুনা লাইরিক ইবনচিংবগী থবকসু পুই।

## ব্রহ্মসভা অমদি পণ্ডিত লোইশঙ:

ব্রহ্মসভা পণ্ডিত লোইশঙ হায়ব অসি সনা কোনুংগী য়াম্না মরুওইবা লোইশঙনি। ব্রহ্মসভানা অশেং-অমাংগী বিচার তৌই। লোইশঙ অসি ব্যবস্থাকারীনা লুচিংদুনা হঞ্জবা ব্রহ্মাতন্ত্রধার য়াওনা ব্রহ্মসভা শেম্মী। লোইশঙ অসিগী ব্রহ্মনা শ্রীগোবিন্দগী অয়ুক্কী লুক কৎলিঙৈদা মন্দিরগী প্রাঙ্গন্দা গীতা পাঠ তৌবা অমদি একাদশী, থাশি, পূর্নিমা অমদি নিংথৌগী মপোক নুমিৎ তারকপা খুদিংগী অদুগা মেরাগী নিয়ম লাইরিক সেবা অমসুং শজিবু চৈরাউবা নুমিত্তা শ্রীমদ্‌ভাগবত পাঠ তৌবা অসিনচিংবা তৌই। ব্রহ্মসভা অসি নিংথৌগী মিৎয়েংদা লৈ। অদুনা য়াম্না শক্তি লৈবা লোইশঙনি। পণ্ডিত লোইশঙ অমদি অমাইবা লোইশঙ হায়বা ফিডৌ শেৎপা, ফম্নাইবা কাংলুপ অমসু লৈ। মখোয় অসি লৈবাক্কী থৌদোক ৱাথোক্লচিংবদদি খামেনচৎপা ফৈজোম লমথাঙ খুৎহৎ সনা খুজি, রেসম ফুরিৎ অশংবা শিজিন্নবগী য়াথংসু ফংই। মখোয়সি দোলাই তোংদুনা পে খানবসু য়াই। পণ্ডিত মকোকপু ফিরাংজি মপূম ফমহল্লি। মাগী মখাদা লৈবশিংনা ফিরাংজি তংখাই ফমহল্লি। পণ্ডিত মকোক্কী হিদাকফু পুম্ফা শেহ্নক শেনখা শিজিন্নবা য়াবগী য়াথংসু ফংই।

**সম্বাসা লোইশঙ**

লোইশঙ অসিনা লাইগী সেবাদা, হরিসংকীর্ত্তন শকপা অমদি দেব কর্ম্মা পাঙথোকপদা নিংথিনা ফজনা নিয়ম কায়হন্দনা পাঙথোক্লবগীদমক মহারাজসিনা লিংখৎপিরম্বনি। সম্বাসানা সংকীর্ত্তন অমা তৌবদা ফম ফমগী নুঙাইনদবা থোরক্তনবা ব্রাহ্মনা ফমগদবা, নিংথৌ মচাশিংনা ফমগদবা, লৈমা শিজনা ফমগদবা অমদি অহল-লমনশিংনা ফমগদবা, নিপাশিংনা ফমগদবা, নুপীশিংনা ফমগদবা অমদি পাখং লৈশাবীনা ফমগদবা তোঙান তোঙান খাইদোক্তুনা ফমহল্লি। মসিনা তৌরিবা সংকীর্ত্তন অদু কায়দনবা অচৌবা থৌদাং অমা পুই। অদুগা অরাংফম হায়বা অমসু লৈরি। অরাংফম হায়বসিনা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ তাবা লাকইবশিংবু শক খঙদোকপা ওইনা ভাবোক খুদিংমকপু লৈ চন্দন পীগনি। অদুগা ঈশৈ শকপা পালাশিংদা ফি বোরিবা অমদি পালাশিংদা তৌগদবা থবক পূম্নমক মখোয়গী মথৌনি। অদুগা ভাবোকশিংদসু হৈরুক, পানা, কবোক্লচিংবা, দক্ষিণানচিংবা য়েনবগী থবক তৌগদবনি। অদুগা অরাংফমসু শাগৈ জাৎ অফবদা তৌহল্লম্মী। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গোবিন্দ সেবাদা অকায়বা লাক্তনবা ফজবা নিয়মশিং অদু পুথোকপিরম্মী।

---

৩০ শুবা পন্দুপকী গোবিন্দ সেবাগী লোইশঙ শেমগৎপা হায়বা পন্দুপ অসি ডা: যামিনীনা ইবা *শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস* কৌবা লাইরিক্তগী লৌখচ্চবনি।

৩১ শুবা পন্দুপ

# হাওসনারৈগী লফু

নোংমা লীশম লোক্তগী সনারৈ কৌবা  অমনা লফু মকক অমা পুরগা সনা কোনুংদা লাকই। অদুগা নিংথৌ খুরুমগে অদুগা লফু অসিসু মঙোন্দা পীরমগে হায়দুনা সনথোঙদা লৈরিবা থোঙাকপদা হায়ররে।

হাওবা সনারৈ : ঐবু নখোয়গী মহারাজগী মনাক্তা পুবিয়ু।

থোঙাকপা : (সনারৈ পুদুনা মহারাজগী সনা নাক্তা থুংলরে) সে সে নিংথৌ খুরুমমো।

সনারৈ : অসিরা নখোয়গী নিংথৌ! (হায়রগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা মুন্না য়েংদুনা লৈরে)

থোঙাকপা : করি তৌরে হাওবা, নিংথৌ খুরুমমো!

সনারৈ : মসিদি ঐগা উনখিবা নিংথৌ অদু নত্তে। ঐ মাবুদি খুরুম্লিংদে। (থোঙাকপনা নুংশা থিরে মহারাজনা শাউরক্লবদি হাওবা অসি শিবা তারে খল্লি)।

ভাগ্যচন্দ্র : (মোমোন নোকঅগা হায়রকপা)। হাওবা নংনা উখিবা নিংথৌদু ঐ মান্দ্রবরা? কদায়দা উনখি।

সনারৈ : ঐনা উনখিবা নিংথৌদি মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনি হায়রম্মী। নংগা নশক মান্নদে।

ভাগ্যচন্দ্র : (নোক্লদুনা হায়রকই)। ঐদি নংগী ননাক্তা লাকসু লাকখিদে, ঐ নত্তবা অমা ওইরম্মগনি। নংনা পুরক্লিবা লফু অদুনা করিগীনো?

সনারৈ : লফু অসি মানা চানিংই হায়দুনা ঐনা পুবিরকপনি।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি নংগী নমিং করি কৌবনো?

সনারৈ : ঐগী মিং হাওবা সনারৈ কৌই।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুগা নংগী লৈফমদি কদায়দগীনো?

সনারৈ : ঐ লিশম লোক্তা লৈবা হাওবনি।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি নংগা মাগদি কদায়ব্রাইদা উনখিবনো?

সনারৈ : মা... ঐগী পামদা পাম য়ানমিন্নবনি। অদুদা মানা হায়বিখিবনি। ইতাউ নংগী পামদা হৌরিবা লফু অসি হাউগনি। ঐনা নিংথৌ ওইরবা মতমদা খরা পুরকউ। ঐ মতম খরা লৈরগা নিংথৌ ওইরগনি হায়রম্বনি। হায়রম্বা ফন কুইখরে।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি নংগী মরুপ অদুনা নিংথৌ ওইরে হায়বদি নং খঙলবরা?

হাওব সনারৈ : ঙরাং ঐগী মমঙদা অসুম্না হায়রম্মী। ইতাউ ঐ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে। নং ঐবু কাউরব্রা? ঐনা নংগী লফু অদু চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরে।

ভাগ্যচন্দ্র : (চিংনবা অমা ফাওরে) হায়য়ু হাওবা নংনা উনখিবা নিংথৌদো কনা মাল্লি?

সনারৈ : ঐনা উনখিবা নিংথৌদুদি কুচুদি খরা মুবনি অদু ওইরবসু মশক্তি য়াম্না নুংশিবনি। মাগা ঐগা পাম য়ানমিন্নরগা পোত্থাবা মতমদা ঐগী চয়োম ফাক্তুনা চামিন্নবনি। করি হায়গনি মাগী মশক্তু হেক উবদা নুংশিদবা ঙমদবনি। মাগী মনমসু য়াম্না নুংশিবনি। (তাল্লক অদুদা মন্দিররোমদা শ্রীগোবিন্দগী কাংশি গোং গোং খিঙলকই। শ্রীগোবিন্দগী আরতি কৎলকই)।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি সনারৈ! ঐ শ্রীগোবিন্দ অমুক্তা খুরুম্মুখিগে (হায়রগা মন্দিররোমদা চংঙকই হাও সনারৈসু মহারাজগী তুং লাপ্তক্লা ইন্নরকই)।

মহারাজনচিংবা মন্দিরদা লৈরম্বা ভক্ত পুম্নমক শ্রীগোবিন্দ খুরুম্নবগী খা-ব্রাং পরেং শানা লেপ্তুনা লৈনরি। সনারৈসু লাপ্তক্লা য়েংদুনা লৈ। মানা সুম য়েংঙকপদা মন্দির মনুংদা লৈরিবা কৃষ্ণদু উরক্লে। অদুদগী মাগা চয়োম চামিন্নখিবা মাগী ইতাউ অদুগা মান্ননা উরে। মূর্ত্তি অদুনা মোমোন নোক্তুনা লৈবদুদা মঙোন্দা কৌরকপগুম তৌরে। অদুদগী হাওবা অঙাওবগুম খংলাও লাওরকই। ইতাউ ঐ লাকলে, কৈদৌরে। নংদি ঐ লাকঅগা করিগী কৌদ্রিবনো নংনা পুরকউ হায়বা লফুদুসু ঐনা নংগীদমক্তা পুবিরক্লে। হায়রম্মগা মন্দির মনুং তম্না মীরক খায়দুনা চেনশিল্লক্লে। শ্রীগোবিন্দ শোক্নদৌরে। মতৌ অদুদা সনারৈবু ময়াম চংদুনা ফারে। ময়াম্না ফুবিগে তৌরে, ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা খাশ্বীরে।

ভাগ্যচন্দ্র : ঙাইখো! হাওববু ফুবা য়াদে। মাগী মরাল করিমতা লৈতে। হাওবা নং সিদা লাও হায়দুনা কৌশিনবিখ্রে। অদুগা হায়রকই হাওবা নংগী নরাইবকসে ওম্বোক্লা ফৈদকো, নং শাউরগনু মাদি লাইনি নিংথৌদগী য়াম্না হেন্না চাউখ্রবনি। মাগী মতিক মগুণ নিংথৌ অমগা চাংদম্নবা য়াবা নত্তে। মানা চাখিবদগী নংগী করি ময়েং তাখি। নংগী অব্রাৎপা হায়য়ু।

সনারৈ : (কপ্না কপ্না)। ও! ইতাউ! নংদি ঐবু শেশ্বীবা লাকপা লাই ওইরেকো! নংনা ঐগী চয়োম চাখিবদো ওম্বোক্লা নুংশিবনিদা! নংনা চাবিখিবদগী হৌজিক্তি ঐগী ইমুংদা অব্রাৎপা অমতা লৈখিদ্রে। অনাবসু লৈত্রে ফৌসু য়াম্না থোকএ পামদা হৌবা ইন্সাং নাপীসু য়াম্না ফজরে । অদু নংদি ঐনা পুরকপা লফুসিদি কনাদা পীজরুগনি। ঐদি অমাংবা জাৎনি।

ভাগ্যচন্দ্র : হাওবা নংগী লফু ঐনা নংগী নতাউ শ্রীগোবিন্দদা কৎনবা শোয়দনা লৌগনি। নং করিমতা চিংনগনু নংগী শ্রীগোবি-

দনা শোয়দনা হাবিগনি।

হাওবা সনারৈ : (মপি তানা হায়রকই) হে! নিংথৌ! ঐনা খঙদদনা নঙোন্দা মীচমদা ঙাংবগুম ঙাংলুবগী ঐবু নংনা চৈরাক পীবিররোইদ্রা? ঐবু চৈরাক পীবিয়ু।

ভাগ্যচন্দ্র : হাওবা! নংগী চৈরাক ঐনা পীগনি, নংগী লফু অসি শ্রীগোবিন্দদা কৎনবা লৌগনি মদু নংগী চৈরাকনি। নংনা ঙম্মবদি নুমিৎ খুদিংগী শ্রীগোবিন্দগী লফু কৎলো লাউ অদুগা নংগী অৱামলসু ঐনা পীগনি। নং শূরগা চাবা মীনি পীদবা য়াদে।

হাও সনারৈ : অদুদি মহারাজ ঐ নংগী শ্রীগোবিন্দগী লফু নুমিৎ খুদিংগী পুরক্কেকো অদুগা নংগী শ্রীগোবিন্দনা মঙক্তা শিরিবা লৈ পরেং ঐঙোন্দা খরা পীবিয়ু য়াবরা?

ভাগ্যচন্দ্র : করিগী য়াদনি (হায়রগা শ্রীগোবিন্দগী ঙকশমদা থোল্লিবা সনারৈ পরেং অদু পুজারীবু লৌথোকহল্লগা হাও সনারৈগী মখুত্তা পীবিরে অদুদগী সনা য়াথং পীরকই) ঙসিদগী হৌনা শ্রীগোবিন্দগী লুক কৎপদা লফুগী মথেল অমা য়াওদবা য়াদে। লফু কৎপগী মহয় হাওবা সনারৈনা ফংঙসনু। (অসুম হায়না শ্রীগোবিন্দগী লুক কৎপদা লফুগী মথেল অমা কৎপা অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাগী সনা হাক্তক্তগী হৌজিক ফাওবা চৎনদুনা লাকলি)।

অদুনা মহারাজ অসি চীংমী তম্মী খায়দনা মণিপুরদা লৈরিবা জাতি পূম্নমকপু চপ মান্নবা মিৎয়েংদা থম্মী হায়বগীদমক চীং তম খোম্বা (চীংথঙখোম্বা) হায়নসু খঙনখি। অদুগা মুণি ঋষিগুম্বা, অচুম্বা চৎপা ধর্ম্ম লৈবা তরু তনানবা করিগুম্বা পোৎ অমতং হাবদা ভগবান্দা কত্তনা চারবদি হূরাল্লগা চাবনি খনবা লাই থাজবা নিংথৌনি হায়দুনা রাজর্ষি হায়নসু খঙনৈ। সনা হাক্তক্তা রামায়ণ, মহাভারতকী ৱারী তাবসু হৌদোকখি।

## ৩২ শুবা পন্দুপ

# মন্দির থোঙ হাংবা ঙমদবা

শ্রীগোবিন্দনা মনাই বৈষ্ণবী শিজ লাইনিংবীগী থম্মোই শেংনা নিংজবদু মনিং থুংহনবিরগে খল্লমাল্লে মপাবুং মহারাজ অমদি প্রজা পূম্নমক্তা অঙকপা থৌদোক অমা থোকহনবিখি। নোংমা সন্ধ্যা আরতি কৎপা লোইরগা মন্দিরগী থোঙ লোনশিল্লগা ময়ুম হন্নবগী মফি মরোল হোংলিঙৈদা থোঙ অদু মথন্ত হাংদোকপগী মখোল অমা তাখি। মদুদা পূজারী অদুনা ঙক্লদুনা থোঙ নমদুনা য়েংখি। অদুবু হাংবা ঙমখিদ্রে। মদুগী অঙকপদু তম্লুগে হায়দুনা মজাইবেম্মা শিজগী সুমাং ফাওদুনা লাকপদা অমুক্কসু অঙকপা অমা থোকখি। শিজগী কাদগী শ্রীগোবিন্দগী মনম রক্তচন্দন চু-ৱা চন্দনগী নুংশিরবা মনম নমলকখি। অঙকপা থৌদোকশিং অদু মহারাজদা তমজখি। মথংগী নুমিত্তা লুক কৎনবা থোঙ হাংবা ঙমদ্রে। থোঙ হাংবা ঙমদ্রবদা উপায় লৈতবদগী লুক অদু মপান্দা অদুম কৎলে। অদুগুম্বা মতৌ অদুদা মহারাজ হায়নিংঙাই লৈতনা মথৱাই শোকখ্রে। নুমিৎ অদুমা মহারাজ লুক অদুম হাদ্রে। নুমিৎ তারক্লে সন্ধ্যা আরতিসু মপান্দা অদুম কৎলে। অসুম্না শ্রীগোবিন্দগী থোঙ হাংবা ঙমদ্রবদুনা মহারাজসি ঐনা করি লংজখিবা লৈরবনো হায়দুনা খল্লে। মবুঙোবু দর্শন ফংবা ঙমদ্রবদা নুমিদাংদুসু ব্রত অদুম কৎলে। ৱা লান অমতা ঙাংখিদ্রে, ঈশিং ফাওবা ফানখিদরে। মপাবুংগী পাউ তাবদা মজাইবেম্মা শিজ চেল্লক্কুনা মপাবুংগী নাক্তা থুংলরে। মতম অদুদা মপাবুং মহারাজদি ৱা লান ঙাংদনা মিত্তা মপি তানা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। কন্নামত্তনা ঙাংউবগী কৌরুবগী শক্তি লৈখিদ্রে। মজাইবেম্মসু মপাবুংগী মতৌ উবদা হায়রুবসু ঙমদবনিনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মহারানী পূম্নমকসু মহারাজনা লুক হাখিদ্রবদা করিমতা হায়বা ঙমদনা মখোয়সু অদুম ব্রত কৎলে। মতৌ অসিদা মজাইবেম্মা শিজ লাইনিংবীনা য়াম্না কিনা থক থক নিক্লা হঙ্গচ্চরকই। পাবুং! লুক হাবিয়ু পাবুংগী সনা হকচাং ময়েং তারে। পাবুংনা হাদ্রবনিনা ইমা

মহারানী পূম্নমকসু লোইনা ব্রত তৌদুনা লৈরে। নুংশিরবা মজা ইবেম্মগী ব্রাদু তাবদা মহারাজনা তাকপিরকই নখোয় পূম্নমক ঐগী ইতৌ তমগনু। ঐদি শ্রীগোবিন্দনা থোঙ হাংবিরক্তুনা লুক কৎহন্দ্রিমখৈ তরানি খঙদে কুন্নি খঙদে ব্রত কৎখিগনি। হায়খিবা ব্রা হোংদবা মহারাজগী য়াথং তাবদা অঙম অথৌ পূম্নমক করম্নো? করম্নো? হায়দুনা চেন্নরে। চঙদুনা হঙ্গৎপসু ঙম্নদে। অসুম্না অহিং অদুসু লেল্লে। নিনি চনবগী অয়ুক্তা মজাইবেম্মনা মকোক মরু শেংনা তূমথোক্তুনা শেংনা ইরুজরগা ফিশেং শেৎলগা তুলসী মনাগী লৈ পরেং মখুৎনা লেংজরগা য়েন্দাই থন্না লৈ হাপ্লগা থরো থম্বাল ফজবা খরগা পুদুনা শ্রীগোবিন্দ খুরুম্বা পরপ পরপ লাকএ। মহারাজসু শেংনা ইরুজরগা গোবিন্দ খুরুম্বা লেঙলকই। ঈশৈ শকপা অমদি পূং য়ৈবা সেবাকারী পূম্নমক শুনা লৈরে। মতাং অসিদা ইজাইবেম্মনা লৈশিংদু পুরগা য়াম্না কিনা লাইবক কৎলগা মন্দির কারক্লে। গোবিন্দগী থোংজিন্দা লেপ্লগা ইকাই ইকি ব্রাংমা লান্না মিত্তা মপি তানা কপ্লা কপ্লা হায়জরকই। হে! গোবিন্দ হে! প্রাণনাথ! ননাইনা লেংজবা তুলসী মালা অসি ইবুঙোগী ঙকশমদা অমুক্তা হুকচগে লৎনবিরগনু থোঙ অমুক্তা হাংবিয়ুগবা হায়রগা থোঙ নম্মুবদা থোঙ মথন্ত গে হাংবিরক্লে।

মতৌ অদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হরাউবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। হরাওজমন্দুনা নোং খোংবগুম থরো থরো ওন্দুনা কপ্লক্লে। অদুগা দন্দবোৎ তৌদুনা খুরুমজখ্রে। তুলসী পরেং অদু শ্রীগোবিন্দগী ঙকশমদা হেক হুকপদা লৈশিংদুসু মোমোন নোকপগুম তৌখ্রে। শ্রীগোবিন্দসু মনাইবু চানবিবগী খুদম ওইনা তঙাংবা চিনবান্না মোমোন নোকপগুম, চূড়া চেপ্লপ তৌরগা মায়থোঙ মকা লাম্বা উহনবিখ্রে। সেবারী ভক্ত পূম্নমকসু অঙকপা থৌদোক ওইনা থোকখি। অসুম্না মহারাজবু ব্রত কৎপা তোকহনখি। অসুম্না মতম খরা লেল্লবা তুংদা মহারাজনা মহারানীদা অমুক্কসু মজাইবেম্মা বিম্বাবতীবু থাজ য়োঞ্জবগী ব্রা হৌদোরক্লে। অদুবু মজাইবেম্ম বিম্বাবতীনা মথক্তা হায়খিবা, ঐদি পাবুং মহারাজনা রাসেশ্বরী শাহনবিবা নুমিৎ অদুদগী কনাগুম্বা অমদা লুহোংজররোই হায়জখিবদুদা অদুম লৈজরে। খুমদোরক্লে। মজাইবেম্মগী অচেৎপা ব্রা অদু তাবদা মহারাজনা হংবিরকই। অদুদি ইচাগী অপাম্বা অথুপ্পা লৈতনা হায়য়ু ইপানা ইচাগী নিংবা থুংনবা হোৎনবিগে তাকপিরকই।

শিজ লাইওংবী : (হরাও হরাও হায়জরকই) অদুদি পাবুং থৈবোং মকক অমা লৈরিবনিনা অনুপ্রভুগী নির্পণ তৌবিয়ু।

ভাগ্যচন্দ্র : অদুদি প্রভুগী অনুমতি য়াওরবরা ? ইবেম্মা !

শিজলাইওংবী : শ্রীগোবিন্দগী অনুমতিনি পাবুং !

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচাগী নিংজবা মনিং থুংনবা শাপম লোখোন কৌদুনা শ্রীশ্রীমহাঅনুপ্রভু নির্পণ তৌবিখি।

শ্রীগোবিন্দগী অনুমতিদগী মহাপ্রভুগী বিগ্রহ্ শাখিবনি হায়দুনা শ্রীমহাঅনুপ্রভু মিং থোনখি। ভগবান শ্রীঅনুপ্রভুগী মূর্ত্তিসি ওইথংবা পাদনা ভঙ্গী ওই অদুগা য়েৎ থঙবা শ্রীহস্ত অমসুং ঙক্কী শাথেক শ্রীগোবিন্দগী শাথেক্তা হায়ফেৎ মান্নে হায়না বৈষ্ণবশিংনা খন্নে।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মজাইবেম্মগীদমক্তা অনুপ্রভুবু নবদ্বীপ্তা পুশিল্লগা লাৎনবা হোৎনবদা, মতমদুগী নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা চৈতৈন্য মহাপ্রভুবু লাইনি হায়না থাজদবদগী মন্দির লিংদুনা ফোংনা লাৎপা য়ারমদে। অদুনা মতম অদুদা কৃষ্ণচন্দ্রবু কিবদগী ফোংনা লাৎপা ঙমদদুনা লৈনুংদা কোম তৌরগা য়াম্না ৱানা লাৎনরম্মী। অদুবু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা চত্তুনা য়ানবা ঙাংনবদগী ফোংনা লাচ্চবা ঙম্নখি। অদুগা লম অদুগী খাজনা ফাওবা লৌখিদ্রে হায়বা অমসু লৈ। অতোপ্পা অমনা মহারাজগী মজাইবুঙো চৌরজিৎনা গিরীশ্চন্দ্র নিংথৌগা ঙাংনরগা ফোংনা লাৎপা য়াখি। মসি ডা: যামিনীনা ইবা *শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস* কৌবা লাইরিক্তা অনিমক ইরি। অরেপ্পা অমতা ওইবদি থেংনজদ্রি লেমজনিংঙাই ওইবা ৱাফম অমনা *শ্রীশ্রীঅনুপ্রভুগী আখড়া শেমগৎপা* কৌবা লাইরিক্তা ইরি। অনুমহাপ্রভুগী আখড়াদগী মায়াপুর ঘাত ফাওবা শাংলবা গঙ্গা মপানগী লম্বীশি মণিপুর রোড হায়না থম্বীরম্বা অসি থাগৎনিংঙাইনি। অদুগা নবদ্বীপ্তা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম হিংহল্লবনি থাজনৈ।

## ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মহারানীশিংগী মমিং

১। অখাম চনু ভানুমতী (খোংজাইঙম্বী) না মচা (ক) নবানন্দ, (খ) লাবণ্যচন্দ্র (গ) সনাতোম্বা অহুম পোকই।

২। ঙাংবম চনু হরিমতীনা মচা অমতং পোকই মধুচন্দ্র কৌই।

৩। চিঙাখম চনু দেবহুতীনা মচা হেমচন্দ্র, চৌরজিৎ মচানুপী শিজ লাইওইবী।

৪। খুম্বোংময়ুম চনু ভাগ্যবতীনা মচা বিশ্বনাথ অমসুং গম্ভীর সিংহ পোকই।

৫। অখাম চনুনা মচা তুলজিৎ পোকই।

৬। য়াঙম্বম চনুনা মচা পুররাজ পোকই।

৭। সোরাইশম চনুনা মচা রামাকান্ত পোকই।

৮। অখাম চনু চন্দ্রমুখীনা মচা মার্জিৎ পোকই।

৯। নিংথৌখোং চনু কেশোরীনা কালারাজ পোকই।

### ৩৩ শুবা পন্দুপ

# হীয়াং তান্নহনবা

খৃষ্টাবন্দ ১৭৯০ গী থৱানগী তরানিপান্নী পানবা ইরাই নুমিত্তা লৈশাং হিদেন হায়না খঙনবা অদুদা নিংথৌজা শলাইগা খুমন শলাইগা মাগী মাগী মচুগী ফিজেৎ শেৎনরগা হীয়াং তান্নবা হৌদোকখি। লীলোং লফুপাত্তগী লাংথবান কোনুং মমাঙ ফাওবা তান্নে। অহানবদা নিংথৌজানা থোইরে। অনিরকশুবদা খুমন্না থোইরে। অদুগী মথঙদা ইমু কৌবা থাঙ্গা মোইরাংগী লোক্তাক খোঙবান্দা তাবা প্রজাশিংগা ইঙৌ কৌবা ইম্ফাল তুরেন মপান্দা তাবা প্রজাশিংগা অমুক হীয়াং তান্নখি। অহানবদা ইঙৌনা থোইরে। অমুক হনবদা ইমুনা থোইরে। অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা প্রজাশিংবু মথ্বাই হরাওজনবা হীয়াং তান্নহন্দুনা মনা মথুম পীদুনা নুঙাইহনখি।

চহি অসিদা তেখাউ নিংথৌ গৌরীনাথগা মোরানগা লান্থেংনবদা তেখাউ নিংথৌ গৌরীনাথনা মহারাজদা লান পাংবিয়ু হায়জরকই। গৌরীনাথ স্বর্গদেবগী ময়াম্বনা পোকপনি। অদুনা মতোল নিংথৌ স্বর্গদেবগী লম্মনশিংবা ওইনা শগোল তোংবা লান্মী ৮০০০ পুদুনা অমদি মজাইবুঙো মধুচন্দ্রনচিংবা অকন অথৌ কয়ামরুম পুরগা মহারাজ মশামকসু য়াওনা লেঙই। অদুবু লাইবক থীবদি মহারাজনা পুরিবা লান্মীশিংনা থৱাই য়াওবা খরা ৱাৎপদগী লম্বীদা খরা লৈথহৌবা য়াওদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী নিংবা থুংখিদ্রে। অদুগা লানফম য়ৌনা লাক্লবা লান্মীশিংদুসু পাঙ্গল থোক্লা লান শোক্লবিদ্রে। হন্দক্কী লানফম অসিদা মহারাজগী হৈশিংলবা ভদ্র কৌবা শগোলদুসু শিরে। অদুগা লানফমদুসু মায়থীবা নংলে। অসুম্না ইকাইবা নংলবা মহারাজ লানফম অদুদা শগোল হঞ্জবশিং অমদি লান্মী ৭০ লোম তেখাউদা অদুম থনম্মগা লেঙঙক্লে। অদুদা লানফম অদুদা লাকঅগা লৈথহৌবা লান্মীশিং অদু লোই থাদুনা ৱারকখি। থোইনা

অহেনবা তৌখিদ্রে। মরকসিদা মহারাজগী মনাও অতোম্বা কৃষ্ণচন্দ্রনা মীব্রা লৌবদগী কোনুংগী থোঙ অহুমদা মতম অমত্তদা লান চংলক্কুনা মৈ থাদুনা মী খরা হাৎখ্রে। অদুবু মজাইবুঙো মধুচন্দ্রনচিংবা অকন অথৌশিংনা কৃষ্ণচন্দ্রবু ফারগা মপাবুং মহারাজদা কৎখি। মহারাজনা পোকমিন্নবা মনাওবু মবুক থন্না চাক পীজরগা খৌবুম তম্পাক্তা লোই থাখি। হন্দকমুক্তা তৌরক্লবদি মণিপুরদা লৈহল্লোই তাকপিখি। কৃষ্ণচন্দ্রবু ঙাওহনবা লান্মীশিংবুসু লোই থাখি।

## ৩৪ শুবা পন্দুপ

# মৈহৌরোল পুয়া চাউথোকহনবা

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাঞ্চিপুরদা কোনুং ওইদুনা পাল্লকপা চহি নিপান শুরকপদা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৬ শজিবুগী ২৫ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা কঞ্চিপুরদগী খ্বাই য়ুম্ফম (হৌজিক রাজভবন) ওইরিবা ইংখোল অসিদা কোনুং অমুক হোংজিনখি। নিংথৌ অসিনা মৈদিঙঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা মৈতৈগী হৌরকফম য়ুম্লাক শাগৈ শলাই মৈহৌরোল ইবা হৌরম্বদুগী মখা চত্থরকপদা শাগৈগী নিপা অদুগা লুহোংদুনা লৌবা নুপীগী য়ুম্লাক মানা পোকপা মচানিপাশিংগী মিং ইবা হৌখি। নুপীগীনা মানা মানা ময়ুম পাল্লুবা নিপা ময়ুম্না ইবদা য়াওখ্রিবদুনী। অদুগা গোত্রনচিংবসু হৌদোকখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৮৯ ৱাকচিংগী ২৮ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তগী মৈহৌরোল পুয়া পাকথোক চাউথোক্লা কুপশিন্না ৱাংখে গোপীরাম পাচহনবদা ইবা হৌহনখি। মদু ইবগীদমক পাচহনবদা তাংখমদা লৌ পরি মঙা মনা ওইনা পীখি। অদুগা লৈবাক্কী লুচিংবা অহুমদা মৈতৈ লৈবাক্কী চন্দ্রাব্দ কৌবা কুমশিং থীবা অমসু হৌদোকখি।




৩৫ শুবা পন্দুপ

# ভাগ্যচন্দ্র নোঙ্গাবা

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লেঙখ্রে হায়বা পাউ তাবদা তেখাউ, তখেল, কছাড় অমসুং জয়ন্তীয়ানচিংবা নিংথৌশিংনা মহারাজবু মাগী মাগী কোনুংদা নোংম-নোংমতং ওইরবসু লেঙশিনবিরকউ হায়না পাউ চেন্নরকই। অদুবু মহারাজনা হায়রিবা কোনুংশিং অদুদা নোংমা ফাওবা লেকখিদে। মহারাজগী ৱাখলদা সন্ন্যাস ওইদুনা চৎলগা মীগী ময়ুমদা চংদুনা পোত্থারবদি সন্ন্যাসগী নিয়ম নত্তে খল্লম্মী। অদুনা নারকশিংলক উখোঙ ৱাখোঙদা য়ারেক্তুনা সন্ন্যাসগী নিয়ম চপ চানা চৎখি। চৈতন্য মহাপ্রভুগুম্না অৱাবা কয়া খাংখি। ভগবানগী মন্দির লৈবা মফমদুদা চংদুনা হরিনাম শোন্দুনা লৈরম্মীবা সাধু বৈষ্ণবশিংবু শুম্হৎনবা ঈশৈ শকখি। হান্না লৈরম্বা শক খঙনদবা ভক্তশিংনা মহারাজনা শকইবা ঈশৈ অদু খুমদুনা ঈশৈ শকমিন্নে। অসুম্না কোয়বা য়াবা কোয়রগা নবদ্বীপ্তা লেংশিন্দুনা মচানুপী শিজ লাইওইবীগা মহাঅনুপ্রভুগী সেবা তৌদুনা লৈজখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ মেরাগী হুমনি পানবা ইরাই নুমিত্তা মহারাজ মশাগী চহি ৫৮ দা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মুর্শিদাবাদকী মনুংচনবা শ্রীপাট ক্ষেত্রদা অরোইবা য়াহিপ তানখি।

ভাগ্যচন্দ্রগুম্বা নিংথৌ অমা মণিপুরদা পোকপিরম্বসি মণিপুর 'পৃম্বগী লাইবক ফবনি। নিংথৌ অসিনা হিরম খুদিংমক্তা চাওখৎনবা হোৎনবিরম্মী। মহাক্না হৌদোকপিরম্বা জগোই রাস লীলা পৃথিবীদা মণিপুরবু শক্তাকপিরী। মহাক্না তৌখিবা থবকশিং মথক্তা পঞ্জখ্রে। মহাক্না তৌরম্বা থবক্কী শিংথানবা ওইনা হৌজিক্কী মীরোলনা ভাগ্যচন্দ্র ওপন এয়ার থিয়েটর হায়বা অমা থম্বীখিবসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইহনি অমসুং ঐখোয়গী চাউথোকচফম ওইবা মেমোরিএল অমনি হায়জনিংই।

পোত্থাবিরশি।

## About the Author



**PANGAMBAM BHARAT SINGH, I.A.S.**

**Birth :** Born on 1st March 1950 in Kongba Uchekon, Imphal. He is the second son of Late Pangambam Nipamacha Singh and Pangambam Ongbi Ningthoujam Ningol Tezpati Devi.

**Education :** Shri Bharat grew up as a brilliant student and stood first among the successful B.A. Honours candidates in Political Science (1970) in Manipur and first class second position in M.A. in Political Science (1972) under the Gauhati University. He was awarded as the best student of Political Science Department, Gauhati University for the year 1972.

**Service Career :** He entered Government service as a Lecturer in Political Science in October, 1973 at Maharaja Bodhchandra College, Imphal but resigned as Lecturer in March, 1975 on entering the Manipur Civil Service (MCS). He has been promoted to IAS (1985). Served in various capacities under the Government of Manipur including Assistant Commissioner to DC Ukhrul, S.D.O. (Imphal East), Chief Executive Officer (District Council, Churachandpur), Treasury Officer (Churachandpur), Under Secretary/Deputy Secretary/Additional Secretary/Special Secretary of various Administrative Deptts, Director, Rural Development and Panchayati Raj, Deputy Commissioner (Chandel), Director, Publicity & Tourism, Director, Settlement & Land Records, Director Vigilance, Director MAHUD, Secretary/Commissioner, Vety. & A.H., DP & AR, GAD, PHED, Education, Revenue, Health, RD & PR, IFCD, IPR etc. and at present he is the Commissioner, Art & Culture, Information & Public Relations, General Administration and Special Secretary (Cabinet) and Director Vigilance Govt. of Manipur.

**Awards :** He has been awarded the SECULAR INDIA HARMONY AWARD 1995 by United Children's Movement, New Delhi and conferred the Award by Shri Syed Sibte Razi, Minister of State for Home Affairs, Government of India on 04-12-1995 at the Conference Hall, North Block, New Delhi. Many organisations have recommended for awards but he has turned down.

**Credits :** Published books **"Kaina Laiphamgi Wari"** in 1994 (the book deals with the sacred place 'Kaina' – a place of tourist interest and historical importance), **"Elections in Manipur"** (May, 1997) and **"Kangla : The National Heritage of Manipur"** in 2008. (The book deals with the historical importance of the sacred place 'Kangla' and its developments and also depicts the merits of the Concept Development Plan of Kangla undertakan by the Govt. of Manipur). Contributed articles on various topics especially on Public Administration, Development, Peace and National Integration and the same had been published in different publications of the Government and other private organisations. Shri Singh has been taking active part in social, educational and cultural activities from his boyhood.

**Hobby :** Reading, writing, social and cultural activities including seeing movies. He is a friend to everybody